


ফোংজবী : কুমারী চোংথাম জয়া
কৈশামথোং, ইম্ফাল ।

মখুম পুথোকপী : শৈবালিনী, গীরিবালা, অনুসূয়া অমদি বাসবদত্তা

কোপী মশিং : ৫০০

অহানবা ফোংবা : জুন ২০০৪

নম্বগী থৌদাং লৌবিখিবা : শ্রীথৌদাম কান্ত সিংহ
খুরাই লমলোং বাজার

নম্ফম : লৈমহল প্রেস
খুরাই লমলোং বাজার

মমল : লুপা ৫০/-



রাজকুমারী চোংথাম ওংবী সনাতোম্বী দেবী
(১৯১৩-২০০৪)

পলেম ইমাগী চরণদা
কচ্ছরি নচাগী ৱারীমচা
'লৈহাও লৈরেন থিবদা''

চোংথাম নরেন্দ্র সিংহ

# ৱাহৌদোক

ইবা হায়বসি নিশা নত্তে ঐঙোন্দদি। অদুবু থৌদোক থৱদি ইথোক্তনা লৈবদা ইনুং নুংঙাইতে। ঐথোয়গী অকোয়বদা থোক্লিবা পুম্বা ৱারীগী ৱারী ঙাক্তা ওইজৱবসু ৱারী মচা অমগী শক্তম ঙইহনবা য়াবা থৌদোক্তি পংয়াম য়ামদে। হৌখিবা চহী তরাসি ৱারীমচাগী লাইরিক অমত্তা ফোঙবা ঙমদনা লৈরক্লি! ঐগী অহানবা ৱারীমচাগী লাইরিক "থোঙথোঙ কৈথেল" ১৯৮৪ দা ফোঙই অদুদগী চহী অহুম অহুম কান্নরগা ফোঙখিবা ৱারিমচাগী লাইরিক 'শামু ময়াগী কংক্রু ঙাম্বক', 'শায়োকশঙ', শঙ্গেনথোংগী ৱাকৎ অমদি উপন্যাস ওইনা 'নাওশুম' অদুগী মথক্তা মনোহর মালগোকঁনা ইবা "ডি মেন হু কিল্ড গান্ধী" পাক্নবদা ফজমনগ্রহুনা মৈতৈলোন্দা ১৯৯১ দা হন্দোক্নুনা ফোঙখি। মদুগী মতুং তাবদা পোক্নফম খবরদা আইনগী মায়কৈদগী হায়না মিং থোল্লবা অকরুবা কাথল অমা চাং নাইনা ইবা হৌরুবদগী পাজল পুম্বা অদোমদা শিজিন্নথোক্লুবনা চহী তরা অসি ৱারীমচাগী লাইরিক অমত্তা পুথোকখিদ্রে। অদুমকপু চহী তরা চঙনা থোম-জিল্লরকপা ৱারীমচা কুনত্তরুকথক্তি তুংশিনবা ঙমখি। মীওইবা খুদিংমক মশাগী অরা অনা খরা অদুম লৈনৈ ঐগীসু পংৱাৎ ৱাংখিদে। মরম অদুমক্তা ফোঙবা ঙম্নরোইদ্রা খনখি! অদুবু লয়োং বাজারগী লৈমহল প্রেসকি মপু থৌদাম কান্ত সিংহনা খরা খরা নমথৎসি হায়দুনা নম্বা হৌজিনখি। লানবু লান্দ্রবদি লোইসু লোইশিল্লকই ঐগী ৱারীমচাগী লাইরিক 'লৈহাও লৈরেন খিবদা'।

লৈহাও লৈরেন লমদমসিগী মশক তাকপা লৈরাংনি। মুজাগী শাইনোন্দা নোম নোম নুংঙনবা লৈরাং অমসুনি। ইঙাগী ১৪নি পানবা

মুমিংতা মপুগী চরন্দা কংলবদি মহে চাওই হায়নৈ। লৈনমলোমদা য়েংলুরে ওস্থোক্লা মেঙনা মুংশিপ্পবা লৈলুংশিনি। ঙসিদি লৈহাও লৈরেন মাঙখ্রে ঙম্না য়াম্থৎপিগ্রে ওইজথিবা মীওইবনা। অত্থবু পুক্লিংদদি থাজে কনা অমনা পাম্মজনদি য়োকচরমগনি লৈহাও লৈরেন। ইশা খপ্পুনা উচেক ওইনা কোয়না পাইবা ঙম্নবদি শোয়দনা থিবা কংগনি লৈহাও লৈরেন কন্দাইদা শাংলিবগে।

লাম্থোকচরি ঐগী তরুকওবা য়ারীমচাগী লাইরিক 'লৈহাও লৈরেন থিবদা'।

—অহৈবা

# য়াওফম তাকপা

# ইতা খোইহী য়োনবী

মুপী চেনবগী কেশ য়ানরক্তহুনা কোর্ট য়োনরকপসিনা মরোইরে লৈবাক কুম্মে ওইবসে। নাকপাক অনিহুগী খোমল্লুনা পুনরকপা মুপী ময়াম ময়াম্না ফাঙৌ ফোবজাংনি। কোর্টকি অকোয়বদা কপ্না পোংফম-শিংদি মুপী চেনবগী কেশ থোকই হেক থঙবদা কাংঙৌ ভৌথংলিবনি বোরা হোৎগংলিবনি। মীয়াম মরকসিদা ঙসিদি ইবেমহলগা চন্দ্রজিনীগম্মু য়াওশিল্লকই।

ইবেমহল ফনেক মপান্নাইবা য়োনবীনি। মাগী নিপানা ওফিসকী থবক কাবনি। মখোয় পংব্রা ব্রাদে অহুম ঙম্মবা ওরুবা মিপান তাংদনা য়ুম লিংহুনা লৈবনি। চন্দ্রজিনীনা পান তুকান ফম্বীনি। তুকান্দুনা মাগী ময়ুমগী ভা-থুম পুনরিবনি। ঙসি কোর্টতা কারকইবসি লৈকাইগী নিপা অমনা মুপী অমা চেল্লরগা য়ানদহুনা চৈরাপ-গারোৎ য়োনরক্লিবনি। চাকঙন চারহুনা কোর্ট কারকই।

ফম্ফমকা অমত্তা লৈপোং নত্তে। মীনা পরিজাং শুনা তিল্লি। থরনা উখোঙ রাখোঙদা, থরনা দরখাষ্ট ইবশিংগী মমাঙদা থারিবা কান্দা থরনা হোটেলদা পোংফমদা ফমহুনা ঙাইনরি মা মাগী কেশ মপা য়ৌহুনা কোরকপা। ইবেমহলখোয়স্মু মুপী নিপা অনিমক্তু পুথোরকপা ঙাইরি। মুপী নিপা অনিহু পুলিসনা ফাখিবনি ঙসি পুথোরকনি হায়না ঙাইনরি।

উখোঙদা উরুম থরা লাংবহুদা ফমথনরহুনা চাকচা ভোকপগী মুম্নরক্তুনা থরা অমনা উইরি থরা অমনা মঙ্গল লৈরুহুনা তুপনরি। মীফা মীপুন মরক্তুদা পোং য়োনবা কাংবুশিংম্মু লাকরি লৈবাকহরাই ময়োম য়োমহুনা হাররি মীপুম খুদিংদা চঙহুনা। ফিরোল য়োরবা, খুদোপ খুজি য়োনবা কাওবা হেক লাকই।

পুলিসকী গাড়ি ময়াম অমা থৌজিল্লকই। মী কয়া অমা ফারকই। মী ময়ামত্নগী মরক্তা নুপী কয়া অমসু য়াওরি। ইবেমহল্না থরা নকশিল্লা চঙশিল্লগা য়েংলুই। মানা য়াম্না ওকখিবদি ময়ামত্নগী মরক্তা মাগী খঙনখিবা থোইনু হাওকিপ য়াওরি। ইবেমহল হায়ফম খঙদনা ওকই। মাদি কৈদোরুবগী পুলিসনা ফারিবনো খল্লফম খঙদে। থোইনুদি ইবেমহলবু উবদা হৈনদবা ইকাইবগুম তৌই। করিগীসু ইকাইরোই, মা পুলিসনা ফারবী নুপী অমা ওইনা উন্নরিবসিদি। অত্নদি মাগী ময়াল অমদি লৈরম্বা তাই। মাবু কোর্ট মন্নুংদা পুশিনখ্রে।

সোমদা নুপী ময়াম অমা লাকমিন্নবত্নসু কোল্লোঙ মপান্দা ঙাইনরি। নুপীত্ন পুলিসনা তেক পুথোরকপগা গাড়ী মথক্তগী চিংথগদৌরিবনি হায়ত্না খাঙচেৎ হেক শেৎলত্না কোল্লোঙ মপান্দা চাইথোক্তুনা লৈনখ্রি। ইবেমহলদি মখোয়গী মরক্তা য়াওনীংদে। করিগুম্বা ফাজিনখিবা তারবদি মাদি য়ুমদা রা থোক্লগদৌরিবনি। মা উখোঙদা চঙত্না ফমথরমই, থোইনুগী রা নিংশিংলুকই।

ইচে ফনেক ইন্নফি কাঙখল অমনবা লৈব্রা থুমোক্তা ওন্নসি হায়দুনা চীংমী নুপী কয়া য়ুমলক্তা লাকই। মখোয় ময়ুম মকৈ লোইনা মৈ থাবিগ্রবা শেৎনিঙাই ইন্নিঙাই লৈরুব্রবী ঙাক্তনি। অদুনা ফি ফনেক ইন্নফিগা থুমোক্তা ওন্নসি হায়ত্না হেক হেক লাকই।

চীংদা চীংমী মশেল খৎন চৈনবা থোকই হারবা তাখি ইবেমহলসু অত্নুনা লাকইবা মওংত্নদা নুংশিবত্নম ফাওই। মতাং কয়ারক্তা মানা ফনেক ইন্নফি পুথোক্তুনা পীখি। অত্নম হায়না লাকখিবী ময়ামত্নগী মন্নুংদা থোইনু হাওকিপসু অমনি। মহাক মচানুপী অমা পোরত্নুনা য়ুমদা ফিরোল নিবা লাকখিবী ময়াম মরক্তা য়াওরক্তুনা লাকখিবনি।

থোইনুমক্তি ফি নিবা লাকপা নত্তে। থুমোক্তা ফিগা ওন্নসি হায়না লাকখিবসু নত্তে। লৈ চারা য়োনবী ময়ামত্নগী মরক্তা অমসু নত্তে। থোইনু খোইহী য়োনবীনি।

# ইঙ্গা খোইহী য়োম্বী

ইচে খোইহী লৌও, খোইরেনগী খোইহী অশেংবনি য়ুরক্কি উপুগী খোইহীচু নম্বেয়ে।

ইবেমহলনা হায়রকই, অশেংবনি হায়বদি ঐখোয়দি করম হায়না খঙজনি।

ইচে ঐখোয হাওদি ওইদবা ভাওদবনি, নখোয়না চাম্লিবা চেঙ্গ,ম, উয়েন, কংলাযেন, উচিনা, পান, মঙ্গ্রা, মোরোক লোইনা ঐখোযনা চীংদগী পুরকপনা অয়াম্বা নত্রা, ঐখোযনা পান উকাবীগী মচুৎতা হোংহ্‌ পুরকপা যাওগ্রা ?

ইবেমহল থাজবমই মানা হায়বিবচুস্ু অচুম্বনি হাওদি মপুক শেংই হাযনম্ু অহল লমনশিংনা হাযনৈ।

ফিদা অমা থাচুনা খোইমুবু ফমথহল্লমই।

খোইমুনা হৌদাববই, ইচে ঐখোয অনি ইতা শান্নসি, ঐগী ইচাসি নচামক্কি খনবীযু।

ইতা শান্নবা হাযবা থাযনা চংনবম্বা ম্রাফমচু হৌদোরকপচুদা ইবেমহল মুংশিবা অমা ফাওরকই। নিংশিংলকই, মেজোরখুলগী ইচে মুমিংলৈ হাযবী অমা ইবেমহলগী মযাগা মতা শান্নবমই। মবক মরক্তা চীংদা চংলুই হাযচুনা মুংঙা ঙাফক পুচুনা হেক হেক লাকখি।

খোইমুগা ইবেমহলগা মতা শান্নরে। মাগী মচামুপীচুনা ইবেমহলদা ইমা হায়না কৌহল্লে।

খোইমুনা হায়খি, ইচে খোইহী ময়ামগী মরক্তা খ্বাইদগী ফবদি খোইরেনগী খোইহীনি। মানা মখা অমুক ভারকখি, অঙাং মশা শাগৎপদা ঈশিংগা য়াল্লগা তৈবদা হেক্তা হনবনি, মোরোক শাচুনা পুক চাকপা মতমদা খোইহীগা শঙম মশিংথাগা ভক্তুনা তোংনরগা অমুক থকপদা হেক্তা কোকই।

ইবেমহলনা খনখি, অ জা পুজ্জা তৌবদা, অঙাং না য়েকপদা ফবতা নত্তনা খোইহীসি চম্প্রাগা য়াম্নরগা চাং নাইনা থরুবদি লায়থুং তিনথুং পুম্বা ইকোক্তা কোকই হায়নরিবনি মাগী খোইহীসি লোইনা লৌশিন-বিবনবু ফরে মাগী পোৎ য়োমশা রাগদনত্তসু কোকহল্লে অমরোমদা মাসু খোইহী অফবা অশেংবা থরা ফংহৌবে।

মানা হংখি, ইতা নঙগী অশেংবা খোইহীসি কয়াম য়াম্না পীবা ঙমগনি?

খোইমুনা খুম্নকখি, লৌক্লি মাপন লৈরি, মীনা লৌক্লিদা চনি ফাওবা পীগে হায়রিবনি ঐনা য়োন্দ।

মথংগী নুমিংতা খোইমুনা পুরকখিবা অশেংবা খোইহী লৌক্লি মাপন্দু ইবেমহলনা লৈশিল্লে মাগী মতা খোইমুদগী। মানা রাখল কয়া অমা খনখি, নিতিগী মুংথিল মাগী নীপা অমদি অঙাংশিংদা চম্প্রা মহীগা য়াম্নরগা পীথক্লে মশা শেংননবা। অদুবু, পাঙথোকচানবা হায়বদুনি, ইবেমহলনা কৈথেল কুম্নকপদা হৈয়োনবীশিং কুমখিবনা হানখিদুনা চম্প্রা লৈবা হেক্তা নংহৌদে।

ঙসি ইবেমহলনা খল্লি, মবুক শেংবী মাগী মতা খোইমুসি করি তৌরুবগী পুলিসনা ফারকইবনো। মীয়াম্না অমনা অমদদি হায়নবগুম তৌই নম্বর ফোর পুরম্বগী ফারকইবনি ময়ামদো। ইবেমহলনসু খল্লুই নংবদগী শেল থুনা ফংনবা হায়দুনা মাগী মতা খোইমুসু নম্বর ফোর য়োল্লবদগী ফাবা ওইরম্বা তারে। অমুকসু খন্থরকই, মাগী খোইরেন খোইহীদু সুম য়োল্লম্নবদি সি থোক্কদ্রা।

মাবু পুথোরকপা পুলিস ময়ামদু থরা অমা মপান্দা কোয়চৎ চৎতুনা লৈ। ময়ামদুগী মরক্তা কৈথেলদা হেক হেক মথৌ তৌদনবা কোয়চৎ চৎপা কন্সতেবল মঙ্গিদু য়াওবা উই।

মঙ্গিবু কৌরদুনা ইবেমহলনা হংলকই, হাজুরা, নথোয়না পুথোরকপা য়াওরক্লিবা খোইমু হাওকিপ হায়বীসি করি তৌরুবগীনো?

পুলিস অদনা ইথৌ থৌওইদনা থুমকই, খোইহী য়োনবীনি মহাগী মুপীনি খোইরেন খোইহী শাদনা মানা মী অমদা খোইহী লৌক্লি খরা য়োনশিল্লম্বা জাংনি। মদু থক্লবদা ইমুংদগী অঙাং অমা শিরে। অদনা মা ফুড এডলটরেসনগী মরালদা ফারিবনি। মহাগী তৌওম্বীনি, খোইরেন খোইহী হায়বা তাওখ্রবদবু লৌক্লি তরা কুন কদাযদগী কোংলুদোইনো। কদায় কদায়দগী মচল মযাম অমা য়ানশিল্লগা খোইরা খর তোংশিল্লগা শুংইবনিনে। মুপী অমদনা ইতা হেক হায়জিল্লি নিপা অমদনা ইবুংহেক হায়জিল্লি মখেয়না খোইরেন খোইহী যোল্লকইবসি কুইরাপোংনি। ভসিদি মদু চাক্লবা মরাল লৈতবা অঙাং অমা দথা তারে।

মঙ্গিনা মথা অমুক তারকই, সরকারনা হুকুম অমা থোক্লনা খোইহী অফবমু ফত্তবমু ফাগংলি।

মদু হাযদনা মঙ্গিনা পুলিস জীপ মহুংদা ফাগংলকপা খোইহী লৌক্লি ময়াম য়াওরিবদু ইবেমহলদা থুং থিন্দুনা উহল্লি।

ইবেমহল স্বায় লাওবা অমা ফাওরকই।

ঙরাং মাগী মৌপা অতোম্বদ কোয়রক্লম্বনি। মা হরাওনবনি হায়দনা অয়ুক ব্রাকিং হল্লকপদা চম্পা মহীগা য়াম্নরগা থকউ মশা ফনবা হায়দনা খোইমুনা যোল্লম্বা খোইরেন খোইহী অশেংবনি হায়বা খোইহী লৌক্লি অমা পীখিবনি। মপুক্লিংদা লাংতক্লরকই মদু থক্লদনা কত্তা নুংদা খোক্লম্লবঙি কমদোবা। মা পম্বা য়াখিদ্রে।

মুপী চেনবগী লাকপা লৈকাই মুপীশিংহু ইচাই চাইথোক্লনা লৈ চন্দ্রজিনীদি লৈববু উদে। ইবেমহল মাবু ভাইক্লদ্রে। কোর্টকী থোঙালগী রিক্সা অমা ফারহুনা মপামলোমদা লাক্লমই।

নিত্তীগী কৈথেল কুম্বদদি ইবেমহলনা রিক্সা তপ্পা থৌনবতা হায়মনি অহুবু ভসিদি ইবেমহল তপথবা য়াথিদ্রে, রিক্সা থোবহুদা হায়রমই, ইবুঙো নওগীহু খরা কম্না থোহে।

# থৱায়দা শিহৌদ্রু লোইরে

চহী অমগী শোয়দনা পাংথোক্লিবা গনতন্ত্র দিবস নত্রগা টয়েন্তি সিক্স জনুৱারী নত্রগা রিপব্লিক ডে পাঙথোকপা য়াবোই হায়তুনা অঙিংবা কয়ামুক্কী মরক্তা চাওনা নত্রগা পীক্তক্লা পাঙথোকপদি শোয়ৱা লৈতে। থৌনা ফবা কয়া অমা থনগৎতুনা মনা পীদগী থৌরমসু হাপই। অতুগুম্বা য়াওতুনা মনা লৌগদবা মীওইশিং পুলিসকী গাড়ীনা তোম্লগা মনা লৌথম কংলা তান্না পুনৈ। অতুগুম্বা পুলিস গাড়ী অচৌবা ট্রক অমগী মনীংদা নাইতোম তোংতুনা উচিৱা হাযবা লমদমতুদগী পাকচাওসু চৎলি মনা লৌবা। গাড়ীনা মথং মথং মাইকৈ মাইকৈদগী মী তোল্লুৱবনি, অতুবু মমৈ তাবনা পাকচাওদি মথন্তা তোংই গাড়ী অচৌবা অসিদা।

করি কন্নবা থৌনা ফবগীদমক্তা মনা পীগদৌরিবনো পাকচাওনা নিংশিংলকই। মহাক রাইফলমেন ওইন থবক চঙলকপনি। শিনফম অমা পায়দনাদি হিংবা য়াদবনা চঙলুবনি। উখ্রুল ট্রেজরিদা সন্ত্রিগী থবক তৌতুনা লাকই। যুগসিমু মওং অমনি, অঙনবা পাম্বা কাংবুনা মশিং থংদনা থোরক্লুবনি। মথোয়সু অফবা খুৎলাই পায়রি। অতুবু রাইফলমেন অমগী শরুক থুংবিরিবসিদি থ্রি নো থ্রি রাইফল হায়বসিনি। অতুনা, পাকচাও য়ারিবমখৈ খুৎ থোক্লতুনা কাপ্লগদবা মফমদা লৈনিংদে। ট্রেজরি ঙাকপসিমু খুদোং থীনিঙাই লৈ অতুনা মন্ত্রিগী গার্ড ওইবা নত্রগা ওফিসতা থবক শুবা নত্রগা বেগু খোংবা য়াওবনবু থৱা শাফগদবা মাল্লি। বেগু খোংবা হায়বতুদি ঈশৈ যন্ত্র কয়া খোংবা হৈবা তান মেন খঙবা মী ওইবা তাই অতুনদি বেগু খোংবগী রা অমা য়াদ্রে। অতুনা হোৎখৈ হোৎনৱগা য়েংবদা খুগা দাম্ন শঙবগী থবক্তা প্লাটুন অমা লৈবতুদা য়াওবা উচিন নাচিন্না য়াওবা ফংজরে।

দাম ঙাকপদি থবক কোমই ময়াম হৌনরগা চবুন চবুন মঙাগী বোর্ড তরাগী বোর্ডতা হেংগৎনদনা পাকথনরগা য়োল কোল মতমদা ফোলইনতৌবিবা অকোযবদা লৈবা উথুম, ঙাম্নু থোইদিংনম শোরিংনচিংবা কয়া কাপ্পুনা নম্রগা শিশাব চংনক্লবদগী শক্তি কাপ্পুনা পুন্নক্লপা কযাদগী নোংমাইজিং মুমিংতি শোয়দনা ইস্পাং অহাণবা কযা চানবগী রাবীদগী শুম্লাংখিতুনা পাকচাও রাচৎ বানোম তেঁতুনা রানা তোংনতুনা থুগা দাম ঙাক্লবা প্লাটুন্দুদা যাওবা ফংলকপনি। অদুবু, নোংমগী মুমিং অমদি লালহৌবা কাংবু অমনি হাযবা অমনা প্লাটুনসিদা লান্দাংকই। মুমিং অদদা প্লাটুনশিগী মীওই অয়াম্বা বজাবদা বেসন লৈবা চংথিরিইদা দামতুদা সিক্যু বিটিগী মীওই মথংতুং লৈবা মতমদা এটেক্ট তৌরকপনি। লেন্স নাইকশিংনা পাযবা কারবাইন পুম্বা পংযৎ ফেংনদনা লাম্পাকথে ময়াম থর য়দা শিংগৈদ্র লোইরে হাযদুনা সংবন্দব তৌনখে। পাকচাওদি টাবাব মথক্তা লেপ্পুনা লৈ। মাগী এক ফোর্টি আইট হাগত্রা কবিনো পাযবদি লাযরতুনা পাকচাওদি উবা ফাওবা ফজনা উবা ফংদ্রি। মাগী থুংলাই হাযববু থ্রি নো থ্রি বাইফলসিতনি। একে পাযবা কাংবুতনা পাকচাওবু থুহুম চনশিল্লে। তৌশিবা মতৌতুদা মক অমত্তা চৎপী থ্রি নো থ্রি কা কাপপু লাকউ য়াবা নত্তে মীগীতুদা থুংথপ অমুক্তা মরু য়াঙ্খে হুম্ফুনা নোং চুহনবা য়ারিপোংনি।

মমায় থুমজিনবা কাংবুতুনা থুংলাইনা নখদা নীত্তুনা পাকচাওদি মাগী থুংসাইতু থাদোক্লে থ্বাভদা পুল্লিবা মক য়াঙ্খিতুস্লু লৌথোক্তুনা থাদরে। ময়াম মরক্তুগী অমনা চঙশিন্দুনা রাইফলদগা মরুতুগা লৌখৎলগা য়েংই। মকতুদি লৌখৎলগা লাক্তুনা লংথ্রে অদুদগী রাইফলদু লৌখৎলগা মকদু লৌথোক্তুনা হুন্দোকথ্রগা মঙোন্দা লাক্তুনা লংশিল্লকই। মরোল খোইরপ তৌবা মৈতৈলোন্দা মায়থুম কুপ্পা অমনা হায় রাইফলসিস্তু পুথ্রসি। অমনা থুমই, হুম থনম্মু লুম্নবনি উতুপতু পুরগা করি কাম্নদোইনো। অমনা চঙলক্লগা পাকচাওবু থুপাক্লা

অমুক্তং থারগা থনম্মে অদুগা চংগ্রে। পাকচাওনা থল্লি খুপাক্লা থাজসমু কনাসু উদবসিবু হিন্দিদা হায়নবদুসু নিংশিংলকই 'জান বচি তো লাখো পায়', থরাইনা শিংহৌত্র লোইরে।

মখোয় চংথবা মতুংদা পাকচাওনা মক মরাংকাদু লোইনা খোমজিল্লে। পাওদু হেড কাটর যৌনরে। কারবাইন্দি লোইনা লৌথ্রে অদুনা কারবাইন পায়বা কাংবুদি লোইনা সসপেণ্ড তৌবিগ্রে। দামদা লৈহৌবা রাইফলমেন পাকচাওদি লালহৌবা কাংবুগা মায়োক্নখি খুংলাইসু মুলহনখিদে হায়দুনা থৌনা ফবগীদমক মনা লৌগদৌরিবনি।

পাকচাওগী রাখল কায়রমই। গাড়ীহু থামই, লৈশাংখোং মপা অহুমক্তনি। ঘুম অমদগী কৌথোক্লহুনা নিপা অমসু থোরক্লুনা গাড়ীদা কারক্লে। পাকচাও মথন্তা নক্রে মপাং অমসু লৈরে। গাড়ী অমুক চৎপা হৌরে।

মখোয় অনি খণ্ডনরে।

মাঙ্গোলজাও এস এস বিদা থবক তৌবনি। মাসু থৌনা ফবগী মনা লৌবা চংলিবনি ঙসিগী মুমিংসিদা। পাকচাওনা হংলুই, হুজুরগী মনা ফংবগী মতাংদি করিনো তাসিদনা। ঐগীদি দাম এটেক্ট তৌরকপদা খুংলাই মুলহনখিদবা অমদি মায়োক্নখিবগীনি।

মঙ্গোলজাওনা হায়রকই, ঐ রারিহু তারে। করবাইন মুনখিবা তোম্বা হায়বা অমা য়াওবনি। মাদি থবক তেক্লুনা লৈরে। মানা তমহুনা লোইনা তারে। রাইফলমেন অমদি মাগী থি নো থি রাইফলহু লালহৌবশিংহুনা লৌরুহুনা করিবু কান্নগবনো হায়হুনা মহু পায়রম্বা রাইফলমেন্দু খুপাক্লা থারগা থনম্মগা রাইফলহু পুবা তন্দুনা লৌখিদবনি হায়ববু চুম্বরা?

পাকচাওনা মশাবু নমথাক তৌবদি য়াদবনা পুক্নিংদদি ইকাইজে তশেংনা অচুম্বনি অহুবু, রাফমহু থৈদোক্লগা হায়রমই, ফরেনে মসিনা মসি ওইগ্রে হুজুরগী মারীনা করিনো?

মাঙোলজাওনা হায়রকই, কৈশামথোংদা বম্বলা শাবা ইমুং অমদা বোম পোখাম্লহুনা ইমুং পুম্বা মৈনা চাকপদা মৈরক্তগী হম্নুবী অমা কনবগীনি।

পাকচাওনা খুমই, মত্তুগী ইমুংহু উচিব্রাদগী হোংথখিবনি থঙই। মাগী মৈ চাকপদ্দি য়ুয়োম্নবা অঙাং অমনা চোংশিন্দুনা থরায় খুবাক্তা হাপ্তুনা হম্নুবীদু কনখি হায়না মীয়াম্না থাগৎনখি, হুজুরনা করম হায়না য়াওরুবনো?

মাঙোলজাওনা নোক্তুনা হায়রকই, মানা ফংলিবসি অয়াম্বা সুম হায়না ফংনরিঙাক্তনি। ঐখোয় খুলগী মী ফনা য়াম্না ফংনখে, মমাঙদা, মন্ত্রী থঙনরবদি মনা য়াম্না ফংবা য়াই ঙসি মনা ফংগদবা মী অয়াম্বা সি এমগী মী ঙাক্তনি।

কংলা য়োরে।

মনা ফংগদবা মী তরামঙা তোঙাম্না চৌক্রিদা ফমহল্লি। মাঙোল-জাওনা খল্লকই, লোইনা মাগুম্বা মাঙোলজাওগুম্বা ঙাক্তরা। ইকাইবা অমসু ফাওরকই তশেংনা হেক মনা ফংবা য়াবা কয়াদি য়াওবজাৎনো ঈশ্বরনা খঙই। অদুবু, মনা ফংগদবা মীদি তরামঙানি।

# শং শঙনা থোকপা লাই

ঈশ্বরনি হায়না লাংনরিবা পুখ্রা লোইনা অমত্তা হিংগত্রে কনাগী সনামহী, লৈময়েন, কৃষ্ণ, তুলসি, রাম, যিশু লোইননক। অসিগুম্বা মতমসিদা হিংলিবা অচঙবা মীনা ঐ লাইনি ঐবু লাংলু হায়না দাবী তৌনরকই অদুগা ময়াম অমনস্থু মতুবু য়ারি। অদুগুম্বা অসিগুম্বা ৱাথলসিনা চময়হন্দুনা জ্ঞান মাঙহনা লৈরি লৈমতোম্বী।

লৈমতোম্বী মচা লৈরবী য়ুমপাল্লবী মুপী অমনি। পিক্লিবৈদগী ওঝা চাওতোন্না লৈকাইগী লাইরেম্ম লম্পাক্তা বোরা থাহুনা লাইরিক তম্বী-ৱকপা মতমদা হন্না হন্না চীফা পুহল্লকপা শৈরেং, ইমা ইপাদি মিৎনা উবা ল্যাইনি, মালেম পৃথ্বীনা লুহবা পলেম ইমানা মহেল্লি, কোরৌ নোং-দোন্না ৱাংবরা পন্থৌ ইপানা মহেল্লি পীক্লিবৈদগী ওঝানা তম্বীবদগী কাহুনা লাক্লবা পারা অমা ওইনা ইমা ইপা অমবু গুরুবু মীৎনা উবা লাইনি মরম অদুনা লৈমতোম্বীনা খল্লি, অহিংবা মীবু ঈশ্বরনি হায়না লাংপা য়াবসি ইমা ইপা অদুগা গুরুখক্কবুনি অমনা মীয়াম্না ঈশ্বরনি হায়না মন্দিরদা পুজা তৌরবা কয়াহুবুমুনি। অদুবু ইকুই কুইদ্রি ইহৌ অমা কন্না লাকই অহিংবা মী অমনা মাবু ঈশ্বরনি ঈরাংকদবনি হায়না হায়বহু মীয়াম্না য়ানরি।

লাইশঙ মন্দির কয়া ঈরাং পুজা লেপপ্রে লুকহৌ রালহৌ তোক্লপ্রে। অহিংবা মশাবু লাইনি হায়রিবা মহাক্কী খুয়া উফুল লৌহুনা চরনামৃত থক্লরি য়ুম কয়াদা ভজন শক্লরিবনি হায়তুনা খোইরেন মশা পাইনরি।

তোম্বীমচাগী খাইনবগী ৱাহৌসু মতুমক্কি। ইমুংদা চুম্না খৎনরম্বদগী লৈবাক ৱাথোক ওইনহুনা চৈৱাপ গারোং হেক য়োনৈ। থোক্লিবা ৱাথোক্তি ইচম চম্বনি। তোম্বীমচাগী নিপা অহঞাওদি চমজগ্রবা নিপানি মুপী

অঙাংকা ওংপা জাং নত্তে পংপেন্দা পেম্থোকপা হৈৰনি। মাগী নুপী তোম্বীমচাসিনা সেবা মুংবাদা খরা কোম্বসি উবদা ইবায় লায়থোক্না নিংথি মুংঙাইনা তৌবীপোং নত্তে। অচুমক্তদা অহঙ্গাওদি করিমত্তা হায়জদবনি।

নোংমদি মরুপ থরনা অহিংবা মী অমা লাইনি হায়তুনা নীংনরকপদগী মীতুগী অয়েকপা লাই অমগী মমাঙদা চবুন চবুন ফমতুনা ভজন তৌদনা হৈরুক কৎতুনা ইরাং পুজা তৌনরকপা মরক্তদা তোম্বীমচাসু য়াওশিল্লুবনি। মীদগী খোঙজুম লৌদনা লীক্লিদা হান্দুনা গঙ্গাজল পুনরকপগুম পুনবক্তনা মহৈ মহৈ থকপু থকপও মকোক্তবু হাপ্লংও ধূপ্তুগী তারকপা তাঙ্গোয় লাইবক্তা নমদনা মহৈ মহৈ মচা মরাগী সেবাকা লোইনা কাওনরবনি।

—তোম্বীমচাগা অহঙ্গাওগা লাওনবা হেক্তা হৌনরকপনি, লাই নীংববু কৈদৌগে, ঐনা মী হাংলুবসু নত্তবা নিপা ভাঙনরুবসু নত্তবা ইজ্জৎ মাঙনবা থবক অমত্তসু তৌথিদবদা নঙনা থিংলিবা করিগীনো ?

— হে নুপী! করিগী ইজ্জৎ মাঙদনি নঙনা নরা নপুরোইবা ঐমক হিংলিৰৈদা অত্তোপ্পা হিংলিবা নিপা অমগী খোঙজুম থক্তনা পুন্না তৌবা য়াত্রা ?

মবানিগী রাফমদ তাইশিনবিমবা পংলৈ লৈখিদ্রে। মখোয় অনি কায়নত্রে খাইনত্রে। অঙাং অপিকপা অদ ফাওবা অহঙ্গাওমা ভঙাইফদনা মমা মপা অনিমক শক্না কোলহৌরে। তোম্বীমচানা লাইনীংবী ওইত্রে, অহিংবা লাইনীংবী।

লৈমতোম্বীগী 'রাখল ময়ামগা মায়দে অহিংবা মী লাই ওইবা য়াবা ওবানা তম্বীরকপা পারাতুগী মমুং চন্দবা 'অহিংবা মী ১ লাইনি হায়না মহাক' নীংবা ভবদে। অমরোমদা রা অমবু তায়কই, লাই অহিংবতুদি শীঙনরুধা য়াদে ভরক'র রূপ ওইনা উংতুনা শংশঙনা লাকই'হায়রি। লৈমতোম্বীদি

অহিংবা মী অমা লাইনি হায়না নিংবা য়ারোই হায়না খুৎ থোক্লা শীংন-ক্লরে। মাফমতু মাগী নিপাতুদা হংলুরে। নিপাতুদি ইথৌ থৌওইদনা খুম্লকই, থায়নগী অহল লমন্না তাক্লক্লো মুপীগীদি মপুরোইবনা ঈশ্বরনি অতুনা নঙনা থম্মোয় শেংনা ঐভোন্দা চঙজরো ঐ ভাকপিগেনে হেরা মাগী ভয়ক‍্ষর রুপতো কয়াম ভয়ক‍্ষর ওইরিগবা মাগী নিপা ঐ অমা মহাকাল ওইনা লৈরিঙৈসিদা নঙোন্দা শোকপা মতীক্লো।

লৈমতোম্বী ফোংনা খুরুম্বদি ইকাই অতুনা মাগী নিপানা চংথোকখ্রগা মাগী খোঙউপতুদা লাইবক কৎতুনা মাগী অরা অনা পুম্বা লোইনা মঙোন্দা ইম্ভোক্লে। মুংথিল ওইরিমথৈ খরা ফবমই, অতুবু অহিং ওইশিল্লক্লে।

অহিংগী মতম য়ৌবকপসিনি লৈমতোম্বীনা পুক্লিংকা লাংহুকমুক্তা চাওরিবসে। অহিংবা লাই অমগা শীংনবনি হায়তুনা শীংনসল্লু মীচিক মীরাওখোল তারক্রুবা মতমসিদা শোর হোনগনি কাওতুনা অমুক অমুক শোর মপী হোল্লকই। লাইবকসি ইশা শাগৎলগা খোঙদোন কাসি ইইং ইংশিল্লকই। অঙাং মুবী মাগী নিপা লোইনা তুমখ্রে। সনামহী কাচিন লোমদগী উতিল্লা খোংবা অমা তোয়না তারকই। চুম অমসু মরক মরক্তা শিলিংমথক্তা খোংলি। যাত্রাগী উখোঙতু শমুম চারমালে শমুম্না চাবগী হৌরবা মখোল অমদি থোক্লি। মপান্দা লমজাওরোমদা হুই অমসু খোংলি লাক্লা লাক্লা। মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতমতুদা লৈমতোম্বী-দি মীৎকি কক্লা অমত্তা উইশিল্লু হায়বা য়াদ্রে। পুক্লিংদা অকিবা অমনা খুতুম চনশিল্লকপগুম তৌই, খম্নরকই, অহিংবা লাইতুগী ভয়ক‍্ষর রুপ হায়বতুবু কমদৌবা জাৎনো।

লাই অহিংবতুদি নম্না শাগী শক্তম লৌতুনা লাকই হায়রি। লৈমতোম্বীনা খল্লকই, কৈ ওইনা লাকপদি হোনদে। মরমদি কৈদি দুর্গাগী শাদোংনি। শামু ওইনসু লাকফম থোক্তে, মরমদি শামুদি ঐরাবত হায়তুনা ইন্দ্রগী শাদোংনি মানা ওল্লু লাকউবা য়ারোই। নোংশা ওনবসু য়ারোই, মরমদি নরসিংহ অবতারদা নোংশাদি শ্রীহরীগী

শায়োন্নি। যন ওনবসু য়ারোই, মরমদি যনদি শিব মহাদেবগী শাদোংনি। লৈমতোম্বীমা খল্লকই, অদু ওইরবদি ওনগে হায়না ওল্লবদা হমেং য়াও মঙাইরে। মদুসু ওনবা য়ারোই মরমদি য়াওদি থিগু খুষ্টগী লেংজুমগী লৈতেংনি। মহাক্না য়াও মচা লেঙ্হোং নাতুনা পুতুনা চৎলি। অদু ওইরবদি শগোলগা ইরোইগদবা ঙায়রে। শগোলসু য়াগদবা মান্নে, মরমদি হন্দক্না চামুণ্ডেশ্বরী হায়না মিংথোনবী দেবী ইমানা শগোলদা কুম্মক্লগা শামুদা কাখি হায়রি, মাগুম্বনা শগোল ওনবা ওইথোক্তে।

অদুদি ইরোইদি কমদৌবা!

ইরোই হাযবা ল ইবক থীবা শা নঙদি নপুন্সি চুপ্পা মীওইবগী কান্নবা তৌতুনতা মরাকই। নঙনা শঙ্গমগী, গাড়ী চিংই, লৌস্নু খোই অদুমক্তদা হিংচাবা মহিসাসুরনা নঙগী শক্তম লৌই হায়তুনা বিজয়াদশমি মুমিৎতা দেবীগী পেন্নবনি হাযদুনা বলি হেক্তসু তৌবীদো। অমবোমদা ইরোই থরোবদি যমগী শাদোংসু ওইরিবনি। অহিংবা লাইতুনা ইরোই ওনগে হায়বদা যম্না যাবক্লদবা মান্দে। অদু ওইরবদি ওক ওন্দুনা পায়গদৌদা ঙায়রে। ওকসু ভগবান শ্রীহরীগী বরহ অবতারগী শক্তম্নি। অদুদি হে মীৎনা উবা লাই নঙদি করম্বা ভয়ঙ্কর রূপতা লাক্লবা।

অচৌকপা অহিংদদা পুং ঝালগী মখোল অমা তারকপদা লৈমতোম্বী স্বায় লাওই। মাগী রাখল পুম্বা কায়রমই। মী অশিবা অমা পুথোক্লকই। তেংথা নাওইনা কপ্লরি কয়া অমনা। মদগী খুদোংচাবা লৌরদনা কৌরমই, মহোয় বাবা। মী লৈতবা অমা য়াওমালে। মাগী নিপানা খুম্লকই, ঐ হৌজিক মং কুম্মবা তল্লে, হয়েং নোংঙাল্লগা ওইনা হংলসি।

মীৎনা ক্নাবা থন্দুনা অহিং মিশেন খাঙলুবদগী নোং ঙাল্লমলাইদসি লৈমতোম্বী ঙাইহাক উরোন উরোন তৌরুমালে। অঙ অমবু খঙ্জই!

থাগী লৈবাক্তগীনি হায়জিনবা ধোবীগী নিমচফুদা তারুবা লমহ্‌ইহু মাগী থোঙ্গান্দা লাকখি। য়াম্না কিরুরবা মতুংদা মিকপ থোরুকপদদি নোং ঙাল্লম্লে। মুমিৎকী মগুন অঙকপনি অমম্বদা কিরম্বহু মা হেক থোরুকপদা অকিবা পুম্বা মাংখ্রে। শিরিবহু কনা নো হংনবদা খঙলে। মা অতৈ কনা নৎলমদ্রে মনীং লৈকাইগী ইবোবী ওইরম্লে। লাই অহিংবহু লাংচহুনা মীয়ামদা শন্দোক্তুনা লৈজবা মহাভক্ত অমনি। লীভর সিরোসিসনা নাই হায়হুনা লায়েংহুনা লৈবনি। নাবা শোয়দনা কোক্কনি হায়বগী অশাদা অহিংবা লাইহুগী খোংজুম থক থক্তুনা অট অটবদা নাবা খরা ফরে হায হায়হুনা লৈরম্বনি। ঙসিদি চৎখ্রেদো অহিংবা লাইহুগী চরনামৃত থকপদা হায়হুনা।

মুংথিলগী মতম্নি।

লৈমতোন মনীং লৈকাইগী ইবোবীখোয়গীদা অশিবা হংবা লাকই। কোম্হোং ময়াদা অশিবগী ফিরোলশিংহু মৈ থাদোক্তুনা লৈরমই। মনাক নক্লা অহিংবা লাইহুগী অয়েকপা শক্তম মিংশেল চনবহু কায়হুনা ইচাই চাইরি ফি অচাকপা তাঙ্গোই মরক্তুদা। অদুগা ইবোবীগী মচানিপা অহন্দুনা লাওখোংহুনা কপ্তুনা শাপ তৌরি, লাইনি কাইনা! বাবা নাবা ফনি হায়হুনা ঐখোয় ইমুং হুপা তুকচ্চখ্রবা মাগী খোঙজুম থক থক্তুনা লাকপা অহুগা মঙোন্দা পুন্নমক কৎথোক্তুনা হৈরাৎপবু বাবাবু কনবা ঙম্মদবা, নঙ লাই নত্তে খোঙপাক্লা নেংখায়নি।

মী খরা অমনা খাম্লি। ফি মৈ থারিবা থেম্বীনা শোল্লি। নহান মখৈ মখোয়না লাই নীংলিবসিদি লাই চীরোন তৌরিবা জাৎনিদনা, মী শিববু লাইনা কনবা ঙম্বরনে।

তুংদগী নিপা অমনা মনেতোম্বী হায়না খংকৌ কৌরকপদা লৈমতোম্বী খংপ্রেক খংই। য়েংথোকপদা উরে ইবোচাওবা অঙাওবহুনি। মখুৎতা চৈ অমা পায়রহুনা নোক্তুনা হায়রকই. মনেইবেমা! লুপা চংপী অমথক্তা পীবিয়ু নঙগী লাইথুং তিনথুং লোইনা পুনিগে সত্য লাইত মাংগে।

# তুম্বা য়াদবগী লাইয়েং

লিলনা চীকখ্রবা মীতনা লিনগী হৃগী মগুন খঙই হায়বগুম তুম্বা য়াদবগী অৱাবদি তুম্বা য়াদবগী অনাবা লৈবা মীতনা খঙনি। বাবু-তোনগী লায়নাম্নু মতুমক্তি। জগৎ সংসারগী অঙকপা, মীনা খঙনদবা অকিবা, তমথীবা থোদো পুম্না অহিংগী মতমদতা থোকই। অদুবু, মী-ওইবগী তুম্বা হায়বা লোনচং অমা লৈবনা অহিংগী মতমদা থোকপা থোদোক কয়া উবা তাবা ফনদে। অদুবু, বাবুতোনদি অহিংদা থোকপা থোদোক কয়া নাকোংনা তাবা ফংবা ফাওবদি ফনা য়াম্ন তাবে। থৱান থাগী মতমদা হুইনা লাক্লা লাক্লা খোংবা, পুং ঝান য়ৈদুনা অশিবা পুথোরকপদা পুক্লিং শোক্লা তেংথা নাওইবা, ন্নংশিং শিংপদা ৱাপন্দা ৱা অমগা অমগা তক্লবগী কুক কুক লাওবা মখোল, অইং অশা ওন্নরকপদা ঞ্জিঙ্খদা থোকপা মখোল, লিম্না হঙোই চাবীবদগী হঙোইনা ৱানা চেং চেং খোংবা, হৈক্রেং পাম্বীদা তোংদুনা মকুনা কূ কূ খোংবা, অৱাপ্পদা লাই হরাওফমদা লাইৱোই নুমিৎকি শৱোয় থাওবদা মাইবীনা লাওবা, লাইনিংথৌ লাইরেম্মনাইশা! লাইনা মী চাবা নুমিৎ থোকই কনামত্তা মোং হাগনু অসিনচিংবা বাবুতোন্না তাদুনা তামল্লদুনা হৈনৱবা মৱোল ঙাক্তনি।

তুম্বা য়াদ্রবা মীৎকি, কক্লা অমত্তা উইশিল্লু য়াদ্রবা অহিংদুমা অহিং য়ারেকপা জীব কয়াগী মপাং ওইরুরগা হয়েংগী নোংঙাল্লকপা ঙাইরি বাবুতোন।

বাবুতোন ইজ্জৎ লৈবা মীনি। ধর্ম্ম কায়জরক্তবা অচুম্ববু পামজবা মী অমনুনি। ঙরাংতা অঙাং অমা লাক্তুনা হায়রে, পাবুং থোংমন্দগী ওঝা মেঘ খঙনব্রা?

বাবুতোম্না খুমই, করি খঙদনি।

অঙাংতুম্না হায়রকই, ওঝা মেঘনা হায়রিবা মহাক্নমুক গৌহাটিদা পাবুংগা থেংনবদা পাবুংনা লুপা চহুমথক লৌহৌই হায়য়ে।

বাবুতোন মায় ঙাঙখি। মচীন্দা থোকখি কৈদৌঙৈগী ব্রানোনে। মহাক ব্রাফমহু নিংশিংবা থোকখিদে। মহাক গৌহাটিবুদি পংচৎ চৎগ্রে, অদুবু ওঝা মেঘ থেংনহুনা মঙোন্দগী পৈশা লৌহৌবগী মতাংদি নিংশিংদ্রে।

বাবুতোনগী অহিং তুম্বা য়াদবগী লায়না অমা ভাক্তরনা হোংনবিবদগী খরবু কোক্লুববনি, অদুবু ঙরাং ব্রাফমহু তারুবদগী অহিং চুপ্পা তুম্বা য়াদবতা নত্তনা মশাপুম্বা হৈনিংদবা ইকাইবা মুংনাংবতনা থল্লবা মী অমা ওলহল্লে। হয়েং নোং ঙানবগা হংনরগে খন্দুনা মমশিল্লব্রা ঙরাংগী মুমিৎ অদু ঙাইরকখিবনি।

মানা খনবা হৌরকই, অদুঙৈদসু মঙোন্দগী পৈশা পংয়াম য়ামদনা পুখিবা মীওই মশিং ফনা য়ামখি। মখোয় অমত্তা পৈশা শিংলকখিদে। কাংজম চিথেক্কি সনামতুম্মক নহানতা ব্রাকিং চৎপদা থেংনখি। মামা ওন্থোক্না পামজবা ইঙ্গাং অমা থোক্লে লুপা য়াঙ্খেদং লৌহৌগে হায়নসু লৌহৌই। কয়ারক হন্না ব্রাকিং চৎপদা থেংনরে অদুব, ইকুই কুইদনা লৌথিবা লুপা য়াঙ্খেদুগী মতাংদি ইপন পল্লক্তে। লৌখিবা মাদি কাওথমালে পীথোকখিবা মাদি শিংলক্কদবোইদা খন্দুনা ইকাও কাওদনা লৈ।

নোংমনা সেতুসনা লম্পাক্কী মনীতোম্বনা লুপা চামঙাহুম লৌখি। কোট অমা লৈবদা শেল শুদবগীনি হায়হুনা লমজাওদা লৌহৌবনি। চহীমুক উনদ্রবা মতুংদা ফি নাম্না শেৎ চারহুনা বাজারদা থেংনৈ। অদুঙৈদা পুখিবা লুপা চামঙাহুগী ব্রাহুদি ইহৌ হৌদোরকখিদে। বাবু-তোম্না রাফমহু নিংশিংনবা ব্রা কয়ামরুম্ন কোইনা কোইনা ঙাঙহুনা




ৱারী শাজিল্লি। গ[illegible]জিয়বদা লৈকবগী [illegible] হৌদোরকই। মতা চাবে থন্দুনা বাবুতোম্মা হিংজিল্লি, গ[illegible]জিয়বদি কোট য়াম্না হোঙই হাযনৈ কয়া কা পীনবগে। [illegible] হায়বদা কোটকি ৱাফম্মা অতুঙৈদা মানা কোট অমা লৈবদা শেল শুনদদুনা লুপা চামঙা লৌখিবদু নিংশিংহনবা ভম্ফা যেংগে তৌরুবনি।

বাবুতোনগী ৱাহংতুদা মনীতোম্বনা পোংজনা থুম্লকই, কদায়দগী হোঙবনোদা, কোট তবা যাম্না মওং তাই হাযনগী ৱানি কোট অমদা লুপা লিশিং অনিদগী লুপা লিশিং তবা ফাওবা পীদা।

অদুম কাযনখি অদুগৈদা পুখিবা লুপা চামখাদুগী ৱাদুদি ইহৌ হৌদোক্লমদে। পৈশাদু ফনা শিংলক্লবস্মু বাবতোম্না মনীতোম্বব মকপ অমা ওইবগী ইকাইথুম্নবদা থক্লিক্লস্মু চম্মখিবা লৈতে। খন্দুম খন্দোকই, লুপা চামঙা শিংওক্কগা কৈদৌজবনোইগে মা মানা তৌবনা মা মানা ফংবনি, মাদা ম্লংঙাইথসম্মু।

তম্বা যাদ্রবা অহিংসিদস্মু বাবতোম্না নিংশিংলকখি, ককরা লিলান্দো লম্পাক্কী বিহাবিনস্মু মচাম্নুপী লৌথংপা মতাংদা লুপা লিশিং অমা লৌখিবা। নম্বোলগী তোম্বাপ্নস্মু লুপা চহুম থক্তা ঙাইহাক্তা পীরমউ হাযনা লৈত্রবা মতমদা লৌথ্রগা শিংবদি লাযবত্তনা নোংমতস্মু হৌদোবক্তবা। অদুবু, মীগী ধর্ম্ম নত্তবা ৱাদি হাযরোইদবনি, লিলান্দো লম্পাক্কী বীহারিদি উনবা মতমদা হাযবা ফাওবদি হায়ৱি। মানা পুখিবা শেন্দু শিংগনি হাযবা ফাওবদি হাযরি। খ্বায়দগী হেন্না ঙক্লিবদি চান্দম ওঝা অঙৌনি। ওঝা ওইমিল্লরিঙৈদা তলব ফংবা ম্লমিংতা বাবুতোন্দগী লুপা চাত্রেং পুহৌই। থাগী তলব কয়ারক লৌনখ্রে শিংবা কৌবা লৈরক্তুবদা বাবুতোম্না নিংশিংলুবদা ওঝা অঙৌনা চৈতুম চৈরকখি, হেয়া! ওঝা নওগী কাচ্চা পৈশাহুগীদমক্তা য়াম্না খৌ পোংনা ঙাঙনমুসিদা, ঐস্মু শিংনি হায়ৱিদনা হেক্তা ঙাইওম শিঙমদবা তৌবিয়ক্কনু।

মীওমদবা বাবুতোম্না মঙোন্দগী পৈশা লৌশিনখিবা মীওই পুম্বা অমতম্সু কাওদ্রি, অদুবু শেল পুখিবা অয়াম্বনদি য়াবু অমত্তম্সু নিং-শিংবিদ্রে। বাবুতোন শাওরুদে খনবতদি খন্থে, মীওইবসি য়াম্না কাও-জম্বিবা জাৎনি, শেলগী মতাংদদি খরগা অমুক হেন্না কাওজম্বিরিবনি। অদুবু, অপুবা কাংবুনা ফনা কাওগল্লবম্সু পুথোকখিবা মীদদি নিংশিং-হুনতা অদুম মরেরে। বাবুতোনস্থু অমত্তা কাওদনা নিংশিংহুনতা লৈ। মখোয়না কাওথ্রবস্থু আশাদি অদুম মতৌই মখোয়না নোং-মতংবু নিংশিংলক্তুনা শিংগেতবু হায়য়ুনে লোইনা কোকথোকপিগ্রগে। অদুবু, মঙোন্দা কনাম্সু লাক্তে কনাম্সু নিংশিংলক্তে লিলান্দো লম্পাক্সী বিহারিতনি উনবা খুদিংগী শেল শিংনি হায়না হায়রিবসে। মাগীসিস্থু শিংগদবদি মান্দে, মরমদি মাগী মরুপ চাওথোইনা হায়বা রাকম অমস্থু লৈ, ভাই পুরুবসিদি শিংদ্রবস্থু মপুদু হেক্তা উনবা খুদিংগী শিংনি হায়না পঙহায়দা হায়জিল্লবা, শাওবদি লায়রবুনা য়াইদা ভম্বা কান্দা হেক পীরকউ হায়নবু খুয়কইবনি।

নোংঙানবা কৌবা লৈররোইদবা মাল্লুরবা অহিংদু ভাইবু ভাইরবদি নৈাং ঙাল্লকই। পন্থবা লৈতনা মাগী মুপীদা হৌদোকই, হৈ নফি শেৎকৎলু, খোংমনগী ওঝা মেঘ হাযবদু অমুক্তা থিরুশি মাগী লুপ চহুমদু শিংলুসি নং শাক্ষী ওইহৌ।

মাগী মুপীনা খুমকই. মহোয় বাবাবু পৈশা লৌবিরুব্রনে?

বাবুতাম্না খুমই ঐ নিংশিংবা থোক্তে, মীওইবনি তম্বা ভমদে লৌরম্বস্থু য়াই। মীওইবা হায়বসে শেল লৌশিল্লুরবদি শিংগনি কাওবনি। শেল পীখিবা মীতুদি নিংশিংহুনতা লৈবনি। ঐঙোন্দগী শেল পুখিবা মুংশিনথ্রবা মরুপ কয়া অমা শেল পুথ্রগা নিংশিংদহুনা শিংলক্তিবসিনি কনানা খঙনি ঐ দি নিংশিংদ্রে ঐনা কৈদৌঙৈ মাগা থেংনহুনা লৌখিবনো লুপা চহুমবু কয়া য়াম্নো হেক শিংদোকপিরগা লোইরে।

অঙাং কয়া অমা রাকিং চৎলম্বদা হংতুনা ওঝা মেঘগী যুম তম্না চঙলকই। ওঝা মেঘসু হয়াও হুয়াও ভৌতুনা ওঝা কাদামদগীনো ইতৈমসু য়াওরকই ঙস্তানা লেঙবিয়কপবো হায়তুনা ইমুংদা মী কম্ফমদা চঙলকুবা হায়জরকই।

বাবুতোম্না খুমই ওঝা ইবুঙো ফমজ্ববোই।

ওঝা মেঘনা হায়রকই, ওঝা ঙ+ইন্দাক্ত লেঙশিনবিযু মীনা পুবকপা অথুম অহাও খরসু লৈ ব্রেকফাষ্ট অমত্তা লাঞ্জনবগী খুদোংচাবা লৌজ-হৌগে।

কম্ফম কাদা বাবুতানগা মাগী মুপীগা পুশিল্লগা ওঝা মেঘনা হায়রকই, ওঝাগা মিং মান্নবা থাংমৈবন্দদগী কয়া কপ্পা খঙনদবা মরুপ হায়গত্রা অমা লৈ। চহীমুক ফাবে গৌহাটিদা নোংমা থেংনৈ মতুদা লুপা চহুমথক ঐঙোন্দগী লোহৌই অতুগা শিংদতুনা অতুম লৈরে। অতুদদি ঐসু অঙাং প্রাইভেট তম্বা লাকপশিংদা খঙবা য়াওরবদি খরা থোৌবকউ হায়না পাও চেনববু কান্নরে ঙাইহাক্কী মমাঙদা লাক্তুনা শিংলমই অথুম অহাও খরসু পুরকই।

করিগী লাকপনোকা ইহং হংদনা ওঝা মেঘনা চানা থক্কবা লৌ-থোকপা চৎখ্রিডৈদা বাবুতোম্না শোম্থাংননা মাগী মুপীদা হায়বকই, অতুদি শেল তোল্লিবসি ঐ নত্রেনে, হৌজিকপু করি থবক্কি লাকইনো হংলবদি করি খুম্নি।

ওঝা মেঘদি অচাপোৎ পুতুনা থোরক্লে।

# খোঙজাও ৱাংমদগী হঙ্গিল্লকপা খোঙকাপ

ইস ! অস্মুক মুংঙাইবা,

অমুক্তস্সু অস্মুম্না মুংঙাইখিদ্রি !

ঙাঙ্ন্নবা মচু অমনা মাইগৈ পুম্না ইশন শন্দোকই। মুংঙাইবা হায়বসি কদাইবু কৌবগে মতু খুম্বদা লুবা ৱানি, অদুবু ঐ মুংঙাই পাংমুংদা মুংঙাই অৱাবা অনাবা হায়বা ৱাফম অমত্তা লৈতে পুম্নমক মুংঙাইবা ঙাক্তনি। মুংঙাইবনা হায়ফম খঙদ্রবা মতমসিদা কোম্থোঙ লোমদগী কনানো অমা চঙলকপগুম তৌই।

সনামচুগী ফৈজোম শেৎপা ৱেশমগী ফুরিৎ লীৎপা সনা লুপা মনী মুক্তানা থম্না শিজিল্লবা ৱাং চাওরবা ফজপ্রবা নাতোন শম্মাঙগী কোই চাওনা থাকপা নিপা অমা চঙলক্লুনা শম্মাঙ মতোন য়োৌরক্লে।

শম্মাঙগী মতোনসি অতোরগুলাপকি লৈকোল অমনি। কুৱাক ময়ামসু কোয়না পাইদুনা শান্নরি। লৈচিন থাংলপ তৌবা অতিযা ৱোমদনা লশিং মফোলগুম্না ঙৌরবা লৈচিন ময়াম অমা। মরক মরক্তুদা শংবান্নবা অতিয়া মচেৎসু উরি। উরোক শঙ্গু অমসু পাইরকই। অইংবা মুংশিৎ অমসু হুম্নকই মালিকাগী লৈনম পুরদুনা। মুং য়োনা চিংশিনখিবা মুংশিংনা পুক্লিংদা মথুম্ম মরাং হৌহল্লকই। অনকপদা অৱাপ্পদা উরিবা পোৎ পুম্বনা খুং হংতুনা কৌবগুম তৌরি লাও! লাও! লাও!

ঐগী ৱাখল কায়রমই।

কোম্থোঙলোমদগী চঙলকখিবা নিপা অদু শম্মাঙ মতোন লান-শিনখিদুনা দারি মপান জুরি তাফম য়োৌখ্রে। নিংথিজৱবা গুম্মৎনিঙাই

ওইরবা শ্মাংতুদা লেপ্লত্তুনা নিপাতুবু য়েংতুনা ঐনা লৈরুই। নিপাতুদি কোয়না য়েংই নাক্তা য়েংতা তুংদা মাঙদা অতুদগী ঐবু উরকপদগী হায়রকই, য়ে সিদা লৈরেদনা ঐনা থিরক্লিবসিদি, নঙ নত্রা সনাতোম্বী হায়রিবসে।

ঐনা খুমই, অতোয় করি তাকপিগদবা?

সনাতোম্বী নফি শেংলু, ঐ নঙ লৌবা লাক্লিবনি, খুবে। ঐনা চময়না খুমই, ঐবো! কদায়দা চংতোইবা।

কোথতুনা লৈবা কান্নদেনে, খুরোনে য়াম্না লাপ্পা চংতোইনি।

শুমংলবা মী অমা ওইনা ঐনা নিপাতুনা লাযবতু পংইন্তা ইল্লি। ইমুংদা চঙতুনা উপুদগী ফনেক মপাম্না ইবা অমদি ইন্নফি নমথাং খুংহৎ হাপ্লতু লৌথোক্লুনা ফি তনহোং হোংগৎলি মিংশেল মমাঙদা কমতুনা শমসু পুনখৎলি। করিনো খঙদে ইবোই লোইশিনবা ঙমদে। মপান্দগীদি নিপাতুনা কল্লা ভকশিল্লকই. হৈ! খুরেনাহে।

চুম্নতা ঐবু লোইরো হাযনা থোবতা নত্তনা মুপী হায়বা জাংসিবু পন্দুনা চৈরি, ওস্থোক্লা মোল্লিদকো, ফি অমা হেক কোরশিল্লগা লাকপা য়াবসিদা।

ঐসু লোইজরে লোইজরে হায়তুনা থুনা লোইশিন্নবত্তা হোৎনৈ। থবক হেক চৎথোকপা খুদিংগী ঐখোয়গী য়ুম্রোম্নমা লৈরিবা ইচে লেরিক্লা হেক হেক ঐগী শম পুনবী। চিংগোংলৈ, তাথেম্লে অমাদ শংব্রে মনানা য়োম্নবা নাচোম অমকা শেম্বীরতুনা ইচে লৈরিক্লা ঐবু কেবিবনি। ঙসিদি ঐনা ইকৌ হেক কোরুদনা ইচে লৈরিক্তু নিপাতুনা পুতুনা লাকই অতুগা ইমুংদা থাজিল্লকই।

নহানমথৈদি ইচে লৈরিক্লা য়াম্না হরাও হরাও তৌতুনা শম পুনবিবনি। ঙসিদি হেক চঙলকপগা ঙাঙবা হৌরকই, ইহে! ফনেক মপাম্নাইবকা নমথাং খুংহৎকা শেংকদবা নত্তেনে, ঐনা পুরকইবা ফিসি শেংলু অতুগা দোলাইদা তোংদনা চৎকদবনি নফি ফনেক মপাম্নাইবতু হোংদোকই প্রপ প্রপ।

ইচে লৈরিক্লা ঙৌরোক ঙৌবা ফি অমা লংশিল্লকই। ঐনা য়েংবদা মাস্থু ঙৌরোক ঙৌবা ফি অমা শেৎলি।

ঐনা থংশাও শাওদোক্লুই, করিগী ঐদি ইচা ইরা লৈবিনি করিগী ফিঙৌ শেৎতোইবা মাইবীদৌনা। মপাল্লাইবা নমথাং খুৎহৎতি ইপা ইপুগী ময়েক্লিনা। ফিঙৌ শেৎলগা মখোয় পাবুং অমদি ইচা ময়াম উরবদি মাইবি মাল্লি হায়দুনা নোক্লনবা।

ইচে লৈরিক্লা শাওনা হায়রকই, হৈ হৈ লাওনা ঙাঙগম্থু নঙনা চৎতোইসে অতোপ্পা য়াওবা য়াবা নত্তে, ইবুঙোঙাঙখোই তাখিনি।

ফিত্থু তনহোং হোংদুনা ইচে লৈরিক্লা মাঙ থারদুনা থোঙজাও-রোমদা থোরকই। থোঙজিন হেক কাম্থোক্কে তৌবদা ইচা ইবো-য়াইমনা কৌবা অমা তারকই।

নিংশিংলকই !

ঐ ইচা লৈবীনিনা, মখোয় পাবুংস্থু থবক কাখি হনবু হল্লক্লনি। ঐনা তৌরিবসিদি করিনো !

হৌজিক্তদা থল্লকই, করিগীনো নিপা লৈবী ঐনা ঐগী নিপাগী রা ইহং হংদনা স্থুমাঙদা লেপ্লিবা নিপাসিনা হায়রিমখৈ পংইন্দা ইল্লিবা। শাল্লবা চৎথিবা ইচা ময়ামস্থু চরা রানগে হায়ররনি ঐনা লোইনা কাওথোকউরিবা করিগীনো। শাওনীংবদুম ফাওরকই, ইচা স্থুক য়াম্বসি থাদোক্লগা ঐনা নিপাসিগা কৈদৌবা চৎকদোইবা কদায়দা অদুগা দলাই তোংদুনা চৎকনিকা হায়বা শারদুনা। ইচে লৈরিক্লা কদায়দগী অমুক য়াওশিল্লকইবা

থোঙজাও রামদা থাংদোক্লুরবা খোঙকাপ অদু ইমুংদা অমুক হল্লিল্লগা জুরি তাফমদা লেপ্তুনা ঙাইরিবা নিপাদু তাননবা হায়, ঐ নিপা লৈবীনি ইচাকা লৈরিক লৈরাক থন্না লৈবজাংনি কা হায়-বসিবু খঙদবজাংলা। করি থোকই হায়দুনা তৌ শারিবনো খুনা চৎপিখিবনা ফনিকো।

ঐনা চৈবক্তু তাবগী নিপাদো ইচে লৈরিক পুরক্তুনা কোম্ব্রোং লাম্বোকখ্রে ঐদি লৈহৌরে।

ইচা ইবোয়াইমনা অম্বুক যাম্না কৌরিবসিনা কদায়দনো। ঐ ইমুংদা চংলকই। হৌজিক্তদা ইচা উবা ফংলকই। ঐ ফমুংদা হীপ্লমই। ইচা ইবোযাইমনা ইমা হায়না কৌত্নুনা ঈশিং চাইত্নুনা লৈরমই। মোনসি ইচাং চোংশি। মীংসি পাঙথে ক্লসম্ব মাশেন মবাং ওইনা উই মাযক ইশেং শেংদে। মহোয পাবুংগা টাই পুনবা নিপা অমগা লেপ্নুনা লৈ। টাই পুনবা নিপাত্নুনা মখুৎতা শটনগী বেগ হামা পাইরি। নাকল যেংলোম মাযবোমদ ইচা মযাম ইকোয কোযনা ফমুংদা ফমই। ইচা ইবেমহলনা মপি তৈথকপগুম উই।

মহোয পাবুংনা হাযবকই, সনা, ডাক্তরদা চংসিদনা।

ঐনা খুমই, ঐ কৈস্ত তৌদ ইচাশিংগী মনাক্তা অতম লৈজগে, ঐ চৎচরোইদা।

শটনগী বেগ পাযব নিপাত্ত পুথোক্তনা মহোয় পাবুং থোকখ্রে। শুমাঙদগী গাড়ী অমা থৌখিবগী মথোল তায়।

ঐনা হাযরমই, মখোয় লোয়না সিদা লৈরিবসিবো কৈদৌববগে, ঐবু কৈদৌরুবগে?

ইচা ইবেমহলন্না খুম্লকই, ঈ হাথত্নুনা ইমা জ্ঞান তারুব্রে, পাবুংনা ডাক্তরদা পুথৎকনি হায়ত্নুনা তৌরুরবনি।

লৈকাইগী অহল ইনে কামিনীস্তু য়াওরি, হংলকই, ইবেমা, নশা খরা ম্নুংঙাইরব্রা?

ঐনা খুমই, ইনে, হোয়।

অশিবা পুথোরকপগী মখোল অমা তায়। ফনা লৈতবা য়াওবনো। ঐনা না থাজংত্নুনা তাবক্তু উরুরগা ইনে কামিনীনা শোল্লকই, ওঃ ওম্বোকপনিদা মথারোমগী লৈরিব্লিনে কৈথেল কানি হায়ত্নুনা কাপ্পা

গাড়ীনা থে ইনি হায লৈখিব্রেদো। মচা মরাকা লোইনা হন্দোক্লমহনা মাদি অরাবা কোকপ্রেদো।

করি হায়রা! ইচে লৈরিকপো ইস: ঙাইহাক্কী মমাঙদা সিদা লাক্লমই নিপা অমগা ঐবু য়াম্না চৈ থাংলমই।

ইনে কামিনীনা হংলকই, কৈদৌঙৈগী রানোনে নঙনা হায়রিসিবো?

ঐনা হায়রমই, ঐনা কল্পা তুমথরুবহৃদা ঐ ওন্থোক্লা মুংঙাইবমই। সনা মচুগী কৈজোম শেৎপা রাং চাওরবা নিপা অমগা ইচে লৈরিকা লাক্লমই। ঐবু ফিঙৌ শেৎহল্লগা দলাই তোংহন্দুনা য়াম্না লাপ্না পুদৌরিবনি হায়হনা জুরি তাফমদা ঙাইরমই। ইচা ইবে'যাইমনা কৌবা তারক্তুনা ঐদি হজ্জিলহৌরে ইচে লৈরিক্তি নিপাহৃগা চৎখিদো।

বিষ্ণু! বিষ্ণু! ইনে কামিনীগী মচিন্দা শে নখি।

ইনে কামিনীনা হায়রকই, ও: মাদি দলাই তোংহনা চৎপ্রবোরেদো ফরে চৎপ্রসনু।

ইনে কামিনীনা ইচা ইবেমহলদা য়েংহনা হায়রকই, ইবেমা সনামহী লৈমরেন্দা মৈ কৎলুহৈ। য়ুমগী অকোয়বদা জুরিদা খোইজু লৈখাম মৈ ওকথোকউ।

ইনে কামিনীনা অহুদগী ঐগী কোক্তা নান্থহনা হায়রকই, ইমৌ করিসু তৌরোইদা। নচা ময়াম অসুক য়াম্না লৈবসিবু নঙনু কাওব্রো। নচা ময়ামকা য়োকখিদৌনি কৈদৌনা মখোয়গা চৎচরুগদগে ইমৌসিদি।

মযাম মরী মরী কায়নপ্রে মুংঙাইরম্বা পুম্বা ইমাঙ মাঙখি পুক য়েক্লি থিল্লি তৌই। তুমগদবসু হঙ্গোয়রে। ইচা ময়াম কৌরহনা হায়রমই, নখোয় অমত্তা চৎথোকনু, ইমাগী নাক্তা লোয়না লৈয়ু্রো।

পুক্লিংদা খল্লকই, ঙাইহাক্কী মমাঙদা ঐমা লৈরহনা মঙলা মত্রপা হৌজিক ঐনা লৈরিবসিনা মঙলা খন্দোকখন্না ইখঙ খঙদবগুম তৌই।

# পাম্নদি পাম্মুথ্রেদা হন্দোকহনবদি য়াররোইকো

য়াওশঙগী স্পোর্টস তৌরিবনি হায়দুনা থাবল চোংইবনি হায়দুনা মাইক পানখৎনরকপদা অচৌক অশা অমও খায়দবমখে অহিং ঙুংথিলচুপ্পা নিল্লি মায়গৈ পুম্বা। অহাঙবা মতম পুখনা মতমগী ঈশে রেকোর্ড খোংলি অহিংনি নোংযাযনি হায়বগী কনাস্মু খঞ্জিত্তে ফাওবা খন্থনদে। নোংঙাল্লমদাইতদা তুমখন্নখিমালে খীতং চীকই হায়দুনা হাইফেৎতং তুমথরুবতা ঙায়রি, তুম্ববু খংকাহৈ কায়। খংনবা ইমুংসিদা কন্না খৎনখৎলকই। কনাগী ইমুংবু ওইগদগে থরোগা বাবুগা মত্তে মনাওনি।

থরোগী নিপা বাবু ওফিসকি থবক মচা অমা ত্তৌজরম্মই। থবক্কুগী পেন্সন ফংলে ঙসিদি। থবক্না তৌরিঙৈদদি নহানমখে য়ুমগী মথাদা ইরৈ লৈরমদবনি। য়ুমদা ইরৈ লৈতবনা মখোয় ইথং খৎনরম্মদে। অদুবু, থবক্কুগী পোত্থাঙৈদগীদি ইমুংসি মহী লাঙই পংখৎত্তা খৎনৈ। ইতৈমা থরোগুম্বী ইংজবী তপচবী মথৌ শুজবদা মমায় ফাওবা হাইগৎপা ঙমজদবী নোংমতস্মু মীঙোন্দা দশকুশ হায়বা হৈজদবী মুপীসিগবু খৎনগনি হায়না খৎনরিবা তাবাবুসিস্মু অঙকপা অমনি। তাবাবুসিস্মু লীকপদা মমিং চৎলিবনি। মতু মচাকা অমত্তা পীজনীংবা জাৎ নত্তে। মাগী থবক পোত্থাবা মতমদা অপুনবা শেনফম অচৌবা অমা ফংগ্রবনি। অদুবু, পৈশাদু ইমুংগী কান্নবা থবক অমত্তদা থাদদে। মাদুম মথস্তা তোঙান্না চান্নেদুম হায়ন্নি। ইতৈমা থরোস্মু ঙম্নবা ফনেক য়োনফম থোকনা মচাশিং ঙম্ননবা অদুম্ন মথাকই।

সোমদনা খৎনবদি কনখৎনরকই। সুম ভাওনরম্বদগী খুৎ য়াওনরকপগী মওং মায়রকই। সুম তাবদা মখোইসি শেন য়াওবগী ওইমা তৌই। য়ুম্নোন কৈরোন্নবা শোরুবকপা য়ানা লৈ, তঙাইফদনা চঙদবা য়াগ্রবনি।

চঙলুরগদি তৌরম্লিবহু লোইরে !

তাবাবুনা ইমুংতু দোল মোল হাইতুনা লৈরমই। মুপী অঙাং-শিংদি তুমিন তুমিন লৈনরি মানা উপুতু উপথোকুনা পুমচাই চাইরি। মুপী অঙাং পুম্বা হুরানবীনি ওলক্ষীনি হায়না তাইদ্রবা খোন্দা লাওখোংলি।

তাবাবুনা হাযবি, মাগী উপুদগী লুপা লিশিং অমা মাঙগ্রে। কনাসু লৌদে হায়। সোমদনা মপুতুনদি মাঙই হায়রি, চৈরি, নখোয়না লৌদনা কনানা লৌনি।

ঐ হেক চঙলকপা উবদা তাবাবুনা রাকৎলকই, ইবুঙো, মুপী হায়বীশিংসে অতুঙৈদগী হৌনা রারোইচেনবী ওইনা লাকইবসে চুমইহে, মখোয় পোকপদা ইমুং অমত্ত হরাওনদ্রিবসে চুমইহে। পৈশা লীক-শিন্না শিজিন্নবা ফংই হৈতে। খীৎতং ফংবগা লোইখোক্লবা লম্বী ছান্না থি। সনানা শিনীংইবা কনানা ফজে হাযনবনো অরা অনা তারকপদা খীৎতং শেন্নিং ওইনবা পৈশা খরা উপুদা খম্বধু থাই থাইতুনা হুরানবদা অমত্তবু লৈত্রেনে। ইবুঙো ইমুংগী লক্ষ্মী চেনগ্রে।

ঐনা তপথনবা থাঘই, তাদা অমুক্তা তপথবীযু মীচা মীখুনসু নত্তবা ইমুং মঙ্গুং মশেন্না সুম হায়না তৌবা হৌনদেদা।

বাবুনা খুম্নকই, হৌজ হেজ মাঙলকইবসি কুইরপোৎনি ইয়াম্বা থাওবা ভমদ্রে বৃন্দাবন্দরা, রাধাকুণ্ডদরা মফম্ম অচীকপা অমা খিক্লগা শিবা ভাইরুরসিরাতুম খল্লেদা।

পুক্নিংদদি খল্লি, মুংশিল্লেদা তৌ শারিসে ইন্দুম ইনশিল্লগা বৃন্দা-বনগোমদা ওইনা থাপ্রসিন্না। অতুমতু কুইরোইনে অদোইবীশিংগা

খংনরক্তুনা তাম্থোরক্কদবা শক্তানিনে। অতুবু, ইপুক্লিং ফাথরগা ঐনা হংই, ত দা মাঙইবা শেনফমবু কয়ানোনে ?

লুপা লিশিং অমনি, শো লোন্দুনা থমইবনি অতুবু, মহা হিংচা-বীশিংসিনা হেক্তা হাংইবনি, ঙমগ্রপোংনি ঙমগ্রবা।

ইচৈমা থরোদি নোকম্নি নোকম্নি তৌত্তনা অতুম খুম্নকই, ইথংতুম কেনগেকো ঐ লৌজ লাকচদেকো, অা কনা কনাদকা পীথোকখিবা লৈত্রাইম নির্শিংবিযু।

মঙনা লৌদ্রবদি কনানা লৌনি। বাবুদি ঙাঙনবা ইযা যান্ত্রি।

তৌরিবা মতৌসিদি য়ুম্নোন কৈরোন্নবা ফাওবা শোক্লরক্কদোরি অতুনদি নাথৈ অমা শেংনা থি হুবা চুমই।

ফক অমদা ফমথনরতুনা তাবাবুগা ঐগা মথং মথং পানরকই কয়া থমখিবা কয়া চংখিবা। মাদি হায়রি পানতুনা কাম্ববোই কনানো অমনা লৌথোকপনি। অতুবু তপ্না স্নুম হংনবদা বাবুন্না হায়রকই, উপুদা ফি মখাদা পুন্না লুপা লিশিং অমগা চামঙা থম্বনি লুপা চাম্মা চংপী মঙাদং ঙায়রমইবনি অতুনা লুপা লিশিং অমা পুরা ম্যাংঙে।

ঐনা হংই, তাদগী পৈশাতুদগী কনাগুম্বদকা পীথোকখিবা লৈতেকো।

লৈতে! লৈতে!

অমুক্তং খম্থবিয়ুদা।

বাবুনা ঙাইহাক খক্তকরগা হায়রকই, য়ে ইবুঙো লাই মীনম্বদি চুমদে, ইয়াম্বনা নহান-ম্মাওশঙ হৌবা মুক্কিংতা লুপা চনিখক্তংদি স্পোর্ট তৌফমদ অঙাংশিঙ্গা জোনেক্সন পীরুই, চাম্মা চংপী অন্নিনি।

ঐনা থুমই, অতু ওইয়্রবদি তাদগী মাঙইবসি লুপা লিশিং অমা মথেঙনে চামঙা থক 'অমনা লৈরম্মে চনি অমগা পীথোকখ্রে অতু ওইরবদি লিশিং 'অমগা 'চামঙাদগী' চাতখ্রেং' অমা চংগ্রবদি লুপা চানিপাল্লিনে মাঙইবনে।

ইতৈমা থরোনা ইহা হাদনা খুম্নকই, মহোয়বাজীগী ফম্ফম কায়োনফম চা য়োনফমদা শান্দোক খোংতোকখিবহু মওইরিনি।

তাবাবুনা রাচেং তঙ্খাই পায়হুদা হোংচিল্লি, ঐনা খামই। তা-বাবুনা মথা তারকই, থবক্লগা,-তোক্লকপসিদা কনাস্মু বেবহার তৌদে থবক তোক্তিৈদা শিহৌগদবনিকো। থবক তোক্লগা হিংবদি শিনা শিনা হিংবনি। ইতু ইচা ফাওবগী মকমদা নোক্লফমহুম ওইহুনা তোক্লবনি।

বাবুনা ঙাইহাক লেপ্লগা অমুক মথা তারকই, মখোয়গী স্পোর্টস তৌরিবা অঙাংশিংসে কনাগী মচা মশুনো মচোঙ মপাক্লা নাইড্রিবা ঐনা চাম্মা চংপি অনিথক পীরুবহুবু হরাও হরাও লৌহৌগে লৈতহুনা পাবুং য়াম্মল্লিদা কা হায়হুনা অমুকস্মু নোক্লরকপা শারি য়ামদে হায়রিমালেনে শাবুদা রাদ পানবহু ঙায়রেনে অঙম অঙথা হাপ্লনি

ঐনা হায়রমই, তাদা ঐদি য়াঙ্খেদবু হাপখি, অঙাংশিংহুনা য়ামল্লে হায়বহু তশেংনা হায়বহুম ওইরিনিদা!

বাবুনা খুমল্লকই, কদায়দগী ওইগদবনো, নোক্রেম হায়গেম্নরহুনা থবক্লগা পোথারকপসিদা উশীংত্রিবনি ঐনা খানা য়েংবদগী নোকপহু হঞ্জিনবা ঙমদহুনা লৈহৌরিবনি।

তাঙ্গাহুদা স্পোর্টস তৌফমদগী অঙাংশিংহু রা রা চঙলকই। তাবাবুগী শুমাঙহুদা অম্নকতোইবা লেঙ লেঙ চংলরি মতোহুদা পৈশা পানবা ক্তোক্তনা ঐখোয় য়েংহুনা লৈরে সেক্রেটরি ওই হায়রিবা চীঙথুবনা বার্তোন অমা তুলসিবোংদা থম্নহুনা বাবুদা ওন-শিন্দুনা হায়রকই, পাবুং বাবুনা হয়েংগী প্রাইজ পীবসিদংদি চিক গেষ্ট ওইনা খরা য়েঙ্হোকপীয়ু।

মতোহুদা বাবু চঙক্লনা চপ য়ুংনা লেপ্তুনা লৈ। অঙাং অয়ামহুগী মরক্তা মচীন য়াওরহুনা অমনা হায়রকই, পাবুংনা হন্দক্তি ডোনেসন ইরাং রাংই, মথংগী চহীদস্মু সিগী চাংসিদগী তাদনা পীবিয়ুকো।

ময়ামস্সু রা রা নোকশিল্লকই।

ঐনা খল্লি, লৈকাইসিদা ডাক্তর ইঞ্জিনিয়ার ঠিকাদার অমুক য়াম্না লৈববু মখোয়না থায়রকপা ডোনেসন্দগী তাবাবুনা থায়রকপনা কয়াম হেল্লবজাৎনোনে।

ঐনা হংলমই, ইবুঙো, নখোয় পাবুং বাবুনা পীরকপা ডোনেসনবু কয়ানো অমুক্তা লাওথোক্লুনা খঙহল্লমউদনা।

হংবা লোইত্রিবৈদা ময়াম্না খুল্লকই, রান থাওজন! চামঙা চংপী অহনবা চেং চেং লাওবা অনিনি।

বাতে'ান পীরম্লগা অঙাংশিংদু থোকখ্রে।

মাঙ্গোল মচিদা য়োংচাক খোৎলিবা ইতৈমা থরো ঙাঙনরিবদু লোইনা তাহৌই। থবক শুনা শুনা থীক থীক নোকনা ইমুংদা চঙখি মচীন্দা শোল্লি অরীকপৈ মরন্দি শম্না চায় হায়বদুনি।

ঐনা হায়রমই, তাদা, অদুদি পৈশাসে মাঙজ্রেকো। তাদস্সু ডাক্তর ভানরগা আনোক অমা লৈবিয়ু। তাদনা মীৎ ওন্দনা চামঙা চংপী অনি ডোনেসন তৌথোকউরগা পৈশা মাঙঙে হায়দুনা মুপী অঙাং য়ুম্লোন কৈরোম্নবা পুম্বা দোল মোল হাইরিবসে লোইশিল্লসিকো।

বাবুনা হায়রিবদু তাব্রা তাদব্রা খঙদে মচীন্দা রাহৈ থরা শোল্লকই, ওঃ পামদি পাম্মুখ্রেদা হন্দোকহনবদি য়াররোইকো।

# হোৎনবদি লেপ্পা য়াদে

মতু পোল্লবা হুই অমনকা মমৈ ফেৎ ফেৎ হাইবত্তুনা যুমদা হঞ্জিল্লকপা মতমদা কোম্থোং মপান্দকা ওক্তুনা লৈবম্বসি ওন্থোক্লা পামজকই। অদুবু, ঐখোয় বাজীদি হুই হায়বসি সুকযা য়দবা মী অমা ওইরি। কনা-গুম্বা হুই লোইবা ইমুংদকা তৌবা উসোব মেলা মহাক্তি সুকয়াও য়াওদ্রবনি। হুইদগী বা নত্তে ইমুংদকা শা ঙা যোকপা মহাক্ন যাবা কৌবা লৈতে। যেকন্না অমদা লুপা অহুম মবী পীববা মতমসিদা অযুক্তা হকচাং শাজেল তৌকবগী হঞ্জিল্লকপদা চাননা য়েকুম লোনবা য়েম্বী অনিতা লোইগে উপূদা হপ্পুনা থমগে মপান থোকহন্নোই হায়রফাওবদা যান্দ্রবদা তাচৌনা নমতুনা যেন মরিথক নয়োগে লোই শিনবদা অহানবদদি যাম্না ঙাওলমই অদুবু মমৈদদি ঙাংবা তোক্লক্তুনা কূ কূ ক্ হায়না কেতুনা চেঙকম্ব থাবা হৌরকখি মহাক উচেক রাযা থীনা তৌবা মীদি নত্তে রাফম অদোমদা য়েংলুরবদি ঐখোয় বাজীদি মহা সাধুনি ঙা অহিংবা ঙায়োক চফুদা য়োক্তুনা হাৎতুনা চাবা ফাওবা য়াজদব মীনি

নোংমা পুলিসকি চেফোং অমদা পাকই। ক্রাহম মশিং হন্থহন্নবা য়ুম খুদিংগী হুই অমমম লোইবা তঙাংফদে হায়বা পাওতাক অমবু থেংনরুই। অদুদদি হুই অমদি শোয়দনা লোইগে হায়রতুনা যাম্না রানা থিকতুনা হুই অমা পৈশা যাম্না পীতুনা লৈরুরে। হুইদু নুমিৎ নিনি ফাওবা থমতুনা য়েংই বাজীনা চুম্না ঙাওলম্ব। তোক্তুনা চফু উয়ান তোঙানগনি হায়রক্লবদদি হুইদুদি লোইবা য়াররোই থঙলে। অদুবু, লুরিবদি কনাদা কদাইদা হুইদুবু পীরুগদগে। থনখৈ থম্নরবা মতুংদা মরুপ বারন্দা হুইদু য়োনগে হায়নবদা য়ানতুনা পুহনখিবদগী উচিন নাচিন্না থরা রাই শংলুরবা মতুংদা নোংম্বতা ঙায়রি থরা

পোথাবা, বাড়ুগী মমাঙ্গা হুই মচাস্থু পুরক্লনা ঙাঙ ঙাঙলতুনা ঐখোয়দা অমুক থাদোক্লরে। ইমুং পুম্বা রারু মুংজু থোক্লরবা মতুংদা উপাই লৈত্রহুনা ঐ হুইত্থু য়োম্লনবা হুই ললোনবা কোয়না চৎপা হোরকই। মী কয়া কয়াদা চঙ চঙহুনা হুইত্থুগী মনা মপা পুথোক্তুনা অফবা হুইনি হায়না থাজহন্দুনা মহুদা খীং লৈখিনবা কন্না হোৎনখি। কয়াদা রানা হোংনদুনা হুইদু য়োম্লোকখিবা তমদুনা লোইররোই।

অদুবু ঙসিগী রারী সিমক্তি হুইদি নত্রে।

নিংথমথাগী মতম্না চঙশিল্লকপসিদা মীযাম পুম্বা অরুম্বা অথাবা ফি শেং চন্দুনা থাঙনে। অঙাংশিংগীস্থ শামতু ফি-বোল লৈদবা ইয়া য়াদ্রিবনি। মুপী মচাশিংগী অরোনবা জসি মমল হন্থনা য়োল্লি হাযনা তায় লুপ চামা সাঙ্খেমুক্কা তাবা অমা অনিনা খাঙনবা য়াগদ্রা থল্লু-বনি। অদবু, মুপীমচা অহঙসিনদি জেকেৎ ওইনা লৈবীয়ু হায়রি। জেকেৎ হাযবসি মুপীশিংনস্থ যামা কন্না লীখৎনরকই। মমলবু ঙস্থোক্লবু তাঙত্রনে অমগী মমলনা শামতু জসি অনি অহুমদুম ফংগনি।

ঙসি ঙসি হায়দুনা য়ৈথোক য়ৈথোক্তুনা লাকপনা রাস্চীং থাদি য়োশিল্লকখিবনি। মমাগী শাল থরা ইন মনাও মুপীগী থরা রায় তৌবদু য়েংবদি মুংঙাইত্রবনি অদদদি জেকেৎ হায়বদু অমত্তদি লৈর-গেদা হায়দুনা বাজার তম্না হায়গংপনি। অমুক্তোইবা জেকেৎকী কৈথেল হায়বদু ওইত্রে জেকেৎকি জেকেৎমক্তনি। ফিলা, অদিদাস, নাইক অশংবা, অরাংবা, অঙাঙবা, রুইন্দ প্রুফ, কাটিনী, ইজিপসিয়ান কোটন অমুক্তোইবা জারিগী থবক মেলাগী থোক্লো হায়বদুনি।

দকান কয়া অমা কোয়না চৎলুরবা তুংদা ইশাগী মীৎনা ফঙরে হায়না য়াজরবা রুইন্দ প্রুফকি জেকেৎ অমা লুপা চামরি পীদুনা লৈগ্রে। অঙাংনা শোয়রদনা পাল্লগনি, পুক্নিংদা থল্লি। ফীজোল হায়বসি মুপী নিপা অমত্তা থায়নদ্রেকো, মুপীনস্থ শাল ইল্লু শামতু জসি লৌৎলু হায়বা য়াত্রদুনা জেকেৎ ওইনা লৈবীয়ু হায়রি।

য়ুম য়ৌরগদি ওঙ্খোকপা হায়বত্থু ওইরে।

অঙাংনা পাম্লিবা জেকেং অদুদি সেকেণ্ড হেণ্ড মার্কেটতগী লৈদনা লৌংনরকপদ ওইরম্মে। মদুদি য়াম্না হোঙবা পোৎনি। অদুবু, হৌজিক্তি মীগী দুকান্দগী লৈরুরবা জেকেং অদুদি হন্দোক্কে হায়বস্থু য়ারোই। অদুগা অঙাংদনা পাম্বদুদি দুকান্দুদস্থু য়াওবা নত্তে। হৌজিক চিনগ্রবা থবক ময়ামসিগী মথক্তা জেকেং য়োনবা চৎপা অমগা হাপচিল্লকপসিনি।

অঙনবা অয়ুক্কি।

জেকেং য়োনবা চৎলিবনি লুপা চামরি পীবনি চহুমদা শীৎলবস্থু য়ারে। কৈথেলদা ফমদুনা হেক য়োনবমক্তি য়াদবনিনা নিংশিংবা হৌরকই কনাদা চৎতুনা য়োল্লুশিগে খঙনীং নীংশিংলকই পাঙল সিফাইগী রঞ্জিৎতো নহান পৈশা পুদনা জেকেং অমা লৈনি হায়না লাক্লম্বনি অদুবু, খুদক্তা বাজার বন্দ তৌবা অমা থোকচিল্লক্কনা লৈদনা হনখিবনি। মাবু থেংনরবদি শোয়দ্রে।

গাড়ী থাফমদা গাড়ী ফনা কুইনা ঙাইরবা মতুংদা কেন্টর গাড়ী অমা থাররে ঐ গাড়ীদুদা কাররই। মীনা অদুম পীক থনখি। ড্রাইভর মনাক্তি ফম্ফমদ হাঙবগুম তৌই। মদুদা ফমথগে হায়না হেক চঙশিল্লুবদা গাড়ীগী হেণ্ডিমেন হায়গত্রা নিপাদুনা হেক কৌরকই। ওঝা তোলেন ওইরম্লে ঐ ফম্ফমদুদা ফমথরে।

ওঝা তোলেন স্কুলগী ওঝানি। ওঝা কুইনা ওইরক্কনা সেকেণ্ড মাষ্টরবু কারবনি। মহাক স্কুলদা অঙনবদা ঙাইহাক কারগা মাগী লম্লাই বসসি চেনবা য়াওদনা কারবারস্থু হায়ফেং তৌজরিবা মী অমনি। অদুবু, চহীনগা মীয়ায় চল্লে খরগা মীঙমদ্রে ঙায়োনবীশিংনা পংচৈদা চৈবা থীনা থীনা ঙাঙবা কয়াদি থাঙবা য়ারে। হা গাড়ী মুংঙাইতে, হা ড্রাইভর ফত্তে, ভারা হেল্লা লৌই কয়া অমনি।

পুক্নিংদা থল্লি. স্কুলদা অঙাং মিং চনগ হায়বগী ওইরবদি ওঝা তোলেন্দা থুকমহুনা হঙ্গংনরিবনি। অদুবু, গাড়ীগী হেণ্ডিমেন ওইরবা হায়বসিদি মীচৈদি থরদি অদুম মচারে। পায়রু পায়রুবা শিনফমহু-ননি। ঐস্মু চৎলি জেকেৎ য়োনবা!

কুমথরমদাই য়োরে। ওঝা তোলেন্দা হায়রমই ঐনা, ওঝা লৈজহৌরগে।

থুমকই, ইবুঙো।

ওঝা তোলেন্না মথা তারকই, ইবুঙো ইয়াম্বনা গাড়ী অমা লৈ-শিল্লবসিদি লাইমন ওইনবা তারে, ইজ্জৎ সনমান পুম্বা লোইনা ইযাং মাঙলপোৎনিদা কদায়দগী তৌরুবিবনো পুরা শনি চঙডে গাড়ীসি য়োম্বোক্কে হায়দুনা ফনা তৌরবনি অদুম শীৎতহুনা লৈরে।

ঐনা হায়রমই, ওঝা করিনোনে, মহাজন ওইবা হায়বসিদি মীনা থাথান তৌনরিবনি অদুগীস্মু মথক্তা ওঝা অঙাং তম্বীরিবা লৈবাক সেবা তৌবিরিবনি।

ইবুঙো কদায়দগী মহাজনরোদা, মী তরুরে পৈশা কোকথোং অমা কোংবা তাই, গাড়ী চাকা য়াত্রে লুপা লিশিং নিপান অমা তরা অমা, সোমদা ইশা চৎত্রে হেণ্ডিমেন ড্রাইভরশিংনা শেল অমত্তা পুশিল্লক্তে ইয়াম্বা ইপাই হৌবা অমগা লৈরম্বদুগী মথক্তা লমহুন অমস্মু কল্লা য়াওশিল্লকইয়ে।

গাড়ীদগী কুমথহৌরে। ওঝা তোলেনগী রাকমহু থম্বরুরগা ঐঙোন্দবু পাল্লি। ঐস্মু ঙসাইদগী কোকসি ঙাওরি ঙাওরিদং তৌরম্বনি হৌ-জিক্তি চীকপা অমস্মু কল্লা য়াওশিল্লকইয়ে।

রঞ্জিৎকি য়ুমদা চঙলমই। অদুবু, মাদি অঙনবা অমুক্তা হৌদুনা মমাম্নবগী ময়ুমদা থোকপা সমসোর অমা য়াওনি হায়দুনা উচিরাদা চৎখি হায়রে। ঙাইহাক থম্বরগা মাগী মুপীদা হংই, ইবেম্মা রঞ্জিৎকি জেকেৎ অমা লৈনি হায়বহু লৈশ্নবরা?

ফুপীত্বুনা থুম্লকই, তাদা নহান লৈনি হায়দুনা চৎলুরগা লৈদনা হল্লক্লে, পৈশাত্বস্থু লোইশিনখ্রে হায়য়ে।

য়ুমত্বদগী থোরক্লে, খনবা হৌরকই হৌজিকপু চাকস্থু চাত্রি য়ুমদা অমুক হল্লদ্রা। অমুকস্থু খন্থরকই, জেকেৎ অত্থু পৈশা কোম্না ফংলবস্থু রঞ্জিৎতা য়োনশিনবনা খ্বাইদগী মপা চানি। পুক্কিং থৌনা অমা লাকই, হেরা নিপামচানি। সমসোরত্বদি শোয়দনা তৌরমগদবা লৈরবনি অঙাওবা ফাওবা চঙ চঙদুনা চানরিবনি। ঐস্থু রঞ্জিৎ থিবা চৎশিন্ন-রগা সমসোরত্থু য়াওকসনা চুমগদমালে চাবস্থু পুক থলহৌবা জেকেৎস্থু শীৎহৌবা।

বস লাক্লে !

ময়ামস্থু বস তোংখৎনৈ, ঐস্থু তোংখৎলে। ঐ জেকেৎ য়োনবা চৎলি। পুক্কিংদা রাখল অমদি খল্লকই, হোরেন জেকেৎ লৈবস্থু য়ানরবা মমলস্থু য়ানরবা অদুবু জেকেৎতু চারমদ্রগনা কমদোবা, নত্রগা চাবম্রবস্থু মচু মওংত্থু অঙাং মাল্লি পামদে হায়রগনা কমদোবা, নত্রগা উচিরা চৎকনি হায়দুনা য়ুমদা হায়জিল্লমগা উচিরাদকা অমত্তা চৎলমদ্রবা সমসোরকা অমত্তা থোক্লমদ্রগনা কমদোবা। রাহং মথং মথং লাকই অদুবু, হোৎনবদি লেপ্পা য়াদে গাড়ীস্থু মাঙলোমদা চেল্লি, ঐনা জেকেৎ য়োনবা চৎলে।

# অমুক মায় ওল্লরোই

অমুক চংলুরবা লমশিংসে মতুংদা পংনা চংলুবা ঙমদে। মরম অমা লৈত্রবদি ফুক হোৌগৎতুনা চংলুবস্থ হেক য়াদবনি ঙসি মতম কুইরবগী তুংদা অজিং মবম থাদোক্তুনা চংলি ইন্দোবদা শান্নবায় মগাম পুবত্তুনা মখোযগী লমজিং পুরেন ওইনা। খন্দুনজো লাকখি, মতমবু ফংলবদি পুনাদা অমুক্তং চংলমগেকো। খনবু খল্লবদি থোক্লবা অমদি লাকই। অথেঙবা অহিংগী ইন্দোবদগী পুন যোবা ট্রেন অমদা তোংতুনা চহী কুনগী মতুংদা ঙসিদি মহাক অমুক থুংলরে পুনা লমদমদা।

শিবাজী মহারাজগী থায়নগী জমদগ্নি পেশরাশিংগী লৈমা নিংথৌ-কোম্নি, ঙসিসু চাওরবা সহর অমনি। অসিগুম্বা সহরসিদা চহীকুনগী মতুংদা ঙসি মহাক থুংলরে সহরসিদা। মহাক ছাত্র ওইরমই ইউনিভর্সি-টিগী ছাত্র। মফমসিগী ঈশিং মুংশিং, উ-রা, নাপী শিংবী, লমজাও সোরোক, লৌবুক লম্মাং পুম্নমক্কা মাগা নিংথিনা থওনখি। লমদমসিগী হরাও কুম্মৈ, গনপতী চতুর্দ্দশি, ভৌবিচ, হরাও কুম্মৈ কয়া মানা কযা পামজখি। অদুগুম্বা সহর অসিদনি চহী কুনগী মতুংদা ইম্নুংনা ঙাল্লকপা মতমসিদা মানা থুংলম্লিবসে।

ঙরাংতা ওইরবোহ্ খল্লি লমদমসি থাদোক্রবা। অনকপা দেবদারু পাম্বীশিংদা কোকিল খোংলকই, শগ্নোম পুবা গাড়ী কয়াগী তরম খেঙ্গাইনবগী মখোল, খবর য়োনবা কয়াগী সাইকল মন্দিলা মখোল, বস ময়াম চেনবগী কামথোক্লিবা মৈথু ময়াম অমনা লৈচিন থাহল্লিবা মফমদু মাদি ইহৈত্তা হৈনৈ।

অঙনবা অমুক কয়াদা মাগী তুম্বা কাযহনখি অসিগুম্বা মখোল ময়ামসিনা। হোষ্টেলগী খোঙনাও মপান্দা লমহাঙদা হৌবা তেবা-পাম্বী মতোম্দা জুন থাদা কোকিল খোংবা মখোলনা মাগী লাইবিক ঔরাইবা কয়ারক হন্না থুগাইথি। মহু যমুনা তুরেন তোর্ব্বান্দা পঞ্চম স্মুরদা খোংবা পুক্লিং হুবা কোকিলগী স্মুর অদুদি নত্রে মহু শারবা মৈশা মহৌশাগী মপাঙ্গল মতীক ফাদাক্তুনা মালেমসি মৈ ঈকপা মতমহুদা লাংতক্লনা পবিক্ষাগী লাইবিক পাবিঙৈদা ওম্থোক্লা রাই চিলহনবা লাইমন কাঙহনবা ঙম্বা খুৎথোংদা খোংখিবা কোকিলহুনি। মাদি পংহৈদা হৈনখি, মৈতৈ লমদমদা তাবা ইফং ফংদবা উচেক্কি স্মুর অমনি রারী লাইরিক্তা অহুক কাঞ্চি কোকিলকা হায়হুনা পংয়াও য়াওবগী রাদনি। হৌজিক কদাযদা চৎকনি চৎনীংবগী চংনীংবা ঙাক্তা ঙায়ত্রে। অহুঙৈগী মযুম মরৈকাই ওইখিবা ইউনিভর্সিটিহুদা চৎলুবনা চুমত্রা মফমহুদা লৈরমগনি লাইব্রেরি, লৈকোল হোষ্টেল, কানটিন অমদি মরুপ মপাং কয়া অমা। নিংশিংলকই মরুপ মযামগী মন্নুংদা রিয়াজ পঞ্জাবী, পদ্মাকর কুলকর্ণী সর্যুপ্রসাদ শর্ম্মা, ওলিম্পিয়া জলনারালা, রঞ্জনা রেদ্দি মখোয় লোইনা চিঠি চৎনরম্বনি অহুবু অহুম তোক্লত্রে।

রাখল থন্না থন্না বস অহু ইউনিভর্সিটিগী অরোইবা বস খাফম য়ৌরহুনা থায়ে। অমুক ফনা ওল্লবস্মু অঙনবা ক্লাস লৈবা কাংবুশিং নাকন্দা লাইব্রিক চপ্লহুনা মাগী মাগী ডিপার্টমেন্ট তম্না চঙনখি। মাগী হায়গী ডিপার্টমেন্ট অহু তম্না অজিংনা চঙলকই। কা প্পম্বা থোঙ লোক্লি। ওঝাশিংগী মিং থেৎলিবহু মানা থঙবা অমত্তা য়াওদ্রে। অঙনবা অমুক অহুদা লাইব্রেরিস্মু হাংলে। মরক মরক্তা মঙদা মানা লাইব্রেরিসিগী অক্ষোয়রবসিদা চংতুমা লৈখি। মফমহুদা লৈরম্বা থবক তৌরম্বা ময়ামহু মখোয়গী মরুপ ওইবা মতৌহু নিংশিংহুনতা লৈরকই রাচমেন গায়কোয়াড, টাকোলে, ডাখলে, কামলে। রাখলনা পুরদনা লাইব্রেরি তম্না চঙলকই।

অঙ্কুৈভদদি ডামলে হায়বা লাইব্রেরি এসিস্টেন্ট অমনা পোৎ চৈ পুক্কা চেক তৌরগা মনুংদা থাজিল্লি। ওসিস্থু চংনবীদ্ অহুম লৈরি অদুবু ডামলেন্দি লৈরম্ব্রে থঙনবা কনাস্থু লৈরমন্ত্রে। লাইব্রেরিয়ান ঘায়পুরে থবক তোকখিবা চঠী ওয়া ফারম্মে। অদুদি মাবু থঙবিবা কনাস্থু লৈত্রবা! কনানা অমত্তং উনরবদি খঙ্গদবনি মানা থক্লিং মখোয়না ঐবু কয়াদা লুনা তৌখিবা ঐনগু মখোয়বু কয়াদা মুংশিরিবা। থনখি! ঐবু হেৌখিবা মপোক্কা মফমসিদকা পোক্লম্বরা অদুগা মখোয়দুনা ঐগা কৈরোয় লৈক্রাই ওস্তরম্বা জাৎলা। অদুগীবু ওইরবদি খঙ্গদবা ওাইহাক্তং ডায়রে মখোয় অমত্তং উনবদা লাওদুনা ঐবু কোনশিনগনি। ঐনা হনগে হায়বা ফাওবা য়ারোইদবনি। মখোয় শোয়দনা কপকনি ঐবু উবদা মপি তাগনি।

ওলিম্পিয়া অজনাবালা!

মহাক ময়ুম মকৈ পাম্দনা লৈ হায়না তাখি। মহাক কম অচৌবা পায়দুনা সেক্রেটরিয়েটতা ডেপুটি সেক্রেটরি ওইরি হায়নস্থু তাখি। চিঠী থানবস্থু ফংখিদ্রে মাদংদি উন্ননীংবনি। কালেনগী মুংশা হাইগৎলকপা মতম নোংনা লাক্তি ভৈদদি মৈশানা কেলহন্দুনা উনা অমত্তা পান্দ্রবা অকংবা অমগুম লেপ্লুনা লৈরিবা মুংশিংস্থু শিংত্তবনা লেঙ ওৎপস্থু লৈত্রবা থরার য়াওদ্রবা ইউনির্ভর্সিটিগী উন্নুংদগী থোঙলস্থী ফাওদুনা হল্লকপদা থৌয়াংবনা কংশিল্লবা থৌনাওবু চোৎহল্লবা অজনা-বালাদি চা য়াম্না পামজৈ। কাশীনাথকি চাগী পোকম মচাদগী মমাঙদা উথাদদা মী ফম্নবা থারিবা উকক ময়ামদদা মী থম্মস্থু ফম্নদুনা থক্ক চাম্নবা অফংবা থম্না চানম্রিবদগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা অজিৎনা মশানা থঙনা লসসি অমগা চা অমগা লৌদুনা মঙোন্দা চাদু লাম্নগা লসসিদুনা মানা থকপদা ওলিম্পিয়ানা শাওদুনা হম্না- হম্না হায়খি, নাও য়ু ষ্টার্ট ড্রিংকিং টি, য়ু আর নোট এ বেবী হ্বায় য়ু আর সো মচ ইন্টরেষ্টেড ইন মিল্ক।

মানা হায়বহু অজিংনা ইঙ্গিংদবদি নত্তে মানা হায়বত্তা ইন্দুনা লাকথি শমথাকথি থোঙ্গাও অরাওবা শেংথি অহুবু, চাদি থকখিদে। মাবু লাকচনা তৌই হায়বগীদমক্তা অজিংনা মী কয়াগা খংনখি চৈনখি। চহী কূনগী মমাঙদা লাইব্রিক তম্বা লোইরহুনা ময়ুমদা থোরক্লবা ট্রেন্দা কাখংলবদা ট্রেন্না চেনবা হৌরক্রবদা ট্রেনগী থোঙনাও মপান্দা মাস্থু ঙাইহাক্তি অচেনবা ট্রেনগা লমজেন তান্নখি ট্রেন্না লমজেন য়াঙবা হেল্লক্লবহুদদি ট্রেন তালি মরক্তুদা লেপ্তুনা যেংহুনা লৈহৌই। মপুঙ্কিংদা খল্লকই মাদং উন্নবগা লোইরে। বস তোংহুনা সহরদা অমুক হাই-গংপা তাই।

ইউনিভর্সিটিগী থোঙ্গান্দা থারিবা বস অহুদা কাখংতুনা অজিং সহর ময়ায়দা হাইগংনবা চংপা হৌই বস চংপা হৌরে। খনবা হৌরকই, লম্বেলদা হৌরম্বা উ রা পুম্বগা ফাওবা নক্লনা খঙনখিবা মাবু কল্লানস্থু খঙবিত্রিবসে করিগীনো, ইউনিভর্সিটিগী থোঙ্গালগী চিগোংলৈ পাম্বীগী উমং মচাহু শজিবু থা মতমদা নোং ঙাল্লকপদা চোঙা অমুবীগা মাল্লবা অরাংবা মচুগী উচেক শঙ্গ শঙ্গ তোংহুনা চরাংননা খোংবদো থৈরোয় ময়াম অমনা ফন ফন চোংহুনা লাক্ল ফান শাল্লবদো অশাংপা লৈ ময়ামহুগী লৈনম অমস্থু য়েল্লকপদো ঙসিদি স্থপর মার্কেট শারহুনা সহর ওম্বোক্লম্নে কোম্বোং মপানগী কাশীনাথকি চাগী হুকানগী মতম লোইথ্রে থি্রি স্টার হোটেলনা মহুং শিল্লম্নে। অকক্লবা মতমগী ওইনা লৈরম্বিবা লম্বী চংপা মযামগী ঙাংহাক্তী পনফম ওইবিবা হোটেল অমুপল্লিগী মপুহুনা চহী কুন মমাঙগী চা কপ অমদা পৈশা কুনমঙা পীহুনা অহোংবা মমন্দা ছাত্রশিংদা চা য়োল্লম্বা কাশিনাথপু খঙবিফম থোকপ্রা। রাহংহু হংলুরবদি শোয়দনা মা অঙাওবা তাগনি।

সহর মযায় য়ৌরে। ডেকন জিমথানা।

খব* তৌবা কাংবুনা অঙোঙবা মমন্দ" চাক চাননবা লিংখংপা হোটেল মামিং থাদবহুগী শীস লাঙবা শাস্তা নাগরজীহু ঙসিস্থ মাগী.

হোটেলদু তৌরিবা জাংলা। কয়ারক হন্না চাক চাখি মাগী চাক চাফমদুদা অজিংনা উবদা মাদি শোয়দনা শক্তনি। লম্বী থোংকা ইওম ওন্সনা চময়রবসু নীংদি নীংশিংলকপগুম তৌই মফমদু। হৌজিক্তদা উরক্লে চাক চাফমদি লৈরমই চহী কুনগী মতুংসিদসু। ওফিস কাগদবা মী ময়াম অমনা পুখম পুথমদা লুকপনবদুনা চাবদা পুক্লিং চঙনরি, থন্না অমসু লোইদুনা হৌগৎনরি, থরা অমনা অমুক কমথনরি।

অদুবু, শেল লৌশিনকমদা ফগ্লিবা মী ওইদুদি নিপানি। ব্লাহং মথং মথং পুক্লিংদা লাকই শান্তা মাগরানী কদায়দা চংগ্রে। সুম খল্লম্বদগী ব্লাহং অদু অজিংনা হোটেল মপুগী কক্ষমদা কগ্লিবা নিপাড়দা হল্লুই। অহানবদদি মা চাক চাবা লাকপা মী ওইরমগদ্রা খল্লুদুনা মোমান নোকচরম্বনি অদুবু, ব্লাহং অদুনা মা খঙলে মঙোন্দা কাম্লগদবা মী নত্তে। অশম্বা পাওখুম অমত্তং থুম্রকই. নহী মালুম।

হৌজিক য়েংবা য়াবসি সেক্রেটরিয়েটতা মঙায়রে।

ফম চাওবা মী থিবসি পংব্লা রাদে। ওলিম্পিয়াগী কক্ষম কাদু য়োনবা গেট পাস লৌরদুনা ফনা কুইনা হোৎনরগা ফংদুনা চঙলকপনি অদুবু কাদ্‌ য়োবদা খঙলে মা ওফিসার অমা উম্নবা চৎখি হায়দ্‌না লৈরমদে। মাগী পি এ দ্‌না অজিৎপু কমহল্লি।

সুম ফম্না ফম্না উইনীংবা ফাওই। চাকসু চাদবগা তুক্কম চাক্কম খঙদবগা মাগী হকচাংসি তুফক তুফাই চল্লি হকাম চল্লিংঙকই। অদ্‌বু ঙাইহাক্তংদি উইরুমালে কনানো অমনা কৌরকপদা অজিৎকি মীকপ খঙথোক থোকই।

পি এদ্‌না কৌবা ওইরম্লে, মেদাম হেজ কম, য়ু মে গো ইনসাইদ।

জ্ঞানকা ইযাঙ মাঙই।

ওলিম্পিয়া লৈরম্লে। মাবু খঙবা মী অমদি লৈরেদনা। শোম্বকা ইফুন ফুনগৎলকই চহী কুনগী মতুংদনিকো উমগদৌরিবসে।

অনানবা কা অতুদা লুনা নাম্না শেম শারবা টেবল, ফম্ফম সোফা, কম্পুটর মেছিন, টেলিফোন ময়ামতুগী মরক্তা ওলিম্পিয়া ফম্নি লাই মচা মাল্লতুনা। মাগী মায়োক্নরিবা চৌক্রিদা মী মরিথক ফম্নি মাগা য়ারী শারতুনা।

অতুবু, অজিংকি পুক্নিংদা ফুনগৎপতুমুক মাদি ফুনগৎতে। ইরায় লায়না ওরাংতা উম্নখিবদোনা ইঙ্গিংতনা মাগী মমাঙদা থারিব চৌক্রি অমদা ফম্নবা হায়। য়া হৌদাকফম থঙদে মরমদি মা অতোপ্পা অতৈগা য়ারী শান্নবদা মথৌ য়াম্না চিল্লি মহাক য়াম্না কেনা শেং চারী ফম্নাইবী অচৌবা অমনি. মিকুপ অমত্তু শংদে টেলিফোন খীঙলকই, কনানা ফাইল লানশিল্লকই, সোই তৌই চে অমুক ফাকই ফম্নিবা ময়ামতুদা নোক্নুনা করিনো থরা হায়রি।

টেলিফোন অমা লাকই!

ওলিম্পিয়ানা মতুদা কন্না শুকথতুনা করিনো থরা ঙাঙনরগা এক্সকুাজ মি হায়তুনা হায়রম্লগা ফুক হৌগৎতুনা অমুক থোকথ্রে

পুংখায় অমা ফাগ্রে কাতুদা ফমতুনা লেল্লকপা। হান্না লৈরঙ-শিংতুদি থোকখিবা ফনা কুইরে। অজিৎতি ঙাইরি মা অমুক হল্লকপা। ওলিম্পিয়াগী পি এতু চঙলকই অতুগা হায়রৈ, মেডাম মুত্থাইদা চৎতবা য়াদবা থবক অমগী চৎথ্রে ঙসিগী হল্লক্নরোই।

হৌজিক্তি কদায়দা অমুক চৎকনি ইন্দোরদা হনবা নত্তনা মতুদা থুনা হনবনা চুমগনি ময়াম পুম্নমক লোইশিন খমজিনবিনবা কনাস্নু লৈরম্নরোই। খনবদা নোক্নিংলকই মাবু কনানস্নু পান্নমথ্রে, কনানস্নু শোম্ন-রমথ্রে, কনানস্নু নিংশিংবিরমথ্রে। চহী কুন ইথৌ লাংলম্বা, মফমসিদা চৎনিংখিবা, ময়াম পুম্নমক্না উম্ননিংখিবা মফমসিগী হন্না মুংশিংকা নক্নরীংখিবা নোংমত্তস্নু কাওখিদবা মফমসিগী মী অমত্তনা মাবু শাকথঙ-বিরমথ্রে। চহী কুন তুম্নরবা রিপ অান রিকেম মীক্নপা থোক্নকপদা

মাগী নোংমৈহুস্নু কোহ্লীং কায়স্বা কন্নানস্নু মাবু খঙবিরমত্রবদা মী অমত্তুংদি চোংথোরকথি মাবু উবদা অঙ্কল উবদা রিপ হায়না কৌরহুনা। অদ্‌বু, চহী কুন তুম্ন্‌রগা য়াহৌরকপদা মাবু খঙবিবা কনাস্নু লৈরমত্রে।

বসনা ওংলদ্‌না মাঙলোমদা চঙশিনখ্রি মৈথু মপৈ অমা কায়-থোক্লদ্‌না অরাপ্পদা উরিবা সিংহগড় চীংদ্‌ লৈচিল নোংফায় থাংদনা তরু তরুনা উরি। মাদনদি হায়বগুম তেঁরি ঐ নংবু নিংশিংলি ঐগী নাক্তা লাও। অজিং পুক্লিংদদি খারৌরকই ঐ অমুক হল্লক্রোই।

# হুরানবা ফাবা

মতম্মা ওল্লকপনা মীওইবশু শিননকম ফনা হোংলরে। হুরানবা মচা মশু ওইরম্বা কয়া হুরানবা মপী ওম্লে। অদুবু, সাইকল হুরানবা কাংবুদদি মহোংল্লে। ইরাবোতকি সাইকল মাঙলিবমকসু অহুমহেক শুরে। পোং লৈরুনি হায়দুনা বাজারদা হাইগৎখি মখোঙনা পেরি পেরি হেক্তা হল্লকই। নোংমনা লুহোংবা চৎকনি হায়দুনা মখোকখি, গাড়ী তোংদনা হেক্তা মহল্লকই করিনো মঙোন্দগীদা হোৎচিন হোৎচিন গাড়ী লৌবিরিবসিবো। যুগকি কার, স্কুটর, মোটোর সাইকল ঙাক্তা তোংনরবা মতমসিদ ইপা ইপুগী একাগাড়ীদা তেংহুনা চৎচবা অওনবা য়াওজদবা মঙোন্দদি গাড়ী লাকপিবদা খাঙবা ঙম্দ্রে। ইকোন কোনবা সাইকল মাঙখিবগী মতাংসিনা সিনেমা হোল মমাঙদনি হোলগা থংনবা দুকান অমদা পোং অমা লৈরিঙৈদা হেক লৈথোকউবগী হুং লৈশিল্লকপদা হেক্তা লৈরমদবনি। মীয়াম্মসু হায়নৈ হোল মমাঙসি গাড়ী অমত্তা থম্বা য়াদে। মীং ঙকপা য়াপোং নত্তে হেক্তা লাকই উনা উনা হেক্তা লৌখিবা জাংনি। গাড়ী হুরানবা কয়া অমা ফারে মীয়াম্মা পোপ্পমখে ফুবী অমুক্তদা সাইকল লাকপদি ঙোকপা লৈত্তে।

ইরাবোতকি গাড়ী লৌবিবসিদা লৈকাইগী অঙাং খরদি শাওরে। মখোয় মশেল্ল চুংশিন্নহুনা লাং থাক্তুনা সাইকল হুরানবসি অমুক্তং নমহুনা হকথেংননা কারসি হায়না শরৌ শীন্নরমই। তৌগদৌরিবা থৌদোক্তি সাইকল অহনবা অমা লৈরবা অহুগা ইরাবোতনা থৌহল্লগা হোল মমাঙদা শো লোন্দনা থমহল্লবা অহুগা ইরাবোতনা মনাক নকপা দুকান অমদা পোং লৈবা চঙহল্লবা। সোমদা খরা অমনা হোলদা কাহুনা মখাদা য়েংথরকপা খরা অমনা অত্তোপ্পা দুকান কারক্তা চঙদুনা সাইকলদু য়েংবা।

মাঙজৌন্না শীররবা হুরানবা ফানবা পোৎশীন্দ্ ফনা মচু তারে থরবন্না অয়, মনী অমদি তোঙবা লেপ্পদ্রা লাকপদ্ ঙসিদি মুমিং অদ্ থোক্লে। নোংমাইজীং মুমিংসু থোক্লি। সিনেমা য়েংবা লাক্লবা মীসু কুঙবা মুমিংনি। চাকওন চানবতনা নহা অতুমসু বাজার হাই-গংলকই হুরানবা হকথেংননা ফাননবা সাইকল হুরানবা ফাননবা।

অয়না বাফম অমদি হৌদোরকই, অদুদৈঙদা তা ইরাবোতকি সাইকল লৌখিবা মীদ্দি অতোপ্পা অমা ওইরবসু য়াই অদ্গা ঙসি ফাগদৌরিবসিনা অমা ওইরবসু য়াই অদ্ ওইরবসু ঙসি কারিবা মীদ্দা বাকি শিকি লাকথৎতুনা হেক্তা তাইনরম্রা ?

মনীনা খুমকই, ফাবু কারবদি সাইকল হুরানবা মশেন লোইনা থঙনবনি কনাগা শগোলবল্ল, উরিপোক পুবা, বনানা বাজার পুবদা মথাচুকাল অরাংচুকান থারদোক্লতুনা পুবা কনানা থাংমৈবন্দ চৌংমৈরোং লোইনা ইথক থঙনপোংনি অম। ফারগা অতুম লৌইরেনে।

তোম্বনা শংদ্না মথক্তা ঙাঙই, মীশিংসিনা সাইকল হুরানবা অঁমা হেক ফাবদা থাবনা হেক্তা হাল্লি অতুদদি বা হংহৌবা তাঙ্গা অমত্তা ফংদে মখোয়দি চৈ থাওনবনি শরু শরাং ফনা তেক্লবসু শিবু শিহৌদ্রবদি থরা লৈরগা পোলি পোল্লি অদ্রম হেক্তা মখোরকই।

তোম্বনা মথা তারকই, পুলিসতা পীদ্না কাম্নদে মঙ্গংদা মখোয়দি অমত্তনি। সাইকল হুরানবা কয়া ফনা ফাদ্রা পৌম্নমথৈ ফুবিদ্না শিরবাই নিংলুবসি পুলিস লাকপদা ফুক হৌগংতুনা গাড়ীদা কাথং-থিবনি।

অরমা হংলকই, ফরেনে, হুরানবদ্ ফারে হৌরনা থল্লসি, ঐখোয়না হংবদা-মুকথুম থুমদ্রবদি হাংতোকথিবা তাত্রা ? অদ্দৈঙদা বম হুরানবা শম্বিংহনবা কয়া লৈরবসি ফাদ্না মকৈগদা তিকি অচৌকপা থঙকাতবদা কন্নিমত্তা হায়দোক্তে হায়।

মনীনা হৌদোরকই, অদুগীবু ওইরবদি রা অমা লৈ, মী খুদিং-মকসি মাগী মাগী অশোনবা অমমদি লৈনবা ঙাক্তনি, কনানা দুগীদা কনানা য়ু, গল্লা, কানিদা কনানা অমদা, মদু হায়া থিদোকপা তাই।

মনীনা রারী অমা লীরকই, থাযনা অহল অমনা নহা ওইবিঙৈ থানা খল্লিঙৈদা থেংনথিবা রারী অমনি। হুরানবা অমা ফারগা অতৈ হুরানপোৎ থক্ষম কদায়দা ওইবগে হায়না হংবদা অমত্তা থুমদ্রবদা চয়া হেলহন্দুনা চাক পিজদনা থমদুনা মফৈগন্দা তিকি অচাকপা থমত্তুনা ফুদনা চৈদনা নৈদনা হংবদা অমত্তা থুম্মু যাদ্রবদা থানাদনা হুরানবত্থু যু হৈনবা মীনি হাযনা খঙবা ঙম্রকথি। থুনা যু লৌরুত্তুনা মোরোক মেংত্তুনা মখোয অনি থকমিল্লরগা থরা ঙাওরকপা মতমত্তুদা থাগৎত্তুনা হংই হায়রে, হেরা, নিপামচা মান্দেদা অত্থক চাওবা হুবানবা অমা ওইরিবা নংনা ইজ্জৎ লৈতবা মাল্লি হাযদোকউনে পোৎ অতৈ কদাযদা থম্রই হায়রুনে। হুরানবত্থুনা পোংনা থুরকথি, শক্তা লুংশি-দত্থুনা তৌবনি চুয়া হংনরগা য়াবত্থুদা ফু চৈত্থনকাত্থু তৌ শারিয়ে হায়দোকপীগেনে হুরানপোৎ পুম্বা চনম পুক্রি মহুংদা থাদত্থুনা থম্বনি থাজদ্রগা য়েংজরুচোনে। থিরুবদা পোৎ পুম্বা পুক্রি মহুংদা লৈরমই হায়।

মনীগী রারীত্থু তাবদগী মখোয় য়ানরে, হুরানবত্থু নমদনা হক-থেংননা ফারগা রাহং পাওহংত্থুনা সাইকল হুরানবা পুম্বা হায়দোক-হল্লগা খঙদোক্লগা কা ফাত্থুনা থীম্বা তাই। সাইকল হুরানবা মুথৎপা তাই।

ঙরাত্তো লুপা লিশিং অমা চাদ্রেত পীত্থুনা লৈরুবা লেডিবার্ড সাইকলত্থু ইরাবোতত্থা পীত্থুনা খোহল্লগা জয়, মনী অমদি তোম্বা মী য়াম্না সিনেমা য়েংবা হাইগৎনরকপা নোংমাইজিং লুমিংসিদা বাজার তম্না লাকই।

লমদমসিগী মচি মচিদা সিনেমা হোল ফনা যাম্না হাংমথ্রবনি, অহুমক্তদা বাজার ময়াযগী সিনেমা হোল অম্নিবা অনি অহুমথক লৈরিবশিংসিদা মী ইন্নবদি তোকপা লৈতে। অহুৈদদি মাঙজে নন। কনানো অমনা হান্না টিকেট ইন্নকগদবনি অহুমক্তদা টিকেট ফংদ হাযহুনা সিনেমা য়েংবা লাক্লবা কযা য়েংদনা হল্লবিবনি ঙদিদি মী য়ামবু লাযনা টিকেট ফংহন্নবা সেবাদা মথৌ কথোকচরবী লুপী ময়াম অমনা সোয়োক্কী চিদাইদা লেপ্পুনা ফীজোল কেনা নাম্না লাকচবিবা লাকচরিবী সেরা মপুং'ফাহল্লি থংনবা সিট যংহন্দুনা। অহ্রামন ওইনা টিকেটতুগী মমল মথক্তা লুপা নিফু যাম্নে ফংজহৌই মহুনা মতম অমগী কালাবাজার হায়না কৌবিহুনা পাওথোকপিরম্বী মিংথোন্দু মতমগী মতুং ইন্না টিকেট ফংকম এজেন্ট ওইনা সেবাগী শিনফম ওইনা খঙনগ্রে মখোয় কন্না সেবা চথরি।

মীয়ামদি অযাম্বা স্কুটর কার মোটোর সাইকলনা নম্না তোংনরবসু অচৌবা মফম্নিনা সাইকল থোবা মীশিংসু ফনা ময়ামই লম্বীগী চিদাইদা ফুট পাথ নপ্পা শো মথল অনি অহুম লোল্লহুনা সাইকল খরা থম্নরি অহুগুম্বা মী চিল্লবা হোলহুগী মমাঙমক্তা ঙসি ইরাবোতসু হান্না শীন্নরবা থৌশিল অমগী মতুং ইন্না ঙরাংতা লৈরুবা অহনবা সাইকলহ হোলগী মমাঙরাইদা থারহুনা শো লোন্দনা থম্লগা হুকাল মরোল অহুম ল ল্লগ লৈবা হোটেল অমদা চঙহুনা ফমদুনা চা গ্লাস অমা লৌরগা ফমথক্লে মাগী মতুং ইল্লক্লিবা জয়, মনী অমদি তোম্বনা গাড়হু থম্বা উবদগী মনাক নক্লা ইন্দুনা চৎলিবা চুহিং য়োনবা নিপাহু খ ম্রহুনা চুহিং গ্লাস অমা শুমহন্দুনা গ্লাস শেংনা চাম্নবা চম্প্রা অমদি কলানিমুক হাপ্পবা ম'বাল শুদবা হিন্দীনা চৈ চৈদুনা চু শুমহনবা হৌহনখ্রে

মনীদি পহলরাল পান তুকান্দা চৎতুনা একশো শাত জবদ হাপ্পা কা অমা তপহল্লি হৌনা হৌনা হিন্দীনা লাওরি, কথা লগাঙ

চুনা পাতলা করো। মতমতুদা জয়না হোল মথক্তা কাখৎতুনা মথক্তগী য়েংথরক্লবা মীয়ায়া সিংমেমা য়েংবা কানবিবা হৌলগী সিড়িদু ইমা ইমতুনা কাবা হৌগ্রে। পংথু থুনবু কাবা য়াদে। মী কয়া অমদি লুহোং খোঙথাংদা কেনা মৌনা কানবি মতুস্থু ঙাঙলুবা য়াবা নত্তে মরমদি মখোয়দি সি'নমা য়েংবা চঙলকপনি অতুগা জয়দি হোলতুদা কারকপগী মরম ইরৈ লৈতবনি।

ইরাবোতস্থু চাতু থক্লি, তোম্বস্থু চুহিং শুমহন্দুনা থক্লি, মনীস্থু কাতু চখোম চাওনা হুক্লতুনা অতোপ্পা মনা মচেৎ অমদা শুম্ন তৈহন্দুনা জরদা চাইহল্লগা কায়োনবা হুকান্দারতুগা য়ারী শানরি। জয়না হোলতু কাখৎলকই। জুরা জুরা চৎনবদ্ উরুবদা ঙাইহাকস্থু য়াখলগী দলান শারুই অতুবু মতুদা পংঙাও ঙাওরুবা য়াবা নত্তে সাইবল হুয়ানবা ফাবা লাকপনি।

জয়না অনিশুবা মথোন্দা কাখৎতুনা য়োংকি থোঙনাওতু হাংলমই। থোঙনাওদ্ তোয়না হাংবা নত্তবা অমরোমদা কা চাবা কাংবুগী কোদাং ঙশীনবগী পুমচু চুনা পুম্লাং লাংদ্না লৈ। থোঙদ্ হাংদোক্নুনা মঙক লৈথদ্না মথাদা য়েংলকই।

সাইলক অনি অতুমদি লৈ অত্রবু, মথক্তগী যেংবদা অহনবা সাইবলতু করম্বনো থন্দোকপা ঙমদে। অমুক্তং কুমদ্না য়েংলুবা কৈ হায়দ্না থুনা কুমথরকই। অঙাইনরবদি হুয়ানবস্থু হুবা হেক্তা লাক্তে।

জয়না মথাদা য়োরকপদদি মনীগা তোম্বগস্থু হান্ননা লৈরম্লে। জয় উবদা মখোয় অনি চঙরুনা য়েংলকই। কনাস্থু য়া অমত্তা ঙাঙনবা হৌদোক্লবা ঙমদে। তাঙ্গাদ্দা চা থকপা লোইরবা ইরাবোতস্থু থোরকই। মচৌন্দা অমুক্তং শোল্লকই, হৈমা! সাইকলদ্ ঙসিস্থু অমুক হুপ্র-মালেনহৈ।

# নিংশিংবা ময়াম মরক্তা অহিং অমা

অহিংদ্ৰ চীকই !

অকোয়বদ্ৰ উমংনি ইশুক শুকই। ইলেক্ট্রিক থাংমৈ খরা লম্বেল মপান্দুদা মুশি মুশি ঙাল্লি থাংমৈশিংদ্ৰ তীন কাণ্ড য়াম্না ওমশিন্দুনা লৈরি। অপীকপা কৈথেল অমা তিনখংলমনি অদ্ৰ কৈথেলদ্ৰশু কায়খ্রে।

ঙরাংতা হাৎন শুনবা হিংশাগী থবক চত্থখি হায়দ্ৰনা লম্বী খিংবগী থবক অমা হৌরকপদা বস অমদি অত্তৈ গাড়ী ময়াম অমা চৎপা য়াদত্তুনা পন্দুনা লৈরবনি। পীরুবা বস থাক্ম অমা লৈরিবদ্ৰদা মী অয়াম্বা ফম ফমদ্ৰনা নোং ঙানবা ঙাইনরি আসামগী খোতখোত্তিয়া বাজার হায়বা মফমসিদা।

খোতখোত্তিয়া নৈসনেল হায়রে নম্বর ৩৯ দা লৈবা আসামগী পীরুবা খুঙ্গং অমনি। কৈথেলদগী খবা চৎলগা হোটেল আমখক্তং লৈ 'দাভার্কন' কিয়বা হোটেলনি। ঙসি চহী কুনগী মতুংদা রামশ হো টেলসিগী কা অমা লৌরদ্ৰনা নোংঙাল্লগা থাগদবা বস অদ্ৰ ঙা-বা ওইনা কা অমা লৌদ্ৰনা লৈরি।

খোতখোতিয়া ডিমাপুর লাম্বোক্লগা লৈবা আসামগী অ-িকপ খুঙ্গং অমনি। বস তোংদ্ৰনা লম চৎকনবা কনাগুম্বা অমনা ডিমাপুরদগী অপর আসামলোমদা চৎপদা শোয়দনা থে-নরগদবা খুঙ্গং অমনি চু থাবগী থবক্তা নম্না হিংনবগী লম্বী ওইনরবা শারবা কালেনগী শুশা মতমদা চু হোনবা ট্রেন অমনা হুইসেল খোংলদ্ৰনা অপীকপা খোত-খোত্তিয়াগী টেশন্দগী চু হোনবা লাকই চিনি শুংফম ফেক্টরি তম্না পুখিনব।

ট্রক অমদি লম্নাইগী গাড়ী পুনরকপা কয়ানা মফমসিদা জাইন হোটেল অমা অনি লৈরিবসিদা লেপ্লুনা অহিং অমা করি অমা অদুক লেল্লম্বা অদুতো নত্তনা মৈতৈ তাম্বা মফম অমসু লৈ। গাড়ী ড্রাইভর কয়ানা মদুদা লৌবিরম্নগা চৎপ্রবা মুপী কয়া মচাশিংগা লোয়ননা লৈনবসু য়াম্না য়াওরি। মখোয় অপীকপা কৈথেল মচাদুদা লুকমায় পানবসু য়াওরি।

অমুক কুইরবগী তুংদসু হোটেল দাতার্কন পংহোং হোংলম্মে। হোংলমইবা হায়ববু হোটেলগী মপু কাশীরাম ভুইয়া মপোকথোক্ত ময়া লাংলম্নে। ফক্লাং কাচীন্দা পানা কোদাং চুরম্বা লৈকাং মিরাং কম্থবিদবা মস্থরবা শক্তম লৌরবা হোটেল অমদি ওইরম্নে। মফমতুদা সরকারগী ইন্সপেক্সন বাংলো অমসু লৈখিবনি। অদুবু, রমেশ অদুগুদা খঙনখিবা হোটেল দাতার্কনদা অমুক চঙলকই।

চেল্লম্বা গাড়ী পুম্নসু লেপ্লরকপা অহিং নোংয়ায়গী মতমতুদা ইরেপ লেপখিদুনা ইচীক চীকপা মতৌ অমদি ওইরক্লে। মৈথুনা মতম কুইনা চুবদগী মশাগী মঙাল মপুং ফানা ফুদোকচবা ওমজদ্রবা য়াম্থবী ইলেক্ট্রিক বল্ব অদুনা ঙালহনবা ওম্বা কাচিন অমদা মিরাং অমদা কাও হয়িং থুহল্লদুনা মি অদুদা ফা ফাদুনা চারি। কদোম-দনো খঙদবা মফম অমদগী চুম অমসু কল্লা কল্লা মরক মরক্তা খোং-লকই। ইরুজফম কাগী নাকন্দা করিনো অমা কোকতোন্দা লেঙ লেঙ চৎপগুম তৌই। সুম য়েংশিল্লুরবদি লিনগুম্বা অমা ফক্লাং কাওজিল্লক্তুনা কারকইবোই নীংই। কাগী অতোপ্পা মৈ অদু কাপ-থৎতুনা য়েংলুবদদি উরে লৈকাং মপৈ অমা ভেন্তিলেটরদগী চঙলকপা মুংশিৎনা হুম্বদা লেঙ লেঙ চৎপগুম ওইরমই। কাগুদা ওইরবসু হুমদোকপা কাম্নগনি হায়রদুনা থারুবা কম্পাকীনা শাবা তোকপদা মত্তনা কম্পানী ফাওবা মুৎথ্রবা শিলিং ফেন অদুদগী তাম্বা নাইনা থোকপা

মখোল ময়ক্তা মী নাহেবা মানবা মখোল অমসু য়াওশিল্লকই অটীকপতু থুগাইতুনা কনানো অমসু লোক কংথু থুবা অমসু তারকই।

অরাপ্পা হুইসেল খোংলতুনা ট্রেন অমা চেনখ্রি অমম্বা ময়ক্তুদা সংসারসি থুংননবা অহিং মুংথিল খায়দনা চেল্লি উমং, রামং, লৈকংলা সহর, খুঙ্গং, লৌবুক, লমহাঙ ফাওদুনা মী কয়া অমা থেংনৈ তঙাই-ফদনা মী চিল্লবা ডাব্বা মমুংতুদা ঙাইহাক ঙাইহাক খোঙবু ওইনরমই কনা অমা কুমথহৌই খরা অমা অমুক কারকই। কুম্নমদাইগী মতমদা কূমহৌরগে হায়রম্বসু য়াওই। লমকোয়বা পুম্নমক উনবদি ঙাই-হাক্তংনি।

তুমথবা হায়বসি পাক হেক য়াদে মুমদদি কোক্কা মোনগা হেক তাইনবদা তুমথখিবা খঙহৌবা নত্তে। লমছুই খোংবতুম তারকই, কুইনা তাখিত্রবনি। লমছুই অমনা কি শংবা নিপা অমগী কি শঙনবা নিম চফুদা তারুরগা অত্তোপ্পা লমছুই ময়াম ময়ক্তা লাক্তুনা অা থাগী লৈবাক্তগী লাকপা নিংথৌনি হায়না পাল্লুরগা খোংবা মতমদদি লমছুইগী থুংখোং ছোংবা ঙমখিদবদগী অরাবা নংখিবা রারীতু নিংশিংলকই। তুলগী পুন্সিদা ওআনা রারীতু হন্না হন্না পাহনখি অমনা হল্লগা অমনা খুমহনখি অতুপ্পা মেমপিশাক্তা অয়াম্বা মতমদা হল্লি।

ঙসি কুইরবা মতমসিদা রমেশ মেমপিশক্তি রারীতুম নিংশিংলকই। মেমপিশক রমেশকা এল পি স্কুল অমা কাম্মিরকই। অঙনবা অরুক্ত হৌগৎলগা চন্না খরা খরা রানশিন্নগা বোরা অমসম পায়নরতুনা ঐজ্ঞা গোপালমচাগী মান্দোৎক্তা ওন্না শোরোবনা হেড মাষ্টর ওইতুনা তহীরকখি। মেমপিশকা অল্লগা ময়াম্না খুদখি, মেম্না থাগী থানিনসে, কয়াদা মেঙনা নিংখিদ্রে, মেরেগী পেনবা মাইদবা, তাংথক নাইদবা থাক্সনি।

নিংশিংবদা হুংঙাইবা ঙাক্তা নিংশিংত য়াদে।

মেমপিশক কল্লা নাখি ডাক্তরদা পুখৎখি রমেশ অহিং অমা ডাক্তরদা লেকপিগে লাকখি। অহিংতুসু তুম্বা য়াখিদে মেডিকেল ৱার্ডভা লৈরম্বা অনাবা কয়া শিখি। অনাবা পুনবা অইনবী ফমুংতুদা মমায়দা ফীডৌনা কুপশিন্দুনা ইন ইন্দুনা পুথোকখি। তুফক তুম্ফাই চল্লবা অহিংতু ওস্থোক্লা হৈনদন্না লেনখি। খরা লৈরগা মহাক মুমদা পুথরকখি ফরবোইতুম নীংলুরে অতুবু লৈকাইগী ময়াম্না হায়নরকই, অঙাংদো য়ারোইদোরে! রমেশনা মেমপিশক্কি মমুম তাম্না চেল্লমই। মতমতুদা মাদি শুমাঙদা শঙদা থাংদোরকপা মতম ওইরমই, ময়ামসু য়াম্না কপ্প লাওনরমই। রমেশনা চেনশিন্দুনা য়েংই। মমীংতু মঙোন্দা য়েংলকপগুম তৌখি। পাম্বোম মরুদা পোঙথোকপী ফুরিৎ অমা লীংলতুনা স্কার্ট অমা শেংলগা রিবোন অঙৌবা পুল্লতুনা স্কুল কারসি হায়না হেক হেক হৌনদুনা স্কুল কাম্মিন্নরকপী মেমপিশকপু শঙ মতুংদা থাংজিনবিগ্রগা লাতোন অমগী মথক্তা হিপহনখিবতু মা তশেংনা উহৌই। অতুদগী শঙতু ফীডৌনা ইকোয় কোইশিনখি। মতুংদা পুং ঝান হৈবা মথোল তারকখি রমেশ অকিবা অমা ফাওখি অহিংগী মতম য়োরকপদা ঙসাই মেমপিশক্লা য়েংলম্বতুতা নিংশিংখি। মমীংকি কল্লা অমত্তা উইশিল্লনা পুক্লিংদা অকিবা অমা ফাওনা ফাওনা নোংঙানবা ঙাইখি। অকিবতু কমাদসু হায়দোকখিদে পাঙদে হায়খিদি হায়তুনা।

হোটেলগী কদোমদনো কনানো খরা জুরু জুরু রারী শারবগুম তৌরি। রমেশ না থাজংতুনা তারমই। মপান্দা নালাগী মপান্দা হুই অনিখকসু চৌরকই। রমেশ ঙসিদি অচৌকপসি ইহৈ হৈনদবা ফাওই ঘড়িদা য়েংই, নোংয়ার মতুং পুংথাদসি তারে। নোং তান-গদবদি রাথদি। রমেশ হোটেলগী কাদগী মপান থোরক্লে অতুগা থোঙজিন্দা শঙলিবা নিপাতুগী মনাক্তা লাক্লগা খঙনবা হৌতুনা মনাক্তা ফমথরমই মাদি অহিং চুপ্পা মীশেল খাজদৌরিবনি কনা তুম্লিংলবসু

অচুগা রমেশনা তাশংনা তুমথবা যাদ্রবনি। তুমদবগী হায়বদুদি ঙসিংদি ময়দি মখোয় অনি চপ মান্নরে। থোঙ শঙবদু মাগী মপাং ওইনা রমেশপু ফংবদা কয়াওবগুম তৌই।

রমেশনা ফমথরকপদুদা থোঙ শঙবা নিপা অচুনা চা অমা থকশি হায়দুনা থংনবা কাদা ষ্টোভ থাগৎলদুনা চা লোনখৎলি। রমেশ মথক্তা অমুক ফমহৌরে। খোতখোতিয়াগী মৈতৈ লৈকাইগী বা অমা ঙসাই দগী নিংশিংদুনা লাকখি। মচু অমুক থনবা হৌবকই। চঙী কুন মমাঙগী রানি। বস চেনবা লেপ্লগী ষ্টাইক অমনা বস অমত্তা চেন্দবদগী ট্রিক অমদা তোংদুনা লাকপদা খোতখোতিয়া বাজারসিমক্তদা অহিং অমা লেনখি। অঙাং থরা ওইরিঙৈগী রানি। হোটেলদা তুক্কম খঙদনা নাইতোম তাবদু কোরুনবা লোন লি ফাওনবা কনানো অমগীদা অহিং লেকফম ওইবা য়াবা মফম অমা খিনিংখি কৈথেলদুদা চৎলগা মৈতৈ-রোন থোকপা নিপা অমথক্তা হংবদা ইপন পম্বদনা খুমকখি, থম্বাল-গীদা ইমুং মুংঙাহৌরনি।

নিপাদুনা রমেশপু পুদুনা য়ুম অমদা থোঙ থীন্দুনা থোঙ হাং দোকহল্লম্লগা রমেশপু থাজিল্লমই। কাদুদা লৈবা মোরা অমা লৌদুনা ফমথরমই। ভাইগাক লৈরগা জুপী অমা থোরকই। মীওই মীতৌদি পীকই অদুবু, মায় মীৎ পুম্বা মওং তানা কেরবী চীম্বান্দা নীপত্তিক শঙলিবদুদি ইচাই চাইরদুনা মশমচু শেমজিম শেমজিন্না থোরকই।

রমেশনা নোককেৎ তৌরগা হংখি, ইচে থম্বালনা?

জুপীদুনা থুমদোরকই, হোয় মান্নে।

রমেশনা হান্নখি, ইচে ঐ হয়েং ইম্ফাল য়োংগদবনি, পরিক্ষা অমা থাবা শিললংদা চৎলুবনি, হোটেলদা লেকপা হৈনদদুনা মৈতৈশিংগী মরক্তা লৈনিংদুনা মুম খিরকপদা নিপা অমথক্তা ইচেগীদা পুশিনবীরম্বনি

জুপীদুনা হৈনীংদনা হায়রকখি, সিদদি লেককম খোংফম থুদোং চায়দেনে।

অতুদগী দরি অম্মা থারগা মোন অমা পীরগা রমেশপু হীপ্পনবা হায়রমই। রমেশ হীপথখি। কাণ্ড য়াম্মা চীকখি কাণ্ডখল য়াওদ। থংনবা কাদগী ইচে থম্বালগা নিপা অমগা ৱারী শাগৎনরকই। নিপাতুনা হায়, ঐস্থ চৎলগে হয়েং অমুক লাক্কে। অতুদগী হংলকখি, নিপা অমা লাকই হায়বদাই ঐ চৎপ্পবদি নওগী কমুংসিদা কৌখৎলগা তুমিন্ন-হৌরোদনা।

মুপীতুনা খুমখি, ঠৈ অতুগুম্বা মী নত্তেদা মী চুম্না লেককম থিবা চঙজরকপজাংনি হোটেলদা লৈবা হৈনদতুনা অঙাংনিনে তুমখ্রেসে।

নিপাতুনা খুম্লকখি, ইবেমা মকোক্তা মশম হৌরবদি লায়কমুকো মীসে।

রমেশ শানখিবা ৱারীতু তাহৌই। তুমথবা য়াবদি লায়বতুনা কিবা অমতুম কাওরকখি। তপ্পা থোঙতু হাংতুনা লমজাও সোরোক তম্না থোরক্লমই। কয়াদা ৱাই শংখিবা মতুদদি অফা অপুন অমত্তা লৈত্তে। লম্বীদা কোয়চৎ চৎতুনা নোং ঙানবা ঙাইখি। রমেশ ঙসিস্থ নিংশিং-লকই, মচে থম্বালতু লৈরমখিগদ্রা, লৈরম্লগনা মাবু নিংশিংলমখিগদ্রা। থাজদে মরমদি মাগী পুন্সিদা ন্নিপা কয়া লাকপ্রে। মতু ময়ামতুগী মনুংদা মাদি ঙাইহাক্তং থেংনখিবা অমনি মানা মতু নিংশিংকম থোক্তে রমেশতনা নিংশিংবগী ৱাতনি মথকথোংবী মচে মানবীদো। মতোন্দদি নিপাশিংসে মবুং নক্সগা মৌপা ওইরুবগী কান্নবা লৈতে। নিপা খুদিংদা মানা য়েংবা মীৎয়েংদি অমতনি মতুদি মাগী হরাও তজাবদা শরুক য়ারবা মতুদা শরুক য়ারোইদবা কনামত্তা মানা তরাম তরাম তৌবগী কান্নবা লৈতে। মু থকপা মীনা শজোমগী মেঙলবা মহাও থঙবা ঙমদবগুম নিতোল চাকৌবা কয়াদা অনংবা মৌপা অমনা ইচে লাক্তদৌগ্নি হায়তুনা মখুৎনা থোংবা চাক অতু পীজনবা ঙাইরমদা মচেনা লাকপা উবদা হরাওবতুবু, পুন্সিগী হরাও অমা মশঙদা ঈশৈগী তজংলবা রাগগী মরক্তা খোংজিগী ঈশৈগী তাম্বাতুনা লম্মক্রবা লবী মপশিংগী

শেঙ্গাওবু মিতৌবা মীৎয়েংদা শুঙ্গৎনবা জগোই শাগ্নিবী জগোইশাবী অমনদি কনায়দনী খঙবা জগদগে

ঙাইহাক রাখল অমদা লৈরুবা রমেশকি রাখল কায়খি। হে টেল থোঙশঙবতুনা চা পুথোরকই। মতু থকমিন্নরগা রারী শাতুনা লোল্ল। লুংঙাইবা অমা ফাওরকথি মৈতৈ লৈকাইগী রা হংলুই ময়াম লৈনরি হায়। অমুক্তং চংতুনা রমেশনা য়েংনিংখি অতুবু মতম লৈতে নোং হেক ঙানবগা বস থারগদবনি।

নোং তপ্না ঙাম্থোরক্লে। ময়াম চংননবা বস তোংথংনৈ লাওনৈ বন হাংলে গ্রহন থারে চাকঙা! চাকঙা! রমেশস্থু বসতা কাথংলে।

চিল্লবা মীরক্তুনা শেগাইরবা অমোংপা শাড়ী শেংপী মশম মনা ফারবী অঙাওবী মানবী মুপী অমা ময়াম মরক্তা চঙতুনা পৈশা নিরি। ময়াম্মা চৈ চৈতুনা তানবীরি। রমেশকি মপুক্কিংদা থরি, পৈশামক পীবিত্রবস্থু তানবিবদি চুমদে, মাস্থু মীওইবা অমনি।

গাড়ীগী ড্রাইভরতুনা, হৈ সিদা লাও হায়না কৌশিল্লগা লুপা অনি চংপী নোট অমা পী, লৌ হায়বা মাদে। অতুদগী লুপা চংপী চান্দি অমা পীবতুদদি লৌই। রমেশনা থোইমবু য়েংলুদে। ড্রাইভরতুনা মঙোম্দা মী থরনা য়েংলকপতমা হৌনা হায়রকই, মৈতৈ লৈকাইগী থম্বাল হায়বিতুনিনে মতম অমদদি শক চুদা কাওরমইবনি, মীওইবা হায়বসে তম্বা ওমদেনে তৌরিসিনি।

# য়ুমসিবু কনা কনা লৈবগে

চয়াংনরবা য়াওশঙ।

ঙসাইরমখৈ হুমিং চুপ্পা অমা অঙাংশিংনা লম্বী সোরোক্তা অচৌবা অওক ফাত্নুা শেল মুল্লমই। অহল ওইরবী কয়াস্মু হাংলম্মা কোম্হোং অমা হেক নাম্বোকহন্দমখৈ চঙ চঙদুনা নাকথেং নিবা চঙনরি। হোলি পালা কয়াস্থু ধুলোক য়াল্লদুনা অহৌবা মখোল খোকহল্লহুনা চাং- ফল্লহুনা ঈশৈ শকপা লেপ্পা লৈত্রি। অঙাংশিং অশোক অপন নংগল্রা ছায়না পাখংচবা বীধুনা য়ুমশঙবা ওইনা পোত্থাকম খঙদনা লোনগ্রবা মতুংদা য়াচঙলকপলগী লম্পাক্তা থাবল চোংলি হায়দুনা অহৌবা মাইকি মখোলদা খোন লাইত্রমগী থুক থুক লাওরম্লবা মুংপান ওলহনবা ঙম্মা মখোল অদুগী মরক্তা ঙরচাত্রবা খুংখোংদা ক্লেরিয়োনেট মখোল- গনা হেকথরকপদা ঙাওরম্মা কোকসিদা চীকপা অমগা হাপকংলক্লুবা লল্লাইলেম্ফমদা খায়েন অশিনবা থোমহুনা খাঙলম্বদগী ঘড়ি য়েংবদা মুংদাংগী পুং ১০দি তারে। অরাবদু পংকুই কুইনা খাঙত্রবস্মু য়ায়নি, পংকুই কুইনা চোংগদবদি মাত্রে। থল্লকই, পংখেঙ থেঙনা চোংদবস্মু কৈ, মতমসি কত্তে। মুপী অঙাংশিংস্মু থাবল চোংবা খোকখিবা হাঞ্জিল্লকি- অদুনা কোম্হোঙস্মু লোম্দনা থম্মি। হংপোং পোত্থাকম লৈবা নত্তে ইস্নুংদা লৈজৈ হায়বগী রাদনি। সোমদা ইলেক্ত্রিকস্মু লাক্তখনা ল্যালটেন অমা থাল্লগা লৈরিবনি।

কোম্হোংলোয়দা কনানো অমা চঙলকপগুম তৌই!

কোম্হোঙ হাংবা মখোল অমা তারকই। কনা ওইরমগবা! বীধু ঙাহাক খষ্টে। ওইরম্মা য়াবসি মাগী মুপী অঙাংশিং থাবল চোংকমদগী হঞ্জিল্লকপা নঙনা কয়িস্মু ওইবা য়ারোই। বীধু হঞ্জিন্দুনা কমুংদা

ক্ষযথরমই। শাওনীংবতুম ফাওরকই, চাক ফাওবা থিরমদে ইরাং পাম্বা শারদুনা ওসাই নুংখিল লাওবা হৌনবমখৈ লাওউরে নোংয়ায় য়ৌরফাওবদা হল্লফম থওদ্রিবা নুপীশিংসে চাক ফাওবা চানি হায়রবা কাওরে।

কনা কনা লৈবীবগে রা অমত্তা হংজগে!

নহা ওইবা অমগী খোংস্থাক্তা নিপা অমগী খোঞ্জেলনি। বীধু পীং লাওই থন্থরকই, কনানোনে অম্নুক খেওলবসিদা মীগী সুমাঙদা চওলক্কনা কনা লৈবগে হংলরিবা। মখোয়গী সিফাই লাকপা হায়বদুরা, মদুদি ওইরোই। মখোয় সিফাইশিংদুদি য়াম্না তৌবা ওমই হায়। থকচিল্লগা লাক্কনা য়ুমগী থোঙ কাওখায়রগা হাম্না চওশিল্লকই হায়। অদুনদি ওন্থোক্লা মেওনা কনা লৈবগে হংলিবজিনদি সিফাইদি নত্তবা তাই। ব্রজমনীনা মাগীদা থোকখিবা থৌদোক অমা লৌখিবদুম নিংশিংলকই।

থুংলাই পোকথাম্নবী অকাপ্পী কোকথোং অমগা মশক থওদবা মীওই থরনা নোংমা অহিং অমা চওলক্কন্না মাগীদা লেকখি। মখোয়দি ইশি শিনা তুমখি অদুগা ব্রজমনীগা মাগী নুপীগনা ঘড়িগী মপাং ওইদুনা নোং ঙানবা ঙাইখি।

বীধুনা তপ্না হৌগৎতুনা থোঙনাও অহোবদা লেংই। অমত্তা মরক অদুদা মী অমগী মওং মানবা অমা সুমাঙ মত্তোন্দা কোয়না চৎপা উই। ইশাগী শুমাঙ ফাওবা থৌনা ইক ফদোকপা ওমত্রবা অহিং হেক ওইবগা থরায়কা লাংহুক মুক্তা চাওরবা, ইমুংদগী কৌথোকপ্রগা শিনা ফংখগী রায়ীশু তোয়শিল্লক্রবসিদা কনানো অথেঙবা অহিংসিদা কৌররিবা। অঙাংশিং লোইনা ইমুংদা লৈবা ওইরবদি বীধু পংরা রায়রোইদবনি, কৈদৌনেইগে থুমত্রগা লোইরে, মরাইনা চৎচখিনি অদুবু, নুপী অঙাং-শিংদি অমত্তসু হজিল্লক্তে।

অথেঙবা অহিংদা ময়ুম হজিল্লকপা ঙাইরিবা অমনা ম না ঙাইজরিবদুনা হেক কৌরকপা মতমদা মীকৌ অদু তাবদা হরাওবগী ঈথক

অমা হৌবতুগী ওন্ন তৈনবদা বীধু কনা কনা লৈবগে চংলকপত্নদা লাং-তকনবা হেনগৎলি। মরমদি মিকৌ অসে যমুনা তুরেল তোর্বান্দা গুক্ক মম্ম অহিংদা মুংশিবা বাঁশিগী শুবনা রাধা রাধা হায়না কৌবা খুৎকৌহু নত্তে। নত্রগা সংসারগা শম্নত্রহুনা ঙাওরহুনা পোৎয়োম অমা পায়রহুনা কোয়চৎ চৎলবা কবানা অরাম খৌরাং পোক্লকবদা কনা অমগী থোঙজিন্দা লেপ্পুনা 'মনে ইবেমা চাক খিত্তা চাগেনা' হাযনা নিরবগী খোঞ্জেলহুস্থ নত্তে। নত্রগা নীঙমহৌদবা থন্নাইনা মীচিক মীন্নাওখোল তাদ্রবা মতমদা হায়নিংবা ব্লাকম হায়দোকহৌদবা কনাগী মকমদা হকচাং য়াওদ্রবা থন্নায় ওইনা লাক্লুনা কৌই হায়বহুরা। বীধু মতুগী থাজবা লৈতে।

কনামত্তা লৈবিদত্র, ঐ ব্রা অমত্তা হায়জগে তৌবনি।

শকখঙদবা খোঞ্জেলহুনি, বীধু হন্দকস্থ খুমদনা লৈবা তারিব্রা? থনকম খঙদে। অহুবু, মা হন্দকস্থ খুমদনা তুমিম্না লৈ। অহুভৈদা য়েংখিবা লিলা অমা নিংশিংলকই, মৈ মমথ্রবা অহিং অমদা থোঙ থীম্লৈ কনানো অমনা হায়ম্নকখি, নঙ করিগুম্বদা ডাকু জগৎসিংগী মমিং তাগ্রবরা, অহু ওইম্নবদি নঙ ঐবু খঙবদা ব্লানা থোক্লরোগ নত্তে. কৌরক্লিবসিবু ডাকু জগৎসিংগী জাংলা।

ব্রান্নী লাইরিক্তা ফাওবা ডাকুগী লৈফম থুনং কয়াদা অহিংগী মতমদা ডাকুশিংনা য়ুম য়ুমদা চঙহুনা লনথুম মুনবা মুপী অঙাংশিং ওৎ নৈবা অহুগা মান্নবা চৎনবী থরস্থ সিব্লাইদা য়োরকপগুম তৌই। অসিগুম্বসিবু ঙাকপি শেনবিগনি হায়না লৈরিবা কাংবু কয়ানা মুপী অঙাংশিংগী ইকাইখুম্নবদা অপনবা লৈতনা থুৎ থিংজিম্নরি।

বীধু ব্রাকম অমগা নীংশিংলকই, ওলাংথাগী মমৈ ওইরক্লবদা নোংমগী মুমিদাং ব্লাইরমদা মকোই মরাং চোম্বা মথুৎত্তা পোৎয়োম অমা পায়বা নিপা অমনা কাঞ্চিপুরগী লম্বীদা লাক্লুনা শেগায়রবা য়ুম

অমগী মাঙোন্দা কারহুনা হংলকখি, য়ুমসিবু কনা কনা লৈবগে ? লিরবা লমদমসিগী ব্বারীহুনি। অদুবু, ওসিগী নিপা অসিদি মাঙোল দদি কারক্তি কৌবসু তোকপ্রে। অহোবা থোঙনাওদা য়েংবদা ম দারী ময়াদা চঙলক্ত্রনা লেপ্ত্রনা লৈরি, চৎখিত্রি।

মশুমাঙ মক্তদা চঙলক্ত্রনা কনানো অমনা কৌররবদা চোংথোক্ত্রনা করি হায়বগে হায়না বীধুনা হংত্রিবগী মরমদি অম্মুক থেঙলবা অহিংদা লম্পাক্তা থাবল চোংবা য়াওরুগে লৈতহুনা য়ুমদা চঙহুনা কনা লৈবগে হংলিবসিনদি করিদি ওইরম্মি। হায়রকপা য়াবসি, "পাবুং ঐখোয় মঙানি ওসি অহিংসি লেক্তবা য়াদ্রে নোংঙানবগা চৎচখিগে ঐখোয় পোৎ-চৈ খরা য়াওবসিদা খুদোং চাদ্রহুনা তৌবনি"। নত্রগা য়ুমদা চঙহুনা শেল খায়বা হায়বহুরা। য়াওশঙ মনুংগা ওইবনে বীধু শেল য়াম্মা চিল্লি পীনিংঙাই লৈরোই হৌজিক হৌজিক লৈকাই শরোয় খাঙবা মরুপ, মৌশিং লেশাবীনিং চাক চাম্নবগী শেল খায়বা লাক্তি মসিদি পীদবা ইয়া য়াররোইদবনি।

খুদোং চাদ্রবা মী অমা মতেং পাংহুনা অহিং অমা করি অমা চঙজফম পীববু করি লৈবা থবক্লো। অদুবু, লুরিবদি মসিগী মতুং তাবদা পুলিস অমদি সিক্কাইগী রাহং পাওহংগী দবা ভাবা য়ানা লৈ। বীধুদি মচাম্নপী ঙাক্তা পোকই, অপীকপা য়াওরি, মাদি মচা য়োকখিবা তারি থোনা ইফ ফদোকপা য়াদে। অঙাংশিংগী য়েংহুনা মা মতম খরা তিংদবা য়াদে। হিংবগা তৌনবা থবক অম্মা মা তৌথোকপা য়াদ্রি। মীওইবা অমদা য়াওবা থোনা, লিংজেন, চাওথোকচবা পুম্বা মা নমশিন্দুনা থম্বা তাই।

ফুঙ্গা ব্বারীদো !

হৌদোঙ লম্বোইবনা মমায়কাহু লামুক পাক্লহুনা মতু শোম্না হিংজবী অপীকপা মচা চাওনবা য়োক্লিবী পেবেৎতা হংখি, পেবেৎ ঐ ইশকসি কয়ামুক য়াম্মা ক্তজে ? পেবেৎনা অহানবদা খুমহ ই,

ৱারক্তি তয়াল অঙাংবা কৌ শঙবান্ট অথনবা, ঙারী পরেং অচুম্বা, মুম্বিংনা ঙাঙ্ম্নবা থোরকপমুক কক্সেদ্রকো।

নোংমদি মচানা মশা ইংপা ঙম্লকুবা মতমদদি ৱাহং অংমক্কী পাওখুম ওইনা খুমখি, মঙগী নশকুবু কয়ামুক ফজরগবনো হৌদোংনা হৌদোং য়োংনা য়োং হায়বত্নি। হৌদোংনা লম্বোইবনা মচা চারগে হায়না হেৎচিল্লকুবদা পেবেংনা মচা ময়াম লমথাখি, "ইচাশা লাংদোন অমদগী লাংদোন অমা তৌদোন অমদগী তৌদোন অমা ক্রং" ঙসঃ কমদৌই।

মপান্দগী অমুক্কা শোল্লপ তৌবা খোঙ্গেল অত্থ য়েনখারোমদা হাই-ফেৎ চঙশিল্লগা কৌরকই অমুক, কনা অমত্তা লৈবিদবরো য়ুমসিবো!

ৱারী লাইরিক কয়াদা হায়ৱি, য়ুমদা চঙলকুবা মীদি ঈশ্বরগী শক্তম্নি। মখোয়বু ফিদা থাবা তরাম তরাম তৌবা অঙম্বা সেবা তৌবা মুম্বু অমগী ধর্ম্মনি। ঙসিদি ধর্ম্মতু কনাম্ভু ঙাক্লদ্রে। ধর্ম্মনা মরায় চায়থরকুবা, অধর্ম্মনা লাকহৎপ্রবা মতমদা অধর্ম্মবু মাঙহন্দুনা ধর্ম্মগী মউ লিংননবা ঈশ্বরনা মীগী শাইয়োন লৌতুনা মীরয়েন্দা লাকই! বীধুনা খল্লকই ঙশেংনা ধর্ম্মগী মউসিবু লিংখিগদ্রা অধর্ম্মদি ফনা খুমাঙ চাউশিনদ্রে। শম্বন্না হরাই মতোন চারে মুপীবু ইকাই খুম্নরক্কে, ৱাকৎ-কম পুম্বা খুৎথারে, মন্দির লাইশঙ কয়াদা ঈশ্বরগী মুর্ত্তি লাৎলক্কে, অহিংবা মীনা চোংথোক্কনা ঐ লাইনি লাৎলরাও হায়না শন্দোক্রি ময়ামম্ভু য়ানত্নুনা ইরাংনৱি অহিংবা মী অমবু ঈশ্বরনি হায়ত্তনা। লনগী মপু ওইবনা অচৌবা শক্তি ওইনরি, মত্থবু তানবদা ঈজ্জৎ ফাওবা য়োনবদা হলেংবা লৈনদ্রি।

বীধু ৱাথল খন্দুনা তুমিন্না লৈবা য়াশিল্লক্কে। মপান্দা কৌৱিবত্থ য়াম্না তোয়শিল্লকপগুম তৌৱি। ঙসাইনম্ভু থোঙ হাংহৌদা হৌজিক হাংলুৱবদি ইকাইসিরা খঙ্গানত্নুনা লৈরিভৈদা লম্পাক্কী থাবল চোংবদো লোইশিনদ্রে। লাঙঙমদ্ধ খংচীক চীকই। লৈৱক মন্থংসি থাবল চোংলুবা

কাংবু হন্নখিবগী ইনিন নিল্লি। মপান্দা কৌরবতুসু লেপত্রে কোম্থোং লোমদা বীধুগী মচাশিং খাবলচোংবা চংখিবত্ত হজিল্লকপা মখোল তারকই। মপান্দগী কৌরকই মচান্নুপী অহনগী মখোলনি, বাবা বাবা মপান্দ নিপা অমা বাবা হংইয়ে।

বীধু রাখল অমত্তমক খল্লকই, ইসঃ ইচা লৈশাবী ফারেনা খন্নবা তৌদনা থোঙ খংহাং হাংতুনা মপান্দা ফন চোংথোরকই মুপী অঙাং-শিং ইমুংদা চত্তনত্রে। ঙসাহুদগী নমশিল্লম্বা নিপা ওইবগী থৌনা লিং-জেলত্ত হন্দক্তি মুংদগী ফুদোরকপগুম তৌই। মহাক শেম শাত্রে হায়নিংবা হায়রকসন্নু মায়োক্নরগে।

অমহদা লেপ্লিবা নিপাদো মশক উদে, মৈ লাক্তবনিনা। লালটেনগী মঙান্দা মপুংফানা উবা ফংদবা মশক্ত চহী কুনমঙামুক্কী অঙাংনি মখুৎতা পোৎয়াম অমসু পায়রি। অঙাংতুনা হায়রকই, কাকা ঐ ঙসাদগী কৌরিবনি কনামফাওবা তাদ্রে, ঐ চেংগৈগী খন্নগী মচানি।

হা! চেংগৈগী খম্বা ঐগী মরুপ্পিনা বীধুনা খল্লকই খন্নগী মচানা খাবল চোংবা য়াওদমখৈ অহিংসিদা কৌররিবনা কৈদৌরবা। মতমসিগী ইনখৎলকপা নিপামচা কয়া ময়ুম থাদোক্তুনা উমং রামংদা লেনবা কয়াতুগী মরক্তা খন্নগী মচাসু য়াওরবজাৎলা, করি হায়নিংবজাৎনো।

অঙাংতুনা হায়রকই, ঐ কাকাগীদা নত্রবদি চত্তজকম খঙদ্রতুনা চঙলকপনি, খুদোং চাদবা অমা থোক্লে।

বীধুনা হংই, কৈদৌরবা?

কাকা ঐ ওক্টো চেনবনি। ওক্টো টায়ার মুংশিং তারে ফোং-ফমসু লৈত্রে অত্তদা ঙসি কাকাগীদা খরা ইনশিল্লমগে হয়েং নোং ঙাল্লগা ফোংলগে তৌবনি।

বীধুনা পন্থদনা হায়দোকখি, লাওনে ইচাসিদি থন্নরাওনা ইপা লৈরিবসিদি।

অঙাংতু কোম্বোংদা খাম্লিবা ওটোবিক্লোতু ইনশিনবা থোকখ্রে। বীধু মথন্তা ইকাইজরকপগা মুংঙাইতবা অমগা পুল্লমই। ঙসাইনা থোঙ হাংতুনা গাড়ীতু ইনশিলহল্লম্লবদি ওম্বোক্লা লৈবাকমচা তারমংগদবনি।

গাড়ীতু সুমাঙ তানা ইনশিল্লম্লগা চৎলগে হায়রনা চৎপা হৌরে। বীধুনা অতুক হায়ফম থোকই হায়তুনা হায়রুই, ইবুঙো থেঙরে চৎথন্নু লেকখ্রোদনা।

অঙাংতুনা কাকা য়ুমদা মুংশা থীরমগনি ঐ চৎচগ্রগে হায়রম্লগা পন্থদনা কোম্বোংলোমদা থোকখিরমই। ময়াম্না থাবল চোংবা মতমতুদা মাদি গাড়ী চেল্লি মুংঙাইবহুম্ন য়াওদে। অথেঙবা অহিং ঙইরবম্ন ময়ুম হল্লিনগনি হায়বা খঙই। বীধু থোকখ্রিবা অঙাংতুদা য়েংতুনা ঙাইহাক লেপ্পী।

অতোপ্পা থাবল চোংফমদদি লাওরি, থৌরিগী মপান্দা কোয়বীয়ো, নিপা অনিগী মরক্তা মুপী অমমমতমক পায়বিয়ো।

# শীনবু হৈরবদি ইথোক্তা থোকই

অঙনবা অয়ুকসিদা থবক ইনথাং খরা শুক্রিইঙসিদা কোঙ্গোং-লোমদগী পাথং অমগা লৈশাবী অমগা প্রপ প্রপ চঙলক্তুনা কপ্পিমত্তা হাররমদনা ইমুংদা চঙখ্রে। তৌরিবা মতৌদু করিনো হায়দুনা ইন্নদুনা ইমুংদা চঙলকপবু মুপী অদুদি ঐবু উবদা ওথোংনা কপথোকথিরমই।

ইমুংগী মুপী অঙাংশিং পুম্না লোয়না চেনশিন্নরক্লে। জ্ঞান অমত্তা তাদনা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরুবদগী ঐ নিংশিংলক্লে মুপীমচাসি। ঐনা হংলমই, হৈ কেরোলীন কৈদৌরে?

লেপ্লিবা নিপাদু ফম্নবা হায়রগা ঐনা হংলমই, হৈ! কৈনো ঐনা হংলিবসি খুমউনে।

মুপীদুদি হেন্নদুম কপখৎলকই!

কেরোলীন এংলো ইন্দিয়ান লৈশাবী অমনি, মকম্নসিদা পোক্লুনা চাওবনি! মাগী মপা গ্রেগোরি অমদি মমা পেগোটি মখোয়না লিংখৎচবা স্কুল অমগী ওঝা ওাক্তনি। এংলো ইন্দিয়ান ওইজরবসু মৈতৈ খুল্লক্তা মৈতৈ চৎনলোনচৎতা লমদমসিদা চাওজরকপা কেরোলীন মপুং মরৈ ফারক্লুম্না ওসিদি মপা মমানা লিংখৎপা স্কুলসিদা ওঝা ওইজরবনি। অতোপ্পা স্কুল অমদা ওঝা ওইজরিবা মোরিস হায়বা নিপা অমগা রা লেপ্নদুনা ওসিমক মুংদাং সেণ্ট্রেল চার্চতা লুহোংবগী থৌরম হোলি মেরিএজ অমা পাওথোক্লুনা লুহোংগনি হায়দুনা তৌ-রিবনি। অদুগা লুহোংগদবা মুমিংসিদা ওস্তানা লাক্লুনা কপ্পরিব-লিনা করিনো জ্ঞানবু অমত্তা তাদ্রে।

ঐনা কল্লপ্না হায়রমই, হৈ মীনা হংইসি খুমউনে।

কপ্পত্থ্ ফাক্লিল্লগা মৈতৈলোন্দা ইখোই খোইদনা খুম্লকই, অঙ্কল, ডেডিনা ঐখোয়গী লুহোংবসি য়ারোই হায়দুনা পিংলে, ঐ শিখিবনা ফরে।

করি লুহোংবা থিংজে, কৈদৌবগী মী লাক্লগদবদি কুইদ্রবসিদবো।

মমাযত্থ্ লুকখরতুনা কেরোলীন্না খুম্মই, ঐনা নিপাসিদগী মস্থলী সেলরি টু হন্দ্রেদ ফিফটি হেল্লি অদুনা মচান্নুপীনা ইনকম হেনবা নিপাদা মেরিয়েজ তৌবা য়ারোই হায়দুনা ভরাং সুংদাং হায়রক্লিবা।

অমুক্তা য়াওকদ্রিবা এংলো ইণ্ডিয়ানশিংগী লুহোংবা অমা ফনদুম য়েংনীংলুই। অনরোমদা মপাগা খৎনক্নবসিদদি শোয়দনা মচৎলগে হাযদুনা করি ফীক্তোনবু শেংসিবা পুময়াৎ কৈক্তোম্না ফরিব্রা নত্রগা স্মুট টাই ওইনা ভৌবনা চুমগদ্রো খল্লুনা লৈরম্বত্তা ভায়রি লুহোংবা তোকপা ভারে হায়রিবসিদি ফাগীদুম মাল্লে।

কেরোলীনদি মধা ভানা কপ্পা ভৌগে। মাগী মতৌসিদগী খঙই মাগা লোয়নরকইবা নিপা সিমক্কি মপা লুহোংবগী লেপ্পরিবা মোরিস হায়রিবসে। মখোয়গীসে মৈতৈগীরোমদা হায়বা ভারগনা চেল্লকইবা হায়বদুনি ঐগীদা থৈফম ওইরবগী য়ানি। মৈতৈগীদা ওইরগনা নিপানা মাগা য়াম্না নরুবা ইমুংদা স্থপী থৈফম ওই। ভসিগীসিনা মুপীনা নিপা পুদুনা চেল্লরগা নিপা থৈফম থিবা লাকপা ওইনা ভৌই।

ভসাইমখৈ নিপাসিদি চৌক্রি অমদা মম্নায় লুকথদুনা ফল্লি। মা মৈতৈরোনস্থ খোক্তবগুম ভৌই। মমা মপাস্থ লৈত্রবা খঙনবা ফয়ানা কৌখোক্তুনা ওঝা ওইহনবা জাৎনি। মথক্তা হোৎনজদুনা সনা কৈথেন্দা ইংখোল মচেৎ অমা লৈজদুনা য়ুম মচা অমা ফাওবদি লৈজরবা জাৎনি, মরমস্থ ওক্লা উই। মাদি চোংথোরক্তুনা ইচঙ ইখো থোরক্তে ফুম্বং নদুনা লৈ কেরোলীন্দি ইমুংগী মুপী অঙাংশিংনা মনুংদা পুশিনখিদুনা চাকথুমদা ইঞ্জাং শেম্বা য়াওগ্রে

হৌজিকপু গ্রেগোরিগীদা মুপী চেনবা হায়দোকপা চৎপা ত্তারি। মৈতৈগী চৎনবী মুপী হায়দোকপদি শাস্ত্র খঙবা বামান অমকা হেক হেক য়াওনবনি। ঙসিদি খৃষ্টান চৎপা কাওবুগী হায়দোকপা চৎপা ত্তারনিনা খৃষ্টান লাইনীং চৎচবা লোখোন হেক নীংশিংই। কুইনা লৈকাইদা ত্তাড়াদা লৈবদগী লৈকাইমচা ওল্লবনি।

লোখোন লৈকাইমচা ফনা ওল্লবসু লাইনীং লপদা ত্তোঙানবা ওইরবনা মাবু লৈকাইগী ধর্ম কর্মদা ইচীংত্তা চীংথলিবদগী ব্রারোহনবু লৈহঙই। হন্দক্কি মুপী হায়দোকপা চৎপসিদি মাদি লৈকাইনা লৌ-খৎপিবা ওইনা থোক্তুনা ওস্থোক্লা হরাওনা য়ারকয়ে।

অসক্কী অঙনবা সুংশিংনা য়ৈবদা হৌখিবা মুমিংকি অব্রা অনা কয়াদা কুম্বংনরুবা কয়া লৈয়ক মসুংগী হোটেল অমদা চা গ্লাস অমগা ত্তল অমগা চানরহুনা অব্রা অনা কয়া নোকথোকখিবা মেওলবা মুমিংকি মঙাল অমসু শন্দোররুপা মত্তমতদা মিষ্টর গ্রেগোরিগী ইমুংহুদি মোর্নিং টিগী ব্রাকমকা লোইনা কাওথোকহুনা ময়াম পুমমক তুম্পক তুম্পক লেপ্তুনা উংহুনা লৈনরমই। মহাক চাওরবা সিগার অমা চিংলহুনা হিদাক মনা চাকপগী মৈথনা হায়বা কা অহুদা লৈরিবা ময়ামহুগী মঙুংদা উংবা য়াওরি! ঐগা লোথোনগা চঙলকপা উবদা মমীং ময়াম-হুনা চঙরুনা য়েংশিল্লকই।

ময়ামহুগী মরক্তুগী ব্রাজরবী মমাহুদা ওইনা ওনশিল্লুনা হেলো মিসেস পেগোটি গুড মোর্নিং, হায়না হায়রুই।

মিসেস পেগোটিহু ঐবু উবদা কপথোকখিরমই অমসুং কপ্না কপ্না হায়রকই, আই এম রুইন্দ, মাই ডোটর হেজ রেন এরে।

মিষ্টর গ্রেগোরিনা য়াওশিল্লকই, লেট হার গো টু হেল হু কেয়ার্স

ঐথোরগীদমক্তা কম্নবা মোবা থারিবা মিসেস পেগোটিদা হায়রমই, মা ঐগীদা লৈ, মাগা লুহোংগদবা নিপাহুসু য়াওহোই।

ঐনা মথা অমুক তারমই, কবিশীনো নথোয়না লুহোংবগী বার্তোন চৎপ্রগা লুহোংবা য়ারোই হায়না থিংই হায়রিবসে, নাপ চাদবা তৌন্নবে রাশী য়াওদনে মীদি লুহোংবা লাকপদবা ঙাইহাক্তা ঙায়রে।

হী ইজ এ চীত, এ লায়র

করম হায়না ?

শুদবা মৈতৈলোন্দা থুম্নকই, ঐথোয় এংলো ইণ্ডিয়ান কম্যুনিতিদি লুহোংবা তারবদি নিপানা মুপীতুদগী ইনকম তেন্দবা য়াদে মোরিস হায়রিব। নিপাসি ঐগী ইচামুপীনা সেলপ্রিদা মঙোন্দগী টু হন্ড্রেদ ফিফটি রুপিজ হেল্লি! ইচামুপীনা ইনকম হেনবা মঙোন্দা ঐনা ইচামুপী পীক্লবদি ঐগী কম্যুনিতিনা ঐবু কর্জ তৌগনি। ঐ মতু টৌলরেট তৌবা ঙম্মোই।

য়াম্না লুরিবা রাফম্নি মাগী কম্যুনিতিগী চৎনবীতু মাসু ঙাকচবা পাম্নবনি, অতু ওইরবদি লীনসু শিবা চৈশুসু তেকহৌদবা করি উপাই লৈরি। মপানা পাম্বসু ফংবা অঙাংদসু মযুম মকৈ পাঞ্জহৌবা করম হায়না শীনবা য়ানি। লুপা চনিয়াঙ্খোগীদমক্তা মুমিৎ লেপ্পতুনা বার্তোন চৎপ্রবা লুহোংবা অমা কায়বা তারবনে। রেজিষ্টার তৌরগা হোঙ-দোকপিবসু য়াদি য়াবনি অতুবু মপা মচা লমদমসিদা তরক তরক লৈজবসিদা মুংঙাইনদবা তৌদনা নিংথিজনা মযুম মকৈ পাঞ্জরবদি কৈ।

ঐনা লাওথোক্লমই, লুহোংবা কায়বা য়ারোই। মোরিসসিকী পে রিভাইস তৌহন্দুনা কেবোলীন্দগী হেন্না সেলপ্রি ফংবগী ওর্ডর অমা ওসি মুংথিল ফাওবদা উৎকনি। গ্রেগোরিসু থুম্নকই, মতু ওই-রবতদা মাগী লুহোংবতু অয়াবা পীবা ঙমগনি। পেগোটিদা লুহোংনবা শেম শারম্নবা হায়রম্রে।

পুংদি তরা তাশিল্লক্রে।

পত্থদনা সেন্ট এন্তনগু স্কুল হায়বা মোরিস হ.য়বা নিপা অসিনা ওবা ওইরি হায়রিবা স্কুলদু তম্না চৎলমই। স্কুলহুদি কদাংবন কৈখেলদগী চাওরাক্লা মিটর তৱাম্বরি মঙা চৎলগা লৈবা ওইরম্মে।

পংকুই কুইদনা স্কুল অত্তুদি য়োরে। হেক য়োবগা থঙলে স্কুল অদুদি মেত্রিক পরিক্ষা সেন্তর তারি হায়দুনা মী অমত্তা চঙহন্দবা পুলিসনসু চেংনা ঙাকপা মফম অমা ওইরম্মে। স্কুলগী অকোয়বদু মপান্দগী নোট লংশিন্নবা মীতনা ফীঙৌ ফোংগ্রে। লোখোনগা ঐগনা প্রীন্সিপালদু অমুক্তা উংনগে হাযদুনা চঙননবা ফনা কম্না ঙাঙনৈ অদুবু অয়ুক্কি পরিক্ষাদু লোইদ্রিমখৈ য়ারোই হায়না হারারে।

পুং অমা মথায়মুক্তি ঙাইবা তারি মালে হায়দুনা করিনো খরা লৈদুনা চাশিন্নবা খন্নরিঙৈদা পুলিসকি গাড়ী ময়াম অমা লাক্লনা নোট লংশিনবা কাংবু তানথায়রমই। ময়াম কায়দুনা চেন্নরে লোংখোনগা ঐগদা ঙায়হৌরে। ঐখোয়বু চেনবা . নংহৌদবা কাংবুনি হায়না লৌগ্রমালে নমদুনা পুলিসকি গাড়ী মথক্তা হোইগৎলমই।

পুলিস থরনা করেম্নত্বনা হায়রকই, নখোয় অহলশিংসিনি থীনগদবনি নখোয়না নচাদি লাইব্রিক পাহনগে লৈত্তদুনা নোট লংশিন্নগা পরিক্ষা থাহনগনি খনবা শারিয়ে শক্তা মক্না তুমিন অঙাং হেক মান্নদুনা।

থুম্নবা য়াম্না লুয়ে, পুলিসশিংদু রা অমত্তা ঙাঙনবা য়ারোইদৌরে। মখোয়না লোখোনগা ঐগা পরিক্ষা থাবশিংগী মপানি হায়না খনগ্রে। ঙাইহাক লৈরগা অতোপ্পা কারকপা মী নিফুমুক্তা পুম্ন পুমদুনা গাড়ীদু চৎপা হৌরে। রাথল খন খন্দুনা চৎলি, কেয়োলৌনগী লুহোংবনা কমদৌবা, করে থোক্লবা লাক্লনি।

পংকুই কুইনা চৎত্রি গাড়ীদু থাম্নমই অদুগা ঐখোয় লোইনা কুপথহল্লমই। চীংমা অমানি মহুদা ঐখোয় ময়াম থাদোক্লগা থবীয়ম্নগা গাড়ীদু থোগ্রে। উচিন মাপচিন্না নানদি নান্থোকহোরে। অদুবু, মিষ্টর

প্রেপোরিদা হায়রম্বা ব্রাকমহুদি ঙাকপা ঙমদনা চাং ত্তাহুনা ত্তোকপা ত্তাররা। কোকসি ঙাওখৎলকই অতুগীসু মথক্তা মুংশানুগা শাগৎ-লকপগা পুকসিদা বক্স অমত্তা ত্তারক্তবগা ঙাওবগী মথক্তা চীকপা অমগসু হাপকৎলকই অমরামদা মহৈশাগী ঐগী লৈজবা লমহুন মুংশিং অসি কাঙলকপগুম তৌই। ওইথংবা খুনীংথোদা ভিন থাক্লগা খোয়-দোদা কাথবহুনা মযাম ত্তমলোমদা কুমথনবহুদা ঐগা লোখোনগসু য়াওরি।

ঐনা লোখোন্দা হায়রমই, ইবুঙো ঙসি ইচীন ইনাওনা তৌরি সিবু ওহোকপা হায়বহু ওইরেদকো ইজ্জংকা পুম্মাঙ হেক মাঙবা হায়বহু ওইরে ঐগীদি লায়রি ইনাওগী খনবদা ইয়াম্ববু মুংঙাইত্রেদা।

লোখোল্লা খুমকই, ভাদা ঈশ্বরনা শীনবা পুম্বা মীয়ামগী য়াইফনবা ঙাক্তনি নীংজমবিগমু মনাও ত্তুং ইঞ্জগে।

অচীকপা মফমহুদা 'চীলত্রেন হোম' হায়না মিং থোনবা অঙাং-শিংগী বোর্ডিং স্কুল অমা লৈরম্লে। অঙাংশিং থরসু চেন্দুনা শাম্রবা উই। স্কুলহুগী মিংহু ত্তাম্রে। অহুঙৈদা থঙনখিবা মীতৈ ইবোমচা হায়না থঙনবা মীওই অমনা লিংথংলি হায়বা স্কুলহু ওইরমগদবা মাল্লি। অমা থঙদে অমা খঙদে অমুক্তংদি উয়খোকউবা চুমই খন্দুনা চঙলুববু খল্লবহুমক হেক থোক্রে মৈতৈ ইবোমচা হেক ওইরমে।

ঐবু উবদা পাখৌ কদোমদগীনো খোঙদোই হুনখিরকপরো হায়হুনা অশেংবা মৈতৈ মরেকনা ত্রং ত্রং থীথবা হৌরকই। ঐখোয়বু লম্পাক মচিদা লৈরিবা মাগী লৈননবা শঙলেন অহুদা কৌশিন্দুনা মাজোন্দা ফক অমা থারহুনা ফমহল্লি। ইংখোল্দা পানবদি হায়হুনা অরাওবী খোক্তহুনা লাংতোন অমদা হাক্তুনা পুখোমকপহু পল্লবা চাশিন্নে। পুকসু খোৎপা হৌকরবনি মহুদা অরাথবী মচেৎ অমত্তং তাবহুদি লোয়না ঙনীং চনাঙ শয়রমদবহু থরা হেক লাকথবগুম তৌই।

করিনে। ঐথোয়না তৌরিবসিবো করি য়ানো হৌদোক্লদৌরিবসে। পুংস্থু মুমিং মুবা মতুং অমা তাপ্রে, অসোমদনা কমদৌরমগদা। অশুম্ শঙ্খানহুনা লৈরিঙৈদা কামেন্দা থারিবা ফক অহুদা ফমথরগা মীতৈ ইংরোমচানা ওাঙবা চৌরকই, পাথো, ঐনা ইনাং য়োকখংনবা লিংলুবা স্কুলসিদা ইংলিস তম্বীদে চায়হুনা অঙাং কয়া অমা মমা মপানা লৌ-থোকখ্রে। ঐশু মদ্রাজ, কেরলাবোমদগী মীওই অমত্তা ইংলিস তম্বীনবা কৌববু অমত্তা লাকপিদহুনা অঙাং মশীং য়াম্না হস্থরে।

মহাক্লা মথা অমুক তারকই পাথোখোয়স্থু ইংলিসকা তাকপা হৈবা মশক্তি যাম্না থীবা মপাল্লোমগী কাংবু অমত্তা পীয়ুনে ওবা হাপকেনে। মপাল্লোমগী মীকা য়াওদ্রবদি স্কুলসি মীনা ইতান তাম্নদেনে।

লোথোম্না নোক্লিংউরমালে হংলকই, ওঝাবু ইংলিসকি ওঝা মশক থীবা ওইবগী কান্নবা করিনো?

হেয়া! ঐগীসি ওঝা মুপী য়াম্না য়াওরি অহুনা শকমুহেনবা ইংলিসমু হৈবা অমা হাপ্ন্রবদি মুপী অঙাং ওাওরকনি হায়হুনা ত্তৌবনিদা।

রাখল অমা ফুং ফাওরকই মসিদা মোরিস হায়ব। অঙাংসি ওইনা হাঙ্গীরবদি কমদোই অহুগা মাগী থাগী তমবতু কেয়োলীন্দগী হেনবা ওর্ডর অমা পুহুনা চংপা ওরবদি লিনমু শিয়ে চৈথমু তেকহৌজে।

তমবতি কয়া পীনি? ঐনা হংলমই।

অতৈ স্কুলদা পীনম্নিবসি চনিপান লিশিং মুক্তনি ঐ লিশিং অমগা চামঙা কাওবা পীগেনে মরম ওকপা ওবা অমত্তা পীয়ুনে।

ঐনা খুম্নমই, লৈয়ে পাথোনা পাম্বা মশক থীবা ইংলিস হৈবা নিপা হায়বদো, হৌজিক হৌজিক সেত্ত এডমন্দা পুজরিবনি মহুদা কম থাদোকহল্লগা হয়েংমক সিদা হেক্তা থবক পুহনগে ওর্ডর অমা হৌজিকমক থোকও।

চিলত্রেন হোমগী ইংলিস তম্বীনবা ওবা অমা ওইনা খুদক্তা ওর্ডর অমা থোক্ত্রা মোরিস হৌজিক কেয়োলীন্দগী লুপা চহম য়াথে

হেন্না তসব চাবা নিপা অমা ওল্লে হয়েংমক মশা পুহুনা থবক পুবা হৌহল্লগে হায়রম্লগা পম্বদনা ঐখোয় য়ুম য়োরক্লমই।

কেয়োলীন অমদি মখোয়না পুজরকপা অভৌবা ফ্রোক অমদি সুট অমুবা শেংকৎপা হৌব্রে ! মুপী অঙাংশিংদা মখোয়বু সেণ্ট্রেল চার্চ তানা পুরক্লবা হায়রম্লগা লোখোন পুহুনা ঐ লুহোংকম য়োরমই।

মোরিসনা কেয়োলীন্দগী তসব হেনবা ওর্ডরহু উবদা গ্রেগোরিস্মু ব্লেক সুট সিল্ক টাই অমদি হেট অমা উপচরহুনা পেগোটিনা রোস টিত রঙগী ফ্রোক অহুগা মকোক্তা বোন্নেট কেপ অমা উপ্লহুনা হয়াও মোমোন নোকচল্লে।

লুহোংবহু পাঙথোকপিনবগীদমক্তা লোখোন মশামক্তা পাষ্টর অমা ওইরুবনা পাদ্রিগী ফমদা লেপখ্রে। বর কন্যা অনিমকস্ু থুংলরে। লোখোয়া লাওথোকখ্রে, "ইন ডি নেম ওফ আৱার লোর্ড, আই ডিক্লেয়ার মোরিস এণ্ড কেয়োলীন টু বি মেন এণ্ড ৱাইফ"। ময়াম পুম্নমক হৌরে! হায়না লাওহুনা স্বিতজালেন্দগী চেনবা কেক অমদি ৱাইন অহু থক্তনা হয়াও মথোই কানখ্রে।

হৌজিক্তদা খনবা হৌরকই, লোখোনগা ঐগদি অয়ুকী চাকস্ু চাত্রিদো কনানস্ু হংবিদে ঐখোয় ইশাতনি খঙজবা।

# লৈহাও লৈরেন থিবদা

ইস্তাগী তরামরিনি পানবা মুমিংসিমক চম্পক চতুর্দশীনি মুমিং সিমক্তনি কৌরব পাণ্ডব মচীন মনাও চাম্মগা মঙাগা ইমুংঙাল্লকপদা মহাদেবদা লৈহাও কংখিবা মুমিং অদো। মচীন মনাও চাম্মগীদি মরল লৈবনা সনা অহিংবনা য়ৈত্তুনা সনাগী লৈহাও শাহল্লি মুংশিববা খুংশেমগী লৈনম চাইশিন্দুনা লৈনম অমম্মু হাপচিল্লি! অত্তুবু, নংজরবম্মু মচীন মনাও মঙাগীদি ঈশ্বরগী থৌজাল লৈবনা স্বর্গগী নন্দন কাননদগী সনাগী লৈহাও লৈরেন্দুমক হেক্তুনা কংখিবদা মহাদেবনা পেনবিখিবা য়াব্রিহুনি।

অম্মুক লুরবা য়ারীবু কনাদগীবু থঙউগদবনো ইমা লুকমনীনা লীখিবনি! মুমিং অত্তুম্মু হায়েং তাব্রি। ঐদি লৈহাও লৈরেন কং-হনগে হায়তুনা মঙোন্দা হায়দোক্লুরে। ঙরাং মুমিং চুপ্পা অমা চং-পমথৈ চংলুরগা থিবা ফংদনা হল্লকই। কদায়দগী ফংগদবনো খনফম খঙত্রে। তৌববুদি ফংত্রে হায়না হায়দোক্লুবম্মু য়ারবনি। অত্তুবু, ঙশেংনা ফংত্ৰবরা কম্না খিনিংবা ফাওরকই। ঙমত্তুনা অমত্তংগা ফংহনবদা মানা হরাওগদবত্তু ঐ য়াম্না য়েংনিংলুরে। মম্মদি মা মশামক্তি লুপ্রাবী কুন্তীত্তুনি হায়না মথন্তা খন্দোকচত্তুনা মচাদা মচানি খনবা ঐঙোন্দা লৈ খিরুনবা য়াথং তাওথরক্লিবনি। অহল ওইরবী ইমা লুকমনী লুপ্রাবীনি। মচা নিপা মরিম্মু লৈরিবনি। অত্তুবু, মা মথন্তা তোঙাম্না চাবীনি। শিনফমদম্মু ঙরু তবানবা মাগী মপাম লম্বদমদগী হৈরকপা শিনফম অরু অহেনবা কি শ্বূবা চনাং থাবা লুহোং লৈহোঙবা চৎকদবা লৈশাবী মৌ কয়াগী অকেবা ফিজোল শ্বূবদা মাগী শেম্হোক অত্তুম চৎনবা য়াম্না ফংই। মিপান্তাংদনা হিংজবী লাইনীংবীনি। অশংবা মতম খরদি

লৈগু থাহনা মহ্ ঈশিং চাইহনা শাৎস্নগী লৈ পাবং লেংহনা লাই-শওদা চংহনস্ লেংখ্রোকই। মাগী অপাম্বহ্ মচাশিংনা কয়া রা ওইনা লৌবিদে অহুবু মাম্ব মীওেন্দা পংযেং যেংগত মরক মবক্তা ঐনা পাংতগী খম্বালক হেক হেক হেক্রনা পুবক্লগা পীবিবদা মানা পেঙ্গর-হনা মওান্দা থুংলকপা ল ইগী বালভুক শরক হেক হেক থুংলকই। ওরাং মুমিং চুপ্পা অমা মানা পামই হাযহনা লৈহাও লৈরেন খিকবদা কংদনা হল্লকই। কংহনগদবদি হযেংনি চম্পক চতুদ্দশীদা নোং হেক ওাল্লকপদা মহাদেবদা কংননবনি।

কংদবা য়াদে হায়বা অওন তানবা রাখল অমা কয়া কাওলকই। নোংচুপ চীংশাং ওাপ্রম চীংজিনগী অশুকপা লৈহাও উমং অমা লৈ-খিবনি মহুদা চংলগেকো হাযবা রাখলসিনি। মফমহুদা কালেন ইওা থাদা উজাওশিংহুদা শাংপা লৈহাও লৈরেনগী মেওলবা লৈনম্না মুং-শিংকা ইরোইননা তম ল মদা হুমথবকখিবদা মুংওনগনবা কযাদি হায-দোক্লবা কোংদে কবা র রীগী মশীংওনি হাপকংখিবা।

অওনবা অমুক্সী থাবা বস অহু ফাবা নংহোনবা চংপা হৌরি লৈহাও লৈরেন খিবনি।

মতাং কয়াদা ইমা লুকমনীগা ঐগা মরৈ য়েংনবা য়াওরে মানা নীংইবা তাইবওবু শেম্বিবা মাওহনবা ওম্বা মগুহুগী মপোংমক্লনি লেওকি প্নাম্নিবা পুম্বা। অহুনা ঈশ্বরগী মপোং অহুম ওইহনা লৈজবুব লৈবু হেক্রনা লাইহুদা অমুক কংশিনবা হায়বসি অার্থ লৈওবা রাফম্নি হায়না হায়রুই।

মানা খুম্নকই, ইবুঙো চুমদি চুমই অহুবু, ফজরবা লৈ অমা উরুবদা লৈহুগী ফজবা মগুন্দুনা চিংহন, লাইগী মনাক্তা নক্লিংবা অমা পোকহনবা ওম্বনিনা লৈ হেক্রনা লাইদা কংপদা মহে অহুম মংফম্ন থোকই।

লাইরিক হৈওবী ইমা লুকমনীস্ ধর্ম তন্দি অহুম অরাংই। চংমা চংনা খল্লি হৌজিকপু লৈহাও লৈরেনসিবু হুকং হেক কংলরোইদবা

অাৎলাঙে। লৈহাও লৈরেনগী মরুমদা কাওনগ্রবা য়াকম কয়া লোৎতুনা লৈ। অাঙৌ লৈকোনগী লৈহাও লৈরেন "শক্তিবুদা শাৎপা লৈহাও লৈরেন্দি অচম্বা লৈহাও নত্তে য়েন্দাইদা হাপত্রবস্থু থম্মোইদা থম্বা য়াই" অসিগুম্বা পুক্কিং মুংওনবা য়াহৈ কয়া। নম্রগা নিংথিজবা কুচু থাবদা লৈহাও লৈরেন কুচুগুমই হায়নমু থানৈ। ঙসিদি লৈহাও লৈরেন কনানমু ঈথি থিথিরক্নে, মৈগী কুচু মাল্লি হায়না থোনবা অগনি লৈহাওমু য়াওগ্রে। অচুগী মহুৎতা অঙৌবা মচুগী অথেল লৈহাওনা মফমচু কন শনখে।

শঙাইথেল কাচিথুল লোমদা চেনবা বস অমা থাকমচুদগী কাচুনা উচিন নাচিন্না কমকম অমদি ফংলচুনা থাক্ষম মকম অনি অচুম লাপ্পেংতুনা বস অদু য়াওদা চঙশিনবা তৌরে মীমু কনা চিনখৎনরক্রে। চিনগ্রবা বস মলুংসিদা মুংশিং হৈনদে হায়চুনা থোঙনাও পুম্বা লোইনা থিংজিন্নরকই অচুগা চুরুপ বেরী ময়াম অমা চমথৎনরক্তুনা হিদাক মনা চাকপগী মৈথু অমদি মীনিন্না ইনিব নিলহল্লবচুগী মথক্তা ড্রাইভরগী মনাক্তগী ইঞ্জিনলোমদগী থোরকপা ডিজেল থাওগী মনমচুগা কোক ঙাওয়োইদবা মী অমত্তা য়াওদে, ঐমু অচুমঙায়।

বস মলুংদগী থাওবা য়ারবা ফিভমচুদা মুম লেল্লমদগী য়া অমা থংনীং নীংশিংলকই। ঙসাই গাড়ী ঙাইরিডৈদা অঙনবা কৈথেলদগী লৈরকপা কেতুকি লৈ অমা লানা য়োমচুনা থাওদা হাপথিবনি।

অয়ুক অঙনবদা লৈয়োনবী থরমু কায়। ঐদি লৈহাও লৈরেন পুরকপা ঙমগদ্রা হংগে হায়চুনা হংলুবনি লৈয়োনবীচুনা থুম্নকই, ইবুঙো লৈহাও লৈরেন কাচুদি মমা শিজনা লৈশাখিডৈ বানি, থৌ তৌগে হায়রফাওবা কংলরোই।

অচুবু মনম অমা ফাওরকই। ঐনা অমুক্তং মনমচু নাতোন্দা চিংশিল্লগা হায়দোকখি ইসঃ কেতুকী নত্রা ?

ঙৈয়োনবীতুনা ঙৈশক থডনা হংবদুনা হৱাওজরতুনা লানা য়োম্থ- তুনা থম্লিবা' কেতুকি চরোংতু পুথোরকই। মতম অমদা চার্লি সেন্ট, ডিওডোরান্ট লেভেন্দর, ওডি কোলোন, ওডোনীলনচিংবা খুংশেমগী মনম নুংশিবা মহী কয়া মকমসিদা য়ৌনরক্তি ঙৈদা কিগী তাবুনুংদা কেতুকি অমকা হাপখ্রবদি লোয়নন। মচল শুরবা চেংহী মথান হাপ্তুনা ফুংলবা চেংহী লুক্তবগা তাবুনুংগী ফিতু ইন্দুনা হিয়াংথাং বোর লাই খুরুম্বা লাক্লবদা ইনখংলকপা নহা কনা অমগী মুংদা কাওরকপা ইথীল কবি কয়ানা থাবা ওমুখিদ্রবনি।

মমল্দি কয়ানো।

মচা অমমম শেংতুনা লুপা তবেং তবেংতা য়োন্দোবিবনি। মমল কাতু ইত্তাও ওাওনদনা চরোংতুদগী মচা অমথক থেক্তুনা লা অমদা হাপ্লকপতু ঙৈতুনা পোাঙজনা লাকথিবনি ইরমদমগী কাওনপ্রবা ঙৈবাং অমা মী থরদা শকতাকপা ফংলনি থল্লতুনা।

বস মম্নুংতুগী চমোংনরবা হৱা মুংশিং অতু থরমথে শেংদোক- খিবা ওম্বা য়াই থন্দুনা থাও মম্নুংদগী কেতুকি অতু পুথোক্লমই।

কল্লবা ঙৈনম্লি হিদাক মনা চাকপা মনম অমদি ডিজেল থাও মনমতু নমহংতুনা কেতুকিগী ঙৈনমতু য়েল্লক্লমই।

ঐনা ফম্লিবা ফম্কমতুগী মনীংদা অনিফম্বী ফম্ফম অমদা ফম্লিবী ঙৈশাবী অনিথক্লা উঃ হায়তুনা মনাতোন মেল্লমই হৈনদবা উৎলতুনা অতুগা ঐ তানবা হায়রক্লমই, চুরুপ বেরী মনম থরা হৈনদতুনা ঙৈরিঙৈ- সিদা থৈনি অমুক পুথোক্লয়ক্লমালে, মীগী থরা য়েংবসু ফৈকো।

ঐদি থৈনি পায়রুদবনা কনাদনো মথোয়না হায়রিবসে হাবতুনা থল্লুই। নাকম্দা তোংলিবা পাথং অমনা ঙৈশাবীশিংতুগী মভেং পাং- লিবা হায়বতু ওইবতাই হায়রক্লমই, ঐঙোম্দা ওনশিন্দুনা, পাবুংবুনি মথোয়না হায়রিবসে থৈনি মনমতু হৈনক্লমালে।

অমুক্তং চঙক্লনা লৈরম্বদগী ঐনা খুবদোকখি, হেন্না ঐবুরাবে কদায়দগী থৈনি।

থংনবা মিকুপ্তা ভাব ভারকই, চুম্নইনহে মখোয়গী কৌটাদা হানবা থৈনি হায়রবত্থু কেতুকি মনম হাটফেং মাম্লেনে। মুদা খক্তনা লৈবা মীনা মেওলবা শজোমগী মহাও লোবা ওম্না হৌনদে অনিমক মনমত্থু মান্নরুবগী রানি অমদি মহৌশাগী ভম্পাক্তা মরু ওইনা মৈতৈ লমদমগী ভদা শাংচবী মরুপ অরিবী কেতুকিনি অমনা ময়াই কাহনবা ওন্না হিদাক মনাদা চাইশিনবা খুংশেমগী মনম্নি।

ঐনা লরুবোই চৈবোই মুপীমচা অনিত্থদা হায়রমই, অঙাওবীশা ঐনা পায়রিবা লৈ নখোয়না থৈনি মনম নমই হায়রিবসি কেতুকি হায়রবত্থুনি নখোয় নমানা পোকচৈগীবু উবা ফংজরব্রানে?

নোক্লপ্নদগী হুপ্পিনবা ওমদনা লৈরিবী অনিত্থদগী ওন্থোরক্তনা ইথস্তা থল্লকই, ময়াইকাবা নিশাগী সংসারসিদা কেতুকিগুম্বী থোংচ নৌজবী লৈরাংকাসে চেম্থরেদো।

বসম্থু শঙাইথেল য়োরে। মত্থদগী কুমথত্থুনা লোঙা কোইরেং খুল ভানা লাক্তনা অঙম্বা লম্বীত্থু কাত্থবা খুলয়ায় য়োরমই। খুলত্থুগী মীচঙ মীথোক মুংঙাইবত্থু লৈরমত্রে থঙনথিবা থোম্নাসম্থু থেংনত্রে, মাঙদা চঙশিল্লমই।

নিপামচা অমদি শীংচনবা চংলিমালে থাঙ অমা ফুংদা মাহুমত্থুনা চংলি। ঐনা থঙনবা হৌরমই, ইভাও ঐসু মংনা চংলিবত্থু থম্না মাওগোনে।

মনা খুম্নকই, নঙ কদায়দা চংকেম্না?

ঙাগ্রুম চৌংজিন কাওবনি, নংসু থঙলমগনি লৈহাও লৈরেন মাম্না ঊৌবদো মাম্না শাংগদো।

মানা খুম্নকই, য়ে লোইমা মাম্থংপ্রবনি উপাক থায়নবা।

ইবুঙো অমত্তা খোঁদ্রবরামে ?

হৌদ্রে মত্তুদা আমি কেম্প শাদ্রে। লৈসু শাংদ্রে লৈহাও মহৈ চাবা উচেকসু লোইনা শাইদ্রে উচেক মকোনসু লোইনা থুগাইখিদ্রে।

ভাইহাক লেপমিল্লরগা খল্লবকই, হৌজিক কারি তৌবা ভাই। সি য়োনা লাক্লবদা লৈহাও লৈরেন অমত্তসু পুদনা হল্লদবানে।

রাকম অমা মিংশিংলকই, সেনম খংবাং খুলগী ক্রুডস খোয়-ঙাওবদংদি য়োশিনবা চুমইনা। অঙাংতুদা হংলমই, সেনম থায়থোং কয়াম রাংলি অঙাংতুনা থুগ্রকই, পুং অমাগুম্বা চৎপনি, সিদগী চৎপদা কানা মখা তারকই, খুন্দু মৈ থাবীতুনা মৈনা চাকপদগী কাছাড় রেড মপান্দা সিকাইগী কেম্প মনাক্তা লোংদোকপ্রে।

হৌজিক ঐগী আশাদি ইরৈ লৈত্রবনি অহবু অঙাংতুদি লোক্লংদা কুবথদ্রে, ইথত্তা ভাররবা ঐ মাঙদা চঙশিল্লমই। সেনম থায়থোংদা ক্রুডসকি লুহোংবদা ঐ চংখি। লুহোংবা মতুংদা অমুক্কা চংখি। ক্রুডসকি চীংগী য়ুমতুদা মিংশেল চনবা উপু অমদা হাপ্লুনা লৈহৌবা লিক্লি অনিগী ময়ুংদা ইশিংদা য়োক্তুনা থম্বা লৈহাও লৈরেন মরাম অমা। ক্রুটসনা হায়খি, মহু মাগী হুগী কিমনা লুহোংলকপদা মপাম্বদগী পুরকপনি। মানা হায়খি মহু মানা চেক্লশিন্না শো লোপ্লুনা থমই কনাসু শোকউ লাকউবা য়াদে। ঐনা খঙনীংতুনা কৌথোকহল্লগা হংখি, কিম লৈহাও-শিংসিদি কয়াম কুইরে নংনা য়োক্লিবা ?

মানা খুমকই, ইঃ কদায় ঐ লৈশা কাওবা ক্লাব্রি।

মখুৎতু লৈবাক্তগী ফুট অনিমুক রাংনা থাদৎতুনা ভগ্লগা হায়রকই, অমুক চাওবা মতমদনে ঐথোয়গী চীং কোম্লেনদগী হেক্লথিবনি, ঐনা। মখুমু হাংদোক্লবুদি, পৎখিনি, অহুনা কনাসু পায়বা য়াদে।

ঐনা লরুতুনা হায়খি, করিগুম্বা ক্রুটসসি লায়বদা মলিগী মচীগী থগ্লগা কগনি হায়রক্লাওবদা নঙ মখুম হাংদোক্লরালে ?

মানা নোল্লুপা মচুক্ নোংমই হাংলোই হায়দুনা।

ঐনা অমুক্কা হংখি, ফবেনে অদো তমদা লৈবা নবুং ঐ নাবা ওইরবদি ?

মা নোক্তুমক নোকখি।

ফরে অরোইবা তাশা অমনি কাংখোং চাইরবা খুলত্তু তোং-দোক্তুনা লৈরমগদবত্ত বমদোবা। পুক্লিংদদি খল্লি খিনবুদি ফংবা য়াই অদুবু মৈ চাকশ্রবা খুলদুদা কিমনা মানা লুনা তৌজবা লৈহাও লৈয়েন্দু কনবা ওয়মগদ্রা ! ওল্লব্বা তৌরগদ এনা পীবু হায়না হাথবগী পাঙ্গল লৈগদবা।

নত্রগা লৈহাও লৈয়েন্না ওাওজবী মানা লৈহাও লৈয়েন শাংকম শোযদনা খঙলম্লোইদ্রা, খঙফম থোকই।

সুমিৎ য়ুংগদোরে ঐদি অঙম্বা লম্বীতুদা মাঙদা চঙশিল্লি মচোই মচোই তাববা সেনম খাইথোঙ খুল তম্না সিফাইগী কেম্পা মলাক্তা চম্পাক চতুদ্দশীদি হয়েংনি।

# ক্রোরপতী নুপী

ওয়াং মুমিৎ চুপ্পা অমা বন্দ তৌরুবসিদা য়ুমদগী মপান থোক্তনা লৈরুবদগী ওসিদি ওাইহাক মীরক তীনবা হৈ হায়রুনা চাওতোম্বা খল্লমতা ওায়রি বীরহরিনা ঙ্গীপ অমা পুরুহনা হেক লাকই। মহাক লৈবাক্নী কম অমা পায়জরিবা লৈবাক্নী অওবা অমনি অহুব, মরূপ হায়বসে অহুম মতিদৈ।

চাওতোম্বা হায়া হংই, সাহেব করিগীনো ড্রাইভর অনৌবা অমা হাপ্লে হায়বদাই গাড়ী লম্বাই থৌরক্লিবসিবো ?

বীরহরিনা খুমকই, নওশুম্বা পাখং অরিবা ওইরবদি ঐসু অনৌবা ড্রাইভরহু থৌহল্লকদবনি অহুব, ঐদি ইচা য়োকখিবা তারি অহুনা ইশানা হেক্তা থৌরক্লবনি।

চাওতোম্বা ভাব তাবা ওমত্রহুনা হংলুই, ইচা য়োকপগা ড্রাইভর অনৌবনা গাড়ী থৌবগা করি মরী লৈনবগে ?

মাঙোন্দা কাররুগা মশানা য়োরা অমা লৌহনা কমথরগা বীরহরিনা হায়রকই, নহান্দু ড্রাইভর অমা পীরে হায়রুনা হরাওরুরে, ফোরেষ্ট মিনিষ্টরগী কোতাদা চঙলকপা ওইরমালে। এয়ারপোর্টা মী অমা ওকপা চৎকদবা লৈবনি অহুদদি ঐনা শোহু ড্রাইভরহুদা পীরগা গাড়ীহু ষ্টার্ট তৌহনা মমায় লৈথোক্লবা হায়রমই। ড্রাইভরহুনা গিয়ার ফ্রি তাহন্দনা ষ্টার্ট তৌরুবদগী ওফিসকি থোঙ্গানগী পান চুকান্দুদা থেংজিল্লহুনা লনশিংনরেদা। মীদি উচিন নাচিম্বা শোকহৌত্রে। ঐনা খুদক্তা ফোরেষ্ট মন্ত্রিদা টেলিফোন তৌজৈ।

ঐনা হায়রুই, সার, মনাই অনৌবা ড্রাইভরসিদি কম্না পাওদে, গাড়ী ষ্টার্ট তৌবা ফাওবদু হৈত্রিনে। অহুদা করি খুমকই খওব্রা ?

চাওতোন্না” কখিনবা পুমমনা করি করম্মরক্পগে তাদুনা লৈ।

চৈলিফৈান্দা মন্ত্রীনা শাওনা হায়রকই. হে মাবু ড্রাইভরগী ফমদা থবক চঙহনবগী য়ানি নত্তবু মতোন্দা গাড়ী ষ্টার্ট তৌহল্লু কন্নানা হায় ?

ঙাইহাক নোকমিল্লরগা চাওতোনস্থ ফি শেৎকৎতুনা মথোয় অনি খোকখিল্লরকই অদুগা হাপ্তা কাওজৈবুংগী মচি অমদা চংথর্‌লিবা মেলা অদুগী মফম তানা লাক্রমই। মতৈ মনাও মচা মশ পুদুনা ময়ামস্থু ফনা য়াম্না লাক্রে অদুবু, মথোয় অনিদি য়াই শংনা লাকই।

মেলানি হায়দুনা তৌরিবদু অনার মেলামি খুজি উপ্পী, তম্বোলা, দেব্রালি থাওবা, কৌভা লোনথংনবা থুগাইবা অসিগুম্বা ঙাক্তনি। অদুবু, কাথল অমদদি চাওতোনবী মীৎয়েং ফোংবীংদবা অমা লৈ! কুইনা উথিজবী লুপী দেবলা লৈরি।

দেবলা কলেজ তম্লিজৈদা শক চুদা হৈনবী লুপী অমা ওইরকখি। মাগী পুন্সিদা লাকখিবা নিপা কয়া মানা নংই হায়দুনা ইরায় লায়না কাওথোক্পা ঙমখি। কলেজদা লৈরিজৈদা ময়াম্না ঙাওনখি, মাগী নিপাসি কনা ওইরগবা। ঙাওনরিবাদা য়াওকবা মী অমা নত্রবস্থু থনবদা য়াওরুবা মীশিংগী মমুংদা চাওতোনস্থু অমা ওইখি। খল্লরগী য়াতনি মানা য়াংথংথিবা মতৌদুদদি চাওতোনথোয়না পুংচঙ চঙলুবা য়াবা ওইদ্রে। শেল পায়দবা নিপাগা তিন্নবা কান্নদে হায়দুনতা লৈজবীনি। শেল পায়বা কয়ানা ফুবালা সেব্রাদা হৌ হৌদুনা পুরদা ইয়াজা য়াবীনি।

চাওতোনবী য়ানলদু কাল্লরই

যীরহল্লিনা কোল্ড ড্রিংক্স অনি ষ্টোপা কোম্বনা পুরক্লপা লম্পাক মচি অমদা ফমথরমই। অইংবা মহীদুদা অমুক অমুকং চিংদুনা অরা

পোথাদৈ নিংথরুনাশী অহিংবা মতমমতুদা মাকোতকা চীক চীক লাওব-মথে মশীতু থকচিন্নরগা পুংহৌ তৌদনা খোমেন্নহুনা চাওতোন্না চৌনদা থুং থিল্লহুনা হায়, আদগী মুপীসি থওনিনি, কাওরব্রা ?

বীরহরিনা থুমকই. হেরা লৈতোংগী দেবলানিনে। নংমু মসিবু থওব্রবদি শিথিবনা ফয়েনে।

চাওতোন্না খুমই. ঐদি ওসাইদগী য়েংলমইবনি। নহানন্নাই কলেজগী মতমদা শেল পায়দবা নিপা অমত্তা মনাক্তা নকহনখিদবা হায়েং ক্ৰোর-পতী ওইনি হায়না লাওথোকচখিবা মুপীনি। ঐখোয়দি শেল পায়দব-নিনা মনাক্তকা নকউ লাকউদে। অদুবু, তাখিবদি মনিপুরগী শেন্নাও পায়রা অমগী মনোমুপী; কাওবদি ওইগনি হায়রে।

বীরহরিনা হায়রকই, মতুগী মতাংদদি ঐ হায়বীপে নত্তাওরে।

বীরহরিনা বান্না হৌরকই, ইবুঙো, মসিনি মচেগী লুহোংনবা হায়নরবা নিপাতুনা মচে য়েংবা লাকপদা নিপাতু ক্ৰোরপতী অমগী মচানি হায়রবদগী মচেবু ইন্থ রম্নগা নিপাদুদা চেনখি হায়বীতু। মমা মপা ইমুং মন্নুংতুনা ইকাইথাওদগী ইস্থোকপিপ্রবনি। ওসি কাওবা লৌথংত্রিবনি।

চাওতোম্দি বান্নীতু তাবদা জ্ঞান কা পুম্মাও মাওখিতুনা করিমত্তা খুবদনা বীরহরিদা য়েংতুনা লৈ। বীরহরিনা হৌরতুনা মখোয় অনি দেবলানা কল্লিবা কাথলতু তম্না চঙলকই।

কাথলতুগী চঙকমতুদা দেবলানা মীয়াম চঙলরুবা ওাও শত্তুনা মীবু তমংলি। কাথলতুদমু মী ফনা য়ান্না চুপচিন্নহুনা ওমশিন্দুনা লৌরি। চাওতোন্না উবদদি দেবলাই শেন্নাও পায়বা নিপা অমগী মনো-মুপী অমা ওইহবগী খুদমদি ইউ উবা ফংদে। বীরহরিদা ওনশিন্দুনা শোন্থাংননা হায়রকই, ভাই, শেন্নাও পান্নু হান্নরিবা মকুথোক্তবু কনানো ?

বীরহরিনা খুমকই, হেরা, মকুথোক্তগী মমাবদু স্পেশিয়েল ক্লাস কণ্টেক্টর অমা ওই হায়বগী বানিদা। শম্না হায়মমদা থংনবত্ত মলার

শাই মপুন্দু শেল পায়বা মীনি হায়বগী রানিদা ...

" খঙনীংবা অমা য়াওনা মখোয় অনি চঙশিল্লকই"।

খঙনবা খঙনদবা দেবলানা অরোক অরাকপা মী পুম্নমকপু তরাম তরাম তৌদুনা কৌশিল্লি। চাওতোনগা বীরহরিগা উবদা মহাক হৈনদবা উৎতুনা ইকাইবগী মীনেক অমা নোক্তুনা লৈ। মনুংদা ময়াম শুমশিন্নবদুদগী লাওবা তাকই, ময়ায়শবী, মপুনীংবী মুত্তা কাটো। দেরালি খাওরিমালে।

বীরহরিনা মী মঙক ময়াম অদু ইথোক্লদুনা লুপা চাম্মা চংপী অমা থারুববু অদুমদুম ফাওরকই। বীরহরিনা লুপা চদুম ফংলবদুদা অমুক্তা লুপা চাম্মা চংপী অম থাগে তৌবদা চাওতোমা খামদুনা মাঙগা তোঙদবগী শরুক তোংইঙৈদা তোকহৌবনা কৈ হায়দুনা হৌনদুনা থোরক্লে। পৈশাসু ফংলে হোটেল অমদা চঙথোকইরসি হায়দুনা মেলাপী থোঙ্গান তম্না থোরকই। দেবলানা মখোয় অনি থোকখিবদু য়েংহৌই।

বীরহরিনা নোক্লগা হায়রকই, ক্রোরপতী হুপীসিগী নিপাসিনি দেরালি খাও খাওহৌরিবসে।

# লক্ষ্মী মীরায়বরা নম্রগা লক্ষ্মীনা মীরায়বরা

য়োং য়োনফম হুকান অমগী মমাঙদা লেপ্লহুনা কোন্দুম পোং লৈবা মযামহুগী মবক্তা লেপ্লহুনা পোং লৈগনবগী ঙাইহিরি। নোংম্যাইজিং ঙুমিং ওইজরবসু থোঙ পঙলাও লাওদনা ঙাংলগা অঙনবদা পোং থরা য়োম্লবা কারবাররালা পুম্বা অহুম মথৌ চিল্লি। যোপীগুম্বা পোং মচা মশু লৈবা লাকপা কাংবুদদি হুকান মহাজন্না কয়া মায় ওন-শিনবিরকপা নত্তে। বিল্ডিং শাবগী য়োং লৈবা লাকপা অচৌবা মাল চাং লৈবা লাকপা কাংবুতনি মখোয়না মক ওইনা লৌরিবা। পোং মচা লৈবা লাকপা কাংবু অয়াম্বদি অচোঙবা হম্লিঙাই লৈতে হায-জিন্দুনা অয়াম্বা থাদোকপ্রে। অহুবু, কোন্দুমদি অহুম লেপ্লি।

মহাক মশামক্তি ময়াম্বনা শম্বল পুন্নবা তারা থবা লৈরুচো হায়হুনা লাকপনি। পৈশা অচোইবসু হন্দবা য়ারোই পেংসু লৌনি হায়না নিঙাই তৌহুনা লৈরি। হুকান মহাজন অহুনা কোন্দুম থুনা থাদোকখিবা ফয়নি থন্দুনা তারা মকোল কিলো অমা ওন্দুনা পীরে অহুদগী মমুংদা চঙখিহুন, ফনা কুইনা লৈরুবগা মানা থাদবা পৈশা মপুম অহুগী অচোইবহু হল্লকই। লুপা চাম্মা চংপী নোট মরিগা য়াঙ্খে চংপী অমগা তরাচংপী অমগনি। তারা মকোন্দুগী লুপা নিফু লৌহৌগদবনি। কোন্দুম চমন্নরমই অহুবু হল্লকইবা লুপা চামরি হুক্ হুদি লৌশিন্দুনা পম্হদনা খোবক্তুনা সাইকল অহু কয়া থৌহুনা লম্ফেললোমদা থৌরমই।

কোন্দুমগী মযুম লম্ফেললোমদা নত্তে অহুবু মাইগৈ অদোমদা অহুম কয়া থৌরমই হমসু য়েংলমই মী তাম্মকপ্রা য়েংইবনি, পোং

লীকপা চুকান মহাজন্দুনা মমায় থক্তুনা মানা থাদবা লুপা চাম্মা চৎপীরু লামঙা চৎপীনি হায়না খন্দুনা হেল্লিরা হল্লকইবনি। মথুক্লিংদা থল্লকই, তস. ময়াং চুকান্দারদো মীওোন্দগী হেল্লিমা লোনি হাযবতা খঙবা ঙসিদি মাঙঙেদো, শক্রা মুংশিদে হন্দোক্লোই। পৈশা পায-ত্রবা মতমসিদা লক্ষমীনা, ববং চোংশিল্লকপনি সিদবু লৌশিন্দ্রবনি লক্ষমী মীরাইবা তারোইদ্রো। হৌজিক্তি মযাম্বদা লুপা হুম্ফুদং হল্লগা য়ারে লুপা চামবিদি তোংলেদনা।

গাড়ীগী থুনেং ওংনা ওংনা কোন্দুম পৈশাচুনা করি তৌসিগে থনবা হৌবকই। খোঙউপ অমচুম লেসিবা মিন ওরি নত্রগা কাটিনী অমা ওইনা লৈরবসু অচুম কোম্নরে। পাখংমচা অমা ওইরুবনা তাক-য়েন খোংবানগী তোম্বীমচা নিংশিংলকই। নোংমা সিনেমা য়েংলুসি হায়বদা খোয়রে য়ারগ্রবনি অচুদা কোন্দুম্না পৈশা পায়দবচুদা য়ৈথোক য়ৈথোক্তুনা লৈরক্লবনি। মমায়বা কয়ানা কলেজা লৈতবা পাখং লুপীনা সিনেমা য়েংসি য়ারফাওবদা পোৎ লীকপা কিথুম পুবা মিছুন মাম্মা রাংপা নানাবোকোমগী মীচৈ কপ্পা খাঙচুন। লৈরকহবসি ফুইরবনি নংবননি। ঙসিদি মা নংদ্রে তোম্বীমচা অমদি মানা হৌরকপী মমায়বী কয়াগী টিকেট পুম্না কলাবাজারদগী লৈচুনা হাপতা কেন্তা থক্তুনা-কলেজা তৌথোরবা শেল ময়াং কায়রেমা। মচুদগী লেম্বা পৈশাচুনা অহনবা ফংদ্রবসু সন্দে মার্কেটতগী খোজ্রাও অমদি শোয়দ্রে।

ইয়াম্বা বা অমত্মা হংজগেবা!

মোটোর. সাইকল তোংচুনা লাকপা নহা অনিথক্না কোন্দুমবু থায়মই।

কোন্দুম ম্বায় লাওই চুকান্দারদনা তাম্মহল্লকপা ওইরিব্রা নহা অনিদ মমোলসু খোহ ময়াং মাজি। কোন্দুম তাশিন্নদনা লৈখোকবা হোংবৈ। অদবু নহা অনিকদি হনথা কৌবা নাইদ্রে লেপ্তবা থাদদনা লেপ্লমই লাক্লকবা-হংই, কৈনো?

ইঙ্গিনিয়র থীথমনীখোয়গীসিবু বজারদনো ?

কোন্দুম থীংত্তং মে তারমই, খুম্লকই, ঐ খাইদগী নথচদে [illegible]।

লুপা চামখিদং হোংনবদা কোন্দুম হুমাং কাণ্ডে। য়ুম লোমদদি থোদনা লম্ফে চংতুনা কোন্দুম ফনা লাপ্না লাক্রে। মাগী আশাদি তাকয়েন খেংবানগী বুদ্ধি খোদদা চংপনি। গাড়ী অতু তাকয়েন খোঙ-বানলোমে তম্না থোরমই। অকোযবদা যেংলু য়েংলুবদা ওসাই ময়াং ছকান্দারহুগী মীনা তাম্নক্রবাই পংনীংতা লিংথ্রে। হাযনা হাযনা খুলেম লৈকাইগী থাবল চোংকম হেক হেক ওইনা মফমতু যৌশিল্লকই। লম্পাকুদা ক্রিকেট শাম্নগদবগী মীনা ফীঙৌ কৌথ্রে নাকন অমদা মীয়াম অমনা অথাংবা মচুগী মখিবানা থম্নবা হোংনরি। অতুগা লোয়োক্না ভাইনবা লম্পাক মচিতুদা মৈতে শক মাল্লবা মী ফনা য়াম্না ভরে। ভাবনম্না থওদ্রে ওসাই য়োংখোনকমদা লৈহৌবা ফাংবু মানবা শক থরম্নু উবা ফংই। কোন্দুমে নকশিনপদবা হক্লোইরে। গাড়ীহু তপথনহুনা কুমথক্লমই। মাঙদা চঙশিন্দনা লেশুমা লৈরিঙেদা ফুংদগী নিপা অমনা কৌরকই, লোবম্নু ইখোই খোই। হন্না য়েংখোকলুবদা শত্তম্নহু ময়াং ওইনা তৌইস্থলকই, দাদা হোত্রেল শান্নবা লোইরকপদা মক্লাম চা [illegible] রাবা অনককপদা কৈবা হোটেল অমতা তাকপিয়ুবা।

কোন্দুম-ইপা পাথংলুই অহুদগী হস্তরক্তনা লং লুং তৌনা খুম-দোকখি, ঐ খাইদগী মংচদে।

নিপাহু আশা কায়না লৈহৌই। কোন্দুমদি শাইকলহু ইন্দুনা চংপা হৌরে। ফুরিং খাওদা মাম্নগা য়েংই। 'লুপা চামখি হকতু ফুরিং খাওদা য়াওহুনা অহুম লৈ। পুক্রিংদা খল্লি নওসীদমক্তনিকো ঐনা' পেনথাকম [illegible] কোক্কন চেল্লিবনে। ১৬

[illegible] লুলোয়া হৈরনে, মীসা তারককপা হায়না [illegible] পুরুপা য়াওরনে অমাং [illegible] কাপ্লাইনং কোন্দুম খাইদগী ঔশিং [illegible] অমত্তং ফংলবদি থম্না ইংগদবা মাঙি। [illegible] যমচি [illegible]

পাম্প অমা লোম নোমক্লা মথাম ঈশিং য়াবি। লেপ্পা লৈতনা কুক কুক থম থম লাওবা মখোল থোক্লি। কোন্দুম পাড়ীগী ভাশিল্লগা পাম্প মনাক নল্লা ঈশিং থক্লবা চত্তলকই। অমহুং ঈশিং খুমা অমা অনি থকচিল্লে অঙ্গুদগী কোয়না য়েংলকই।

মীনা অমুক ক্রিববা মতমসিদা খুলেম লৈকাইবা লম্পাক অপাকপা অমা কলহৌরিবসে শীথকি নল্লে। থর থরা কোন্দুম লম্পাক্কদা কোয়চং চংলমই।

লম্পাক্কি মচি মচিলা প্লাষ্টিক মপৈ মপৈ তাকুনা লৈ। কমদম অয়াম্বা প্লাষ্টিক শিজিন্নবা থিংগ্রে অহুবু মফমসিদদি অহুম মথাঙ কায়না অহুম মচংনরি নিশাথিংবা কাষ্মুশিং উজনবা চেক্লকপা কয়াম্ প্লাষ্টিক্কা লোয়া মহীহু মচি অমবা কিং মশিঙ্গস্থ অহুম য়াববা তাববসু কাঙ্গুবা অমরোমদা গ্লাসকাসু য়াওনবা য়াবনা প্লাষ্টিক্কি মচি অমা য়াবনা কক চীক্লগা চিংবসু মুংঙাইরবা লোংশিল্লে য়াবদা হুন্দোক্লম্বে পাম্মুত্রবা মফমসিদা প্লাষ্টিক ফনা কুইনা থিংবা য়াখিরোইদৌরি।

লম্পাক্কি মচি অমদা গ্যাসকি মৈখেং অমা তাবমই। কোন্দুম তাপ খুনগংলি গ্যাসতি য়াওত্রবা জাংনি অহুবু অহুম হাপচিল্লে। মপুরিংদা থল্লকই পম্বা কাম্নত্রে। লম্পাক মচিদা খিল্লিবা মাগী সাইকলহু থৌরহুনা চংপা হৌরমই তাকয়েন খোংবান তম্না। থল্লকই, থাইসিদি মৈতৈঙাক্তা লৈবনি ওসাইগী হুকান্দারশিংগী কাংবু অমত্তা লাক্লরোই। থন্না থন্না সাইকলহু তোংখংজুনা খোবা হৌরে।

চংপবু শংকুই কুটঙ্গি খুটয় অমদা তোংবা নিপা অনিথক কোন্দুমগী মনাক নকশিল্লক্তনা চঙশিল্লরগা থামই, মরুপ রা অমা হায়জগে।

কোন্দুম সাইকলদগী কুমথ কুমথনা থল্লি মঙোন্দা হংদোরিবা য়াসি কবি ওইবা য়াই। থল্লকই, হুকান্দারগী মীওইদি ওইফম থোক্তেনা মরমদি মফম মতমসি শাংনা কাম্নরে।

- নিপা মচা অমনা হংলকই, মরুপ্না ওাহাক্তি মমাওদা খুমেম লৈকাই লম্পাক্তা নাপী হাইদোক্তুনা থিরগা ফংখিবহুবু মুপীগী মনাপী মনাহু নত্রা ?

কোন্দুম ইপা পাখংলে মনা হাযবা ?

হোয় ওরাং লাওথোকখিবা মনাদো ফংবিরবা নত্রা ?

কোন্দুম ভাবকা অমত্তা ভাত্রে। খামা চওক্লবহু উবদা অমতুনা অমুক হায়রকই, ওরাং লিলা য়েংবদা মুপীগী নানপ্নি অমা ভাহৌবনি মুহু ফংহুনা খুৎশিন্নবা ওম্বা মীদা অরামন লুপা চামওা পীগনি হায়রহুনা লাওথোকখিবনি।

নিপা অমনা অমুক হায়রকই, মরুপ্না হৌজিক্তা লম্পাক্তা নোম্বু নোম্বহুবা খিরগা পোৎ অহু খুন্নপ্রে হাযনা লৈকাইগী ঊহৌবা যাওবদগী তাম্নবকইবনি মমাহু খম্নীনম্মো মুপীহুদি মুংওাইওবনা চাঙ্গা চাত্রবজাংনি অরামন লুপা চামওাহু পীজরগে।

কোন্দুম্না ইকাইনা খুমই, ঐদি খুন্দেদা।

• যুরিৎখাওদা ছুমহুনা গ্যাস যাওদ্রবা মৈখেৎ লম্পাক্নী খুল্লকপহু উৎলগা হায়রকই, ঐনা খুনবদি মৈখেৎসিনি গ্যাসমু য়াওদ্রবনি।

নিপা অনিহুনা তাম্নরকইবা মতৌহুগা চওক্লনা লৈকরগা হায়রকই, রাম্নৌরা য়াদেকো সোম্না লমহাওদা খোক্তুনা নাপী হাইদোক্তুনা পোৎ অমা খুনখি হাযবহুদা মনাহু খুল্লমালে হায়হুনা তান্নরকপনি।

কোন্দুম ইকাইবা নংলে। ফাকয়েন খোংখানক্লা মৌনিংক্রে যুম-লোমদা সাইকল থোরহুনা লাকই, খল্লকই, লমখম্না খনবা হায়বহুরা, ময়াম্বুনা শবল পুম্ননবা তারা লৈক্লচো চৎলগা মানা লমহাও তুহাওদা কোয়হুনা লৈকরি।

পংকুই কুইদনা মুম য়ৌরে!

তারা লৈকুনি চৎখিবা লাকপা কৌবা লৈত্রবদা ময়াম্বনা শাও-মীংনা ভাইবচু উরমই। অতুবু কোন্দুম্না ময়াম্বনা শাওদনবা ওইদবা কয়া হায়জিন্দুনা তারা অদুগা লুপা য়াখোংগা পীরগা থুম্নই, তাদা লুপা হুক্ক্ হল্লকপনি লুপা তরা অমা ঐনা কক্লে।

ময়াম্বনা খুম্নকই, করিগী লুপা ভরানোনে।

অতুদগী হল্লকপা পৈশাদুদা য়েংলগা হায়রকই, ঐনা লুপা চামজ্ঞা চংগী অমা পীগ্রগা নংনা লুপা য়াখোদা হল্লকইবা করিগীনো নংনা লুপা চাম্মা চংগীনি হায়না খল্লুরম্রা।

কোন্দুম ম্যাই লাওই, খল্লকই, অদু ওইরবদি হুকান্দারদুনা পৈশা ইচুম চুম্না হগুবা জাৎনিদনা লাম্লিবদি মাতনি। ওসাই কদাই কদায়দা চৎতুনা অমুক্তোইবা পৈশা হেক্লিম্না হল্লক্রবনি হায়দুনা প্রোগ্রাম কয়া অমসু শেম্নুরে।

ময়াম্বনা অমুক খংলাও লাওরকপদা খংগ্রেক খংই।

হৈহ নখোয়বাঙ চানিদা খণ্ডবা চাম চংগীগা চামজ্ঞা চংগীগা খেন্নবা খগুদবা থুনা চৎতুনা হুকান্দুদা হায়রুচোনে।

কোন্দুম্না ম্যাগী ফুরিংখাওদা য়াওরিবা লুপা চামরিদু হল্লোকখিবা য়ারবনি অদুবু, মীনম্বা অমা ভাগুলুরবনিনা মীনম্বা অমনা অমুক ফুপ-শিনবা ভাই। কোন্দুম্না তৌশিন্নরদুনা গাড়ীদু থোরদুনা ময়ুমদগী অমুক থোরক্লমই। অসিরাই কাওবা চংলুরগা হনকম থোকপা পৈশাদু অমুক পীরবা নত্রবদি য়ারোইদৌরি।

ময়াম্বনা শাওনা লাওহৌরি, মকোক য়াগুদবা মমীৎ ওন্দবা শারু-দুনা, নং পৈশাদু হেক হল্লক্তবদা ঐনা কৈদৌগে য়েংউ।

কোন্দুম্না হৌজিক্তদা তাব তারকই, ওসিগীসিদি মাবা লক্ষমী মীরায়বগী মা নত্রে লক্ষমীনা মাবু মীরায়রিরবনি।

# নুপীগী অধিকার

সখিতোম্বী কারকপ্রো, সখিতোম্বী, বোইতোম্বা, বোইতোম্বা!

চাকওন চারগা নংনবা কাক্লকইদা কেমিলি কোর্টকি পিয়োল অহুনা হুমিংতুদা থোকপা কেশ কোরি। রায়েন বিচার চংখ্রিবা শঙতুগী থোঙজিন্দা নুপী কয়া অমা কেশ কোরকপা ঙাইরি। নিপা কয়া অমসু কোর্টনা কৌখংলক্লবদা তঙাই ফদনা কোর্ট কানরকই অমনা অমদা হায়নবি নুপী হায়বীসে ওন্থোক্লা তৌঙমগ্রেদা। ঙাইনবদা রারবা কযা অমসু মচীন্দা মুকম মুক্রম শোন্দুনা থাভনবি নিপাশিংসি খুং য়ান্দুনা শাপ তৌনরমই, ফত্তেদা ফত্তবগী হিদাকসি লৈতেদা। লোইনমক কেশ কারকইবা ঙাক্তনি নুপী থাইনবগী, নিপা থাইনবগী, অঙাং য়োক-পগী, মেণ্টেনেন্স তানবগী, নুপী অহনগা অতোম্বীগগী লান, নুপীনা নিপা লোনবদনি যাওদবা.

রাযেনশঙতুগী জজ ওইনা ফম্ব্রিবা দিনবন্ধু রাযেন মপু ওইনা রাযেল্লি তিম্নবা যাদ্রবা মতৈ মনাওগী ক্লেশশি হুদা। কেশ পুন্নমক চান্নবা হেংনদবা য়াদে আহম্না লেপ্পা। রায়েন পোরমহুনা তাকই কেশকি মায়গৈ অনিহু কা মহুন্দা কৌশিন্দুনা চান্নবা থেমহুনা য়েংবা তাই।

ঙসিগী কেশকি অহানবসি সখিতোম্বীগা বোইতোম্বগগী কেশনি।

সখিতোম্বী বোইতোম্বগী নুপী অতোম্বীনি, অদুবু বোইতোম্বনা লৌবিরগা হুন্দোকপিরমহুনা মথন্তা হিংবা ঙমজদবদগী মেণ্টেনেন্স তাল্লক-পীনি। লৌরমদাইদা তেংনা মানবহু থাইনরমদাইদা য়োং মাল্লকই। বোইতোম্বসু চাকথাক শেলহু পীরোইদবগী উকিল নেক্তুনা থেংনরকই। কেশ পংকাদা কারকই তারিক লৌ লৌহুনা হুলকই লোইকা কোবা লৈতে

জজ দিনবন্ধ সখিতোম্বীবু উরঁকপা ফনা মকুইবে।

নোংমা সখিতোম্বী সিনেমা হোল মমাঙদা কলাবাজার তৌরমং হায়দুনা ফাহুনা পুথোরকখি। মাদা নত্তনা অতৈসু ফনা য়াম্না য়াওরকই। মী পুম্নমক ফাইন ওইনা লুপা য়াম্খৈ য়াম্খৈ লৌরগা থাদোকখি। অদুবু, ফাইন পীননবা পৈশা য়াওরক্তে টিকেট অমত্তা শীংলক্তে হায়দুনা ফাইন থীবা ঙমদবদগী জেলদা থাজিনখিবী নুপী অমা য়াওখি। মহাক সখিতোম্বীনি।

নোংমা পুলিস এক্তকি মথাদা সরকারগী মচি মচিদা ফমদুনা পাং য়োল্লিবা লম্বী চিলহল্লিবা কাংবুশিং পুলিসনা ফাহুনা পুথোরকখিবদা লম্বীগী নাকন্দা পেট্রোল য়োল্লমই হায়দুনা ফাহুনা পুথোরকখিবী নুপীদু সখিতোম্বীনি। মমিং অদুসু মা ফাইন পীবা ঙমদদুনা জেলদা চঙখি। মরিল খাবী নুপীনি।

দিনবন্ধু মেজিষ্ট্রেট অমা ওইরম্লদগী কম কারক্তনা কেমিজি কোর্টকি জজ অমা ওইরে। ঙসিসু সখিতোম্বী কোর্ট কারককপ মাগী নিপা বোইতোম্বদি কারক্তে।

কা মনুংদা থাদিবা টেল অমদা ফমহল্লদুনা জজ দিনবন্ধুনা উরকই. মশমসু পোক হাইফেং কাপ্লবী মমারসু হাইফেং খুইরবীনি সখিতোম্বী মহাক মিনিষ্টর অমগী নুপী ওইরমসু য়াবনি অদুবু কদায়দগী চোং-শিন্দুনা চুদংনবা অমদা চঙদুনা অতোম্বী ওইকরিবনি।

জজনা হংই, সখিতোম্বী নং নুপী অতোম্বী নত্রা?

—আনি সার।

অদু ওইরবদি আইনা য়াবা নুপীতবু নিপানা ইম্পোকপিবা মতমদা মেন্টেনেন্স ফংবনি, নুপী অতোম্বী ওইরবদি মেন্টেনেন্স ফংনিংঙাই, নৈতে, মগী কেংশি তোকহৌবনা চুমত্রা?

অজ অমনা হায়রিবত্থদা সখিতোম্বী খুম্বা ঙমদনা তোক্লবোট নীংই অত্থবু, উকিলম্না নেন্তবী মানা তপ্না খুম্নকই, সার, মুপী অতোম্বীদি মুপী নত্রা? লৌনম তৌত্থনা নিপানা লৌবিরগা ঙসিদি হুন্দোক-পিরবনি। নিপানা হুন্দোকপিরবী মুপীশিংবু আইন্না মেন্টেনেন্স পীহন্নি হায়বিবদাইনে!

অজনা খুমই, মত্থ লুহোংত্থনা লৌবা মুপী অহলতগী রানি।

সখিতোম্বী তোক্তে খুম্নকউ, সার ঐস্থ মাবু সেবা তৌত্থনা মীয়ক তিলহন্দুনা অনা অযেক্তা মীশেন খাঙত্থনা চপ চানা মাগী অন্না অনা শরুক য়াজরকপীনি। মাগী মুপী অহন্দুদি মাবু থাদোক্তুনা চৎপ্রগা হন্না ফাওবা য়েংলক্তবীনি। ঐখোয়গুম্বী চমজবী শেংনা নিপাগী সেবা তৌজবীশিংবু আইন্না অস্নক তাথীবিরীবা করিগীনো?

সখিতোম্বী কাত্থদগী থোরকই। নিপা কারক্তবদগী কেশ অত্থ য়েথোকপ্রে। কেশ অত্থ লোইখ্রি। অত্থদা নত্তে, মহাক নিপানা হুন্দোক-পিরবী ফেমিলি কোর্টতা কেশ তৌবা লাক্লিবী পুন্নমকপু থোম্লগা সঙ্ঘাম অমা লিংত্থনা মত্থগী সেক্রেটরি ওইরবীনি। অতৈগী কেশ কয়াদস্থ তেংবাংবীনি।

খোমদোনবীগী নিপাত্থ রিক্সা থোবনি। নিপাত্থনা মাবু লৌবিরগা মচা মঙা পোক্লগা থাইনবিরে। ফেমিলি কোর্টনা থাদা লুপা চামঙা চামঙা চাকথাক হুন্নবা হুকুমদি উচিন নাচিন্না তাবিরবনি। মচা অমা পো মচা অমনা মখুৎ শম অমনা মনাক্তা ইন্নত্থনা ফনেক কোৎত্রা শেংলত্থনা মচানা য়াওশঙ শেল মুনবদা ইন্নরুরবা অবের চুরবা জয়পুর অমত্তং ইল্লত্থনা কেশ কারকই, ঙাইরি। শেল পীদবা থা নিপাল গুর-বনিনা পুন্না লুপা লিশিং মরিদি ফংনিংঙাই লৈরে। খোমদোনবীনা উরকই শেগাররবা কাঙখলদে। মত্থতা অমত্তা শিনগে হায়বা ঙমদে। পোদোন থাংমৈ হায়রবা কৈথেল মুপী ফাওবনা শিজিন্নখিদ্রবা থাংমৈসি ঙসি খোমদোনবীদি শিজিন্নরি শেন্দোক লৈত্তরগী কঙাঙনরবা অত্থগী মথক্লা

নীংথৌ থুংবা অতাং ময়ামছু য়োক্লনবা শেলদা ফংখিমছু মিংশেল শাংবৈ অমত্তদি মরৈময়গে, থোমদোনবীনা খা চিক্তনা খাত্তই। লৈকাইগী কনাগী মযুমদা হৌবা শাংগ্রবা লফু থোমদোনবীগীদি মচাশিংগী চয়ানি। লৈকাইগী চেক্ত লৌনবা কার্ড অশংবা অমা ফংত্তনা অয়েনবা চেত্তদা মমল থরা তানা ফংবা চেত্তহুনা মচাগী চিঙ্গাক ওইরি, তাইরি, মাগী আশা ওসিদি মাগী নিপাছু কারক্কনি অহুনা শোয়দনা শেল ফংলনি থোমদোনবী শেল য়ায়া দরকার লৈ।

পুলিস থরনা মী থয়া ফাহুনা কোর্টতা পুথোয়কই। থোমদোন-বীগী রিক্সা থৌবা নিপাহুম্ য়াওরক্লে। জজনা মথং মথং য়াহং পাওহংই থোমদোনবীগী নিপাগী হংবা মতাং য়োয়ে। জজগী য়াহংদি, কদায় পীকম থোকপা শেলফমছু ওয়ত্রা?

রিক্সা ড্রাইভরছুগী পাওখুমদি, শেনফম লোইনদি ওয়ক্লে, সার, লুপা চনিপাল্লং পুয়কই।

জজহুনা শাওহুনা মাবু শেল ওনা পীবা ওমদবগীদমক জেলদা থমজিনখি।

থোমদোনবীনা থৌপংননা শোয়কই, ঐদি মত্তোন্দগী শেল থজিত্তং লৌহুনা ফংহনখিয়ু হায়রবনি, মাবু জেলদা থমগ্রগা কৈদৌনদৌরিবা?

জজনা বিচার চংথরি, মীয়ামমু লাংতক্লরি, য়াথংমু তাওথয়ক্লি, হুকুম অমগী মতুং হুকুম অমা য়ায়েনশত্তনিদনা। সথিত্তোম্বীনা মপুক্লিংদা থনবহু মথোল থোরকখি, অচুম চুমদা বিচার তৌবিয়ু হায়জবনি হুকুম তাবিয়ু হায়রবা নত্তে, হুকুম অমা সং হেক তাশিনববু করি থৈবা পোৎনো। হিংবা ওমজত্রবী লাইবক থীবি মরাম ঐথোয়না ভাব তাপোৎ নত্তেদা মাগী আইন তুইন হায়ফসে।

জজনা ওাঙলকই, হৈ সখিতোম্বী ! মসি নংগী কেশকা নও কয়গী য়াওরকইনো ?

পদ্মদনা খুমকই, সার ঐ এসোসিয়েসনগী সেক্রেটরিনি থোমদোনবীসু মেম্বর্নি অহুনা য়াওজরকপনি !

জজ দিনবন্ধু নিংশিংলকই ইস্তোকপিরবী নুপীশিংগী য়াইকনবা লিংবা সংস্থানো। নিংশিং নিংশিংনা চৌক্রিদা ফমথত্না খন্নরকই, নুপী অতোম্বীনা অহন্দগী য়াম্না হেন্না য়াইফবা য়াথল চেন্নুনা পুকচেল শেংনা নিপাগী সেবা তৌজরকপা লক্ষমী চেন্নবী কয়াসু লৈ হায়রবা সখিতোম্বীগী য়াকংতু।" চুমই, অহুবু আইন্দি থমোই য়াওদনা লৈ। অকবা থবক তৌজবী কয়া অমা নুপী অতোম্বীনি হায়রবগী দমক্তা আইমা শোগৎপিত্রবীনি। মহুগী মথক্তা লৌবিরিনি হায়দুনা লৌমিরগা নিপাদুনসু ইস্তোকপিরবীনি।

ফেমিলি কোর্টতা কেশ কয়া চংথরি, য়াই কয়াসু তাত্রে সখিতোম্বীদি কেশ যাওরি মশাগী অমদি অতোপ্পগী কয়া অমদসু। সখিতোম্বীনা উরকই, অতৈ কোর্টতা থাবা জজগী চৌক্রিদি সত্যমেব জয়তে হায়না থোবা অশোক চক্র হংপা অসিননি, অদুবু মাগী কেমিলি কোর্ট হায়রবদি চৌক্রি অচম্বা ওইনা থাদুনা জজ কয়ই। মসিগী খেন্নবা কয়িনো মহাক চময়ৈ অহুবু মসিসু য়াষেনশঙনি। মহাক হনবা নাওদনা থৌথিনি আইম্না পীরিবা নুপীগা অধিকার থংজেং লাহুয়েম্মগী লাইবুঙসিদা, অচুম্বতা হাযজগনি ঈশ্বরনা শাক্ষীনি হায়দুনা য়াশরুরগ ঈশ্বরবু মীনম চাবা লোয়শঙসিদা লোইবা নাইয়োইদৌরি কেশ ময়াম অমা থরনা লোইখিলি অনৌবা অমুক থানরকানি, নুপীগী অধিকার পীযু হায়না তাকখিনি লেম্মা লৈকুনা।

সখিতোম্বী হনথা নাহারোল্‌লৌমিরি মহাক এসোসিয়েসনগী সেক্রে-টরিনি। হয়েংদি লৈমাতোনগী মশা মাই শংদবতু ডাক্তর তানরগা মবুক্কী অঙাংদু লৌথোক্লবা তোবা তারি মাসু নিপাগী লৌনম লাংদা থুরবনি, অদুবু মহাকসু মীওইবনি হিংবগী অধিকার লৈ, খুয়া তুশীংনা হিংবগী অধিকার লৈ মহাকপুসু হিংহনবা তপই, লাম্বুবা খোঙথাংদু হন্দোকহনবা তাই। নীংহনবা য়াদে। মহাক্না য়াম্না থাজৈ ঈশ্বরনা শীত্রিবা খুদা য়াইফনবমকনি।

# গোবর্দ্ধন পুজা

পুরুচেল শেংবা ধর্ম কর্ম তৌবা চংনবী ভাক্লা হিংবা মীওই *অমত্তং থিরকপদা যুগসিদা ফিংহুনা লৈবিবা খুরা সনাতন মশাগী চঙীনা নম্বরক্তুনা খোঙথাং মঙম শাগ্গুবা ভন্নবা মীওই অমা ওসি ওইরে। গোবর্দ্ধন পুজানা লাক্লবদা গোবর্দ্ধন পুজা উৎসব তৌরবা লৈকাইগী মীওইশিং বার্ত্তোন মশানা চং চংতুনা বার্ত্তোন কংলুহনা মাগী মমুমদা লাকপিনবা প্রসাদি খুনবিরনবা হায়জরকই।

ওসিগী লঙ্কা, ডিয়র পার্টিগী চংনবীনা মহুং শিনজিনগ্রবা, মুমদা উৎসব তৌবগী চংনবী ইরৈ লৈরক্তুবা মতমসিদা অমরোমদা উৎসব তৌবনা চেঙ চাক মাঙহল্লি হায়রহুনা কন্না ঙাঙনরক্লবা যুগসিদা অঙাংদা নত্তনা অহন কাওবনা নোক্কুম নোক্লবী ঙা য়াওগ্রবা চাক ইঙ্গাংবু কনানা চাবিনি হায়রগে হায়রহুনা। শোরাইশমগী বীরজিংকি লুহোংবা মতুং মঙানি চাক্কোবদা ঙা য়াওদবা চাক ইঙ্গাং নিরামিষ তৌনি হায়রুবদা লৈকাই কনামত্তা চংপিমু য়াদহুনা চাক লেমহুনা রাক মুংজু থোক্লখি। মতমসিদি হিংহৌরিবা মচা করানা মমা মপা লৈতবগী চহীগী কীরোর কাওবদা শা-ঙা ওইনা তৌনরবা যুগনি। য়াওশঙগী চাক চারবা নিঙোল চাক্কোবা কাওবদা ঙা তৌনরম্বা তোক্লহুনা ভাদগী হেঞ্জিনবা ঙা নত্তবা কয়া অমা তৌনরক্লবা যুগনি! থবরদা হাপ্পরকই, শা য়োন-কন্না ঙা য়োনকমদগী হেম্না ইরৈ হায়রহুনা। কাগিগী লমারদা অঙাং অমনা নিঙোল চাক্কোবদা মাগী মাম্মদা মাম্মা ঐখোয়গীদি ওক ওইনা তৌবিরমউ হায়রহুনা ইবদা মীনা নোক্লমবা ইবা কাগিনি হায়না লৌনহ্রবা মতম্নি।

অসিগুম্বা যুগসিদা সনাতন হায়রিবা অহলসিনা গোবর্দ্ধন পুজা তৌনি হায়না কন্না লাঙই। লৈকাইগী লাইরিক হৈবা থম্মদি অহলুগী

মতৌহ খাগৎনবসু য়াওই। ঐখোয়গী পরম্পরা, চৎনদোম্নিচং কয়া নিংশিংহন্নবা অঙাংশিংদা শিক্ষা পীনবা থবক্তি হায়ৰ্হুনা কনা অমনসু পুক্নিংদা খাগৎলি, "কন্নিনো গোবৰ্দ্ধন পুজা তৌবা হায়বসি ইতৌ হেক তৌনৱমদবদোৱা য়ান্না ওকপা থবক্তৌনা ৱা ওইনা হেক ডাওনৈ"।

বার্ত্তোন তৌবা চৎলুবা ইমুংদা তাজদা কা শেমহুনা অমময় শুমাঙদা থম্লহুনা থায়নগী চৎৱগা বার্ত্তোন অহু চপ চানা তৌজরি। মচীন মথা মুংশিল্লবা, অঙাং অমনা কা তাসহু পায়ৰগা হায়ৰকই, অকল কাহু ঐ চায়গে য়াত্রা?

সনাতম্না খুমই, খীদা! ইপুবোক হায়ুনেহে মপানা কাওবা খুড়া কৌরিবনিনে। অহুদগী খুৱকই, চাকখিত্র নমাদৱা নপাদৱা পীরু হৱেং গোবৰ্দ্ধন পুজা উৎসব লান্নবা বার্ত্তোম্নি হায়ৰুকো, নখোয় লোইনা লাকউকো।

অঙাংহুনা হংই, গোবৰ্দ্ধন পুজা হায়বৰু কন্নিনো?

য়ুবহুগী দান্নী মপান্মা তেক কমথন্নহুনা সনাতম্না ৱান্নী লৌৱকই, গোবৰ্দ্ধন পুজা হায়বদি যনবী অমগা মখোম থকইবা মচা অমগা পুজা তৌদোৱিবনি, থুরুমহুনা যর নিগদোৱিবনি মুংঙাই য়াইকবা পীরু হায়হুনা।

অঙাংহুনা অমুক হংলকই, যনদা থুরুমপদোৱিবদি কন্নিনো?

য়েংঙু যনদি শজোম পীদো, লৌ খোইনেদো, যনগাড়ী চিংইদো, মঙ্গা পুং তিংহুনা য়ৌনেদো, শক্নীদি হায় কৈদো কায়ত্রো?

অঙাংহুনা হংলকই, যম্না কয়ম হায়না শজোম পীৰিবা? শঙ্গোমদি কৌতাদগী মিল্ক পাউদর ওইনা লাৱগা ঈশিংদা মিস্ন তৌৱগা শেম্না নত্রা, ঐদি যনগী শজোমদি তুকচৈ থকপা ওম্মোই।

সনাতম্না খীদা অঙাওবসিদি হায়হুনা শোৱমগা বার্ত্তোম তৌমনৱা মথংগী য়ুম চঙ চঙহুনা গোবৰ্দ্ধন পুজাগী বার্ত্তোন কংলি।

সনাতনগী অৱাংপা অমসুং লৈরি। হয়েংগী বুমিংতা পুজা তৌননবা যন মগী মচা অমত্তং লৌকনবা মকম অমা থিৱনি, মহুত মাওহৌননা বার্তোন অমা কৎকম থোকই। অদুবু, লৈকাইসিদা যন লোইবা ইমুংবু অমতা লৈশিক্তে। মপং মথং হংনহনা থংনবা লৈকাইদা লৈবা ওাঙবম ইমুংশীদি যন লোইরি হায়না হায়ৱকপদগী হয়েংগী পুজাগী যন লৌনবা ওাঙনবা সনাতন থোরকই।

যন লোইনত্রে হায়জবগী ৱানি। শোয়োক মচীক্সদি অচংপা গাড়ীদা অপনবা পীতুনা যন শঙ্গ অমা লমজাও শোবাক্তা কোযচং চংলি। মতম অমসদি লৈকাই অমদা যন শেনবা মী লৈৱমই, মহোন্না পৈশা পীৱগা মানা যন পুখিত্নুনা শঙ্গাবুংদা অমদি চীংয়াদা পুত্নুনা শেনবীৱমই। অদুবু, ওসিদি শেনবীনবসু লৈত্তে, অতুগা কদায়দগীনো থাদি থাদোরক্তুনা লমজাও শোয়োক ৱাই চিলহল্লি থাদোকখিবা যন কয়াসু হঞ্জিলক্তবনা কয়া অমনি থৱা অমনা অচং অওক্তো অপনবা পীতুনা লৈরি। মিউনিসিপালিটিগী থাগী শেংপা যনফাবা কযা অমসু হাপ্তুনা থবক হৌরকয়বনি অদুবু, মতুনা লমজাওদা যন লৈহন্দনবা অদোমগীদি পংকান কায়দে।

সনাতন ৱাখল কয়া থৱা থৱা ওাঙবমগী ইমুংদা চঙলকই। গোবৰ্দ্ধন পুজা তৌনবা যন মগী মচাতু বার্তোন কংকে লাকপনি হায়বা থঙহল্লমই। অদুবু, মুমুক্সা যন য়োনগে হায়না খুমকপত্রদদি সনাতন লাংতক্লৱমই। মাগী মতৌতু উবদা মুখুত্নুনা অমুক তাক্লকই, খুড়া, মমা পোকদোরবা যন অমা ঐখোয়গী কৈথেল পোংলক্লা লাক্লগা চংপা ওয়দতুনা লৈৱবনি কৈথেল মুপীশিংনা য়োক্লিবনি কৈথেল মপুংদা, পুজা তৌবগী ওইৱবদি তঙাইফত্রবদি মতুসু মায়োইক্রা?

সনাতন আশা অমা উরকই, হায়ৱকই, ইবুঙো কল্লাম কুইৱমগোনে মতুহুম কৈনহে।

য়ুমুহনা খুম্নকই, খুড়া কুম্মিং হুন্নি তুররবনি, মচাম্ন পোক্লম্নবদি খুড়াগী পূজা তৌবদা চপ কেক চারনি।

কুম্মিং থেঙজিন্নক্লে, সনাতন মুমদা হঞ্জিন্নক্র চন্দোন লাইপোং থাদোক্লনা লাই থূকম্বা লোইমতুনা চাক ঈশিং চাবা লোইরতুনা যমগী থবক টনথাং লোইশিনবা য়াবা কোইশিন্নপা য়াচঙবা মতম অহুন্নাইদা লমজাওগী কৈথেল লোমদা থোম্নকই, কৈথেন্দা যন অমা লৈ হায়বন্ত য়েংননবনি।

সনাতন্দি কৈথেল অচৌবা ঙাক্তা কাবনা থোংনাংথোঙ থোক্তুনা পোং লৈগন্দ. ঙসিদি যন অম্না লৈ হামবতুদা য়েংননবা থোরকপনি। মানা আশা তৌই. যন অতুনা যম্নাও অমা হেক পোক্লম্নবা অতুগা মপীতুনা লেক লেক্তুনা লৈবম্বা. অতুদগী মানা শক্তিক মপুন অনৌবা অমা হেক ভুঙ্মিনবীবা অতুদগী নানবিবা। মানা লিংশিংলকই রারীতু, সোরারেন লিংথৌ ইন্দ্রনা মাবু ইরাংলু য়াদে হায়তুনা অশাওবা উৎতুনা নোংনা চৈথরক্লতুনা ব্রজ বৃন্দাবন থুন্নবদা শ্রীকৃষ্ণনা গোবর্দ্ধন চীংজাও ফুক্তুনা ওইগী খুনৌংথে দা তোংহন্দুনা থম্নগা যেৎনা বাঁশী থোংতুনা যন মম্নাম অমদি প্রজা পুম্নকপু নোংতুদগী কম্ননবা চীংথাতুদা কৌশিন্দুনা ইন্দ্রগী থোদে তু অঙাওবা তাইহন্দুনা গোবর্দ্ধন গীরিধারি হায়বা মিংথোন কংপ্রবা ইবুঙো মাগী রারীনি।

সনাতম্না কৈথেল য়ৌরকপদদি পোংয়েনবী পুম্বা পোদোন চম-থংনম্নক্লে, য়াঙবা মতম য়ৌয়ে। কৈথেল কম্বী কুনমুক কবা কৈথেলতুগী অকোয়বদা মীনা চমুন চমুন লেপ্তুনা কৈথেল লোমদা য়েংতুনা লৈ, থরনা নোকই, থরনা ঙকা য়েংই, থমনা হায়নৈ, হৌজিক কানগী অঙাংশিংসে য়াওচম্বদা মনায়মু অমম্বা পান্দমালেরে। অহল ওইরতুনা মমীং মনাকা ইকং কংলক্তুবা সনাতন মীম্নাম ময়ক্তুদা চঙশিন্নুই।

যর অমা পোংলক্তুদা মমুক কংথংলতুনা শিতুনা তাহুনা লৈ। অতুগা চহী ফুরাতরেং তম্নানিপালমুক্তী অঙাং তম্নামুক্তা মথুংতা থাঙ

"পায়দুনা যন অদু শেমই, মতুপ মতুপ ফক্ত্না বোরাখাওদা হাপঁচিল্লি। মখোয় য়েংলিবা মীয়ামদুদা কল্লিসু নাচুংবা ফাওদে' মথোঁদা পুক্নিং চঙদুনা লৈ, অমনা পংথোঁদা খোই থুরো! থুরো!

সনাতন স্বাই লাওই!

কনানো অমনা মঙোন্দা তাপ পায়বকই। সনাতন্না য়েংবদা তুরেল রাংমগী কাইলোং কবুই খুনগী খোংজাইরুং ওইরম্রে। মপান্থু থারুনা সনাতনগা মতাও শান্নরম্বনি লুনা ভিন্নরম্বনি। খোংজাইরুংনা হায়রকই, খুড়া কদায়দা চঙউরিমো, অ সাবন লৈকাইগী রারক্তবা অতাং তাক্তনি যন অশিবা অসে চানি হায়দুনা শেমইবসে।

ইস: বিষ্ণু! বিষ্ণু!

খোংজাইরুংনা চিংবোই করিবোই তৌদুনা সনাতনবু শৌদুনা লম্বীদু লাম্থোকপীরগা চিংগোই করিবোই তৌদুনা থিনজিনবীরকই। চংনা চংনা খোংজাইরুংনা হায়রকই, নহাক্কী মচাপোকপা ঙমদদুনা কৈথেল পোংলক্তা লৈরমনি কৈথেল কম্বী ময়াম্না মনা মশীং থা থাদুনা থাকইবনি, ঙসাই অমুক মচা পোকপা ঙমদদুনা শিরবনি।

সনাতন্না চৈরকই, শিরবদি নথোয় ময়াম চঙদুনা তুরেল মপান্দা থন্না কুমজিনবা য়াগ্রনে?

খোংজাইরুংনা খুম্নকই, মরাবন্থু লোইনা ওফিস কাব-ও থবক চংনখিব-ও অমত্তা লৈনদে, মিউনিসিপালিটিদস্থু তাক্কত্রবনি অদুবু, কনাম্থু লাকপিদে, হয়েং নোংঙাল্লগা ময়াম হোৎনম্লসি হায়দুনা লৈরিঙৌ সাবন লৈকাইগী লঙজা শঙ্ পাইরক্না তোংঙন্নিবসিনি।

কৈথেল যনসু লৈরমদ্রে। মথুম লোমদা চংনা চংনা সনাতন্না থল্লকই, হয়েংদি গোবৰ্দ্ধন পুজানি মচিন্দা শোম্লকই, "হয়েংদি গোবৰ্দ্ধন পুজানি"-বন "মপী মচা অমত্তা" পুজা তৌনবা "থিবযু" ফংদেদকো।

খোংজাইরুংনা থুম্লকই, করিগী লৈতদগেনে খুড়া ঐগী ষন লোইরিম্মা।

সনাতম্মা হায়রকই হয়েংগী পূজা তেংনবা ষন থবদা লৈকাই থাল্লুরবনি, অমত্তা লোইনরমদ্রে অতুগা নঙদি লোইরিবোইরেকো, নঙগী-দুদি ষায়োইদ্রা?

খোংজাইরুংনা সনাতনগী মখুৎ শম্না শম্না হায়রকই, খুড়া করিমত্তা বাগম্নু হয়েং নোং থানবগা যন্দু মখোম শুম্বা লোইরগা মপী মচাহু চিংহনা খুড়াগীদা হেক্তা পুররুগে।

সনাতম্মা হরাওবত্তনা থল্লবা মায়খোঙ অমা চেল্লহনা শোল্লকই, ইবুঙো নঙসি ধৰ্ম্ম লৈদকো কুইনা লাইগুরুগী সেবা ফংবা ওইয়ুকো।

# চানীংমল্লবস্থু লেক্তুনা তোকই

অঙনবা অযুকসিদা কনানো থরা কৌবা ঙায়। মুপীগী থোজেল ওইনা তৌই। গম্ভী থুনা য়াঙনা মপান্দা থোরকই। মুমাঙ মতোন্দা মুপী মীয়ায় চল্লবী অমগা চহী কুনমঙামুক্তী লৈং ওইগদবী অমগা লেপ্তুনা লৈরমই।

মুপী অনিহু হেক উবদা গম্ভীনা খল্লি মখোয় কেশক্কি মীওই ঙাক্তা ওইরমগনি। মখোব য়া অমত্তা ঙাঙলক্তে, গম্ভীমু হংলুদে অহুবু, য়াখলদা শাক্তিল্লি ওইবা য়াবা কয়া অমা। অমুক্সসু থক্কই, মুপী থয়া নহা ওইবিসি নিপানা হুন্দোকপিরবী অমা ওইনা মপামঙ্গা হলক্লবদা মমা অসিনা হৌহুনা হুন্দোকপিরকপা মাগী নিপাহুগী মথক্তা মেন্টেনেন্স ঙায়বা উকিল ঙায়বা লাকপা মাল্লি। যুগসি মত্তা অমনি মতৈ মনাও পংকায়দা কায়নৈ।

গম্ভী য়াখলহু কায়রমই, মুপী মীয়ায় চনবীহুনা য়া ঙাঙবা হেঁরকই, ওঝা গম্ভীগী য়ুমবু সিদা নত্রা ?

অহোয়, করি ঙাকপিগদবনো ?

মুপী অনিহু য়েংনহুনা অমুক হাইকেং নোকই অহুদগী তৌকম হায়বম ইখঙ খঙদনা ইহৈ হৈনদনা লৈরমই।

গম্ভীনা খল্লি, মুপী অঙাংগী য়া ঙাক্তনি ঙাঙনগদৌরিবসে মীনা কয়া মুংঙাইবা তাং নত্তে অহুগা মীমাঙদা ঙাঙনবসু হঙ্গোয়বা য়া ঙাক্তনি অহুনা হংলমই, কা মমুংদা চঙহুনা ঙাংনসিয়া ?

হায়রিবা য়াকমহু মুপী অনিহু পাকগুম তৌই !

শো পুথোক্তুনা চেকয়গী থোঙ হাংদোক্লে। মুপী অনিহু কৌ-শিন্দুনা কপ্পহল্লে। অহুদগী ধুপ অমা পুথোক্তুনা কাহু মুংশিবা ধুপকি

মনম অমনা য়েন্নকপদা মুপীমচাহুনা হায়রকছু, ওবাদা না অমত্তা হায়জগে হঙ্গমহুনা লাকুহবনি।

যাম কৈনে, হেক্তা তাকপিয়ু।

মুপী খন্না অহল ওইবিহুনা হায়রকই, ঐখাগীদি অঙাং মুবীশিং ইরৈ লৈবা উদেনা।

মসি হায়হুনা পোৎ ময়োম অমা পুথোক্লুনা পায়রগা অঙাংশিং থোরকপা ঙাইবদৌনা তোই। গম্ভীনশু খল্লি পোৎ চৈ অহুক পুরক্লি-মাগে, পুরক্লবশু য়াবনি অহনু ফরে।

গম্ভীনা খুমই, অঙাংশিং আ ইমুংদা থবক ইনথাং শরুমথিল্লি টেবলদা অচুম থম্বীরো পুরক্লরশু য়াইদা।

অনুদগী মথা তারমই, হায়গদবতু হেক্তা হায়বীয়ু, কেশকি নত্রো, কবি মকাংনো মেন্টেনেন্সকির। অহৌবা থাগদৌবরা নত্রগা থাইনবগীরা?

মুপী অনিহু হন্দোইনা ইকাইনা মমায় লুকথরগা য়েংহুনা ইক আ ইক আ তৌহুনা না ইহায় হায়দোরক্কে।

গম্ভীনা খল্লি মখোয়গীসি মুপী মশেম হংনহনবনা চুমগদবা মাগে। নাশল অহু খম্নহুনা গম্ভীনা মাগীদা মাওবা উকিল ইথেতোথীহু লাকপা ঙাইত্রবশু কৌরবনা চুমতামাগে খম্নহুনা মুপী অনিহু কা মসুংদা কম-হল্লমগা স্কুটর থৌদোক্লুনা উম্নিপোক তানা চৎননবা থোরক্লমই।

গম্ভী শিনকমদা উকিলনি। কেশ শরুগা মীনা পীবা কেশ অয়েপমন্দু লৌয়গা মহুনা মাগী হিংননবা শিনকম ওইবনি। সিভিল কোলিদে হায়দনা থা অমা চুপ্পা কোর্ট ছুটি থাদনা কোর্ট পুম্বা থোঙ থিংই অতৈ কোর্ট থমতমক থোঙ হাংবনি অদনা থবক লনবা মতম ওইবনা থরমু শংই অদনা মুপী অনিদগী কেশ অহুদা থম্নগা থগ্নাম য়াওশিল্লমই। অময়োমদা নিংতোল চাকৌবশু মথংগী মুম্নিংতা তাম্নি অদনা শেলশু য়াম্না চিনবা মতম্নি।

অঙনবা বাজার ময়ায়দা ঙা য়োনবা হৌনখে। হন্দক্তি ঙা তাঙই হায়রি। গন্তী বাজার ময়ায়দা ফাওরকই ঙাইহাক লৈরবদি ঙাড়ী চঙবা থিংগ্রনি। ঙনগ্রবা অয়ুক্ত্‌দা বাজার ময়ায়দ্‌ গাড়ী য়াম্না চিল্লি। অদ্‌না থরা কোমগত্রা হায়দ্‌না কাখুলোং ফাওদ্‌না লাক্লম্মই। মদ্‌না অমুক্কা হেন্না চিনখ্রে।

শা য়োনফম মমাঙদ্‌দা মীনা শাংনা লেংনা ট্টই। ফিজোলনা তাকই অয়াম্বা মৈত্তৈমক্তনি, মুগীস্তু কনা য়াম্না য়াওরি। মখোয় শা অশেম্বা লৈনম্নি। চংপা য়াদতুনা গন্তী ঙাইহাক পল্লমই। হন্দোক-খ্রসিরা হায়না তৌরিবৈদা ময়াম তাঙনরকই, নিংথোল চাক্কৌবনি হায়তুনা তানা সি য়ৌনা তাঙলপোংপু কনাবা লৈবা ঙমদোইনো কিলোদা চাম্মনিকাইনা, কৈকায়নি অঙাংশিংনস্থ পাম্বা হোওস্থ হেংগবা মসিনা মকরে ঙসি লোৌরগা ক্রীজদা কোক হেক হাপচিলহোৌরগা থবকস্থ শম্বা শেম্বস্থ বাদথা।

শা য়োনফমগী কুম্মৈস্থ য়েংলুবদগী জ্ঞান মাঙলবা গন্তী উরিপোক তানা লাক্ত্‌না ইবেতোম্বীবু হৌরগা গাড়ীদা নপহল্লতুনা য়ুমদা থুনা য়ৌরক্লমই। মুগীশিংস্থু কষতুনা ঙাইরমই। ইবেতোম্বীবু মুগীশিংতুগী কেশকি ত্রিক লৌননবা শিন্নরল্লগা ইমুংদা চঙলকপদা তায়ম্নি কুইত্রি ইবেতোম্বীনা অমুক কোথোয়রকই, ওঝা মখোয়গীসি ওঝা উম্মনীংবা ওইরমালে।

গন্তী জ্ঞান তাত্রে ঙসাইমথৈ হংলগা থুমদে করিনো মখোয়গী মতৌম্নিবো। উরিপোক তানা চেম্নুরিবসি মখোয়গীদমক্তনি। গন্তীনা চেম্বরদা থোরক্ত্‌না হন্দক্তি বা হংবা হৌরে। মুগীমচাতুদা হুংই, ইরেম্বা নখোয়না লাকপসিবু কেশকি নত্রা৹ কেশকি বা ওইরবদি করিবত্তা চিংনগন্থ।

মীগায় চনবীদ্দা হায়রকই, মীনা ওঝা উজ্জীহৌ ওঝাশা তাপনবগী খোক্দবা ওঝানা ওম্বা থবক্কি হায়না হায়, মথন্তা চৎপগু ইকাই হায়দুনা ঐপু ন্যাকচরিবনি।

গম্ভীনা হায়রমই, করিমত্তা ইকাইনিংঙাই লৈতে ইরুবক্সি মুম পাম্নবা নত্রো! নিপাগা কায়নরব্রা, সেন্টেনেন্স ত নম্সি ৱায়বা নত্রো?

সুপীমচাদুনা লৈমায়দা য়েংদুনা মোমোন নেংক্রষই গম্ভীনা খল্লমই, অদুদি মানা হায়রিবসে চুম্মদনা। অদুদগী মথা হংথরমই, অঙাংকাদি লৈহৌব্রা, নত্রগা নশা রাই শংদবকা তৌব্রা?

হংইবা ৱাহংদুদি খুমদনা সুপীদুনা হায়রকই, ওঝা য়ুনিভর্সিটিগী লো পরিক্ষাগী চে য়েংবীবা নত্রো?

গম্ভী জ্ঞান পুম্মাঙ মাঙই। কনানা হায়দুনা খঙলিবনো মহাক য়ুনিভর্সিটিগগু শয়ে অদুনা লো পরিক্ষাগী চে য়েংবগু য়াঙই। ঙরাংতা চে মপুল অমা থুংলবতা ঙায়রিবনি মখোয়দি কনানা হায়দুনা খঙইবা। গম্ভী জ্ঞান তারকই, কেশকি নত্তেদনা মখোয়না লাক্রিবসে, সুংশিদবা য়েংনিংদবা অমদুম কাওরকই, খুমকই. ঐদি উকিলনি কেশ লেপ্পনি নখোয়গী একজামিনেসনগী চেদি কৈ দানা য়েংদোইবা, ঐদি কেশকি ওইরবোই নীংই, অরেম্বদা ঐগী মতম মাঙহনবা লাকপিরিবনি।

সুপীমচাদু ঙসাইমখৈ হংবদা ইথুম খুমমদবদু হন্দক্কি ইচঙ থৌগৎলকই, য়ুনিভর্সিটিগী একজামিনেসন কন্ট্রোলরগী জ্রাইভরদুনা তাক্লকপনি মানা ওঝাগীদা চে থিল্লমই হায়।

গম্ভী সুংশিদবদি লোইরবনি অদুবু মী শাওহনবা কত্তে হায়দুনা মীনম্বা ঙাওলমই, মী ওমরমগনি নখোয়না হায়রিবদো ঐ নত্তে।

সুপীমচাদুনা বোত্রেম্স হাগেয়রদুনা নঙনা ঙাওলিবদু তৌশিন্নবনি খঙবে হায়বগী মতৌদা ঙাইহাক লৈরুরগা চে অমদা করিনো থরা ইরগা

চৈকলবা হুডনা নন্দুনা থগ্নগা হায়রকই, ওঝা ঐগী য়োল মথর ইজরম্লবনি থম্না য়েংবিদবা য়াক্লেকো।

মাগী বাহু লোইশিন্রিবৈদা মীয়ায় চনবীহুনা অমুক হায়রকই, ওঝা ইবুঙো মখোয়গী মার্ক অহু থম্না মরাং কায়হনবিদবা য়াদে, মখোয়গী এল এম হায়বছু তৌনি হায়রিনে, থওদেদা বাবা তৌজরিনে ওঝাগীনু চপ চানা তৌজরকনিকো।

# নিপাশাবী রেনুকা

মতৈ মনাও অমদি মচাশিংত্তগা পীক্লবা ইমুং অমা শাগ্রিবা ওলাপি শিনফমা সনাশাবনি। অয়ুকচুপ্পা অমা সনাশাগদবনু চাক থোংনবা গ্যাস লৌরুনবা লাইন্দা লেংউদবা য়াদবদগী ভভাইকদনা লাকখি গ্যাস য়েনফম এজেন্টকী থোঙাঙ্গা।

অমুক্তোইবা মীনা হেক্তা ফাঁওৌ ক্ষৌরে। ওলাপিনা খঙ্গকখি শীংমা চাক থোংনরিঙৈদদি মোংমত্তম্ভু শীং লৌফ্ৰদা মী অনিওনা ভিন্নদে অছুগা গ্যাসনা হেক থোংঙৈদগীদি কৈনো মী অমত্তা ময়ুমদা ভভ তামা লৈবা শংনগ্রে। য়াহৌ থেংবা কয়াম্ভ য়াহৌ ওরগে। ইমুংগী থবক শংবিযু যাদবা নিপা কয়া গ্যাস লৌনবা লাইন্দা লেপ্পদা ভভাই-কদনা চোংথোক্লয়ক্লে। সিনেমা হোল হেক লিংবদা টিকেৎ কলাবাজার তৌনবা মী চোংথোরকপগুম গ্যাসকি এজেন্ট চোংথোকয়ভন্না গ্যাসনা থোং থাকপা হেক তৌনখিবদগী নুপী কনা য়াম্না মীগী গ্যাস লৌ-বিবগী লেপ্পিরগা অয়েপফম পীরম্বা পৈশানা শিমকম অমত্তম ওইময়ক্লবা মতমসিদা নুপীগী লাইন অমা অছুগা নিপাগী লাইন অমদি।

মহৌশানা নিপাগী লাইন্দি য়াম্না শাংই। নুপীগী লাইন্দি তেঙ্গি অছুনা গ্যাস থুনা লৌনবা নুপীগী মতেং য়াম্না মরুপ য়াঙ্কই। ওলাপিদি নুপী অমত্তমু লোইনরক্কে অহুনা শাংগ্রবা মী পরেংদুগী মমাং হৃথং থজো গ্যাস য়াওগ্রবা সিলিণ্ডরছু খুং মামনা শেয়রছুনা ভাইবা হৌই। ভাই-হাক ভাইহাক লৈরগা থরা থরা চঙশিন্নৈ সিলিণ্ডর মরামছু থেংনবগী কোং কোং লাওবা মখোল অমদি থোক্লয়কই। অয়ুক্কী কয়া শাগৎপা হৌয়ক্লিবা নোঁং থাংদবা আতিয়াদগী নুথরকপা নুমিৎকি মশেক্লা অয়াকপা মৈশা অমা লয়াইলেম্বক্নদা মৈরকপা হৌরকপদা চহীনা হাপ-কৎলকপদগী শঁম কৈরক্না পাঁথরবা ভাঙলপ তৌরবা কোক অহদা

শংদবনা মুয়া শারবা রুমাল কয়া পুথোক্লহনা কনা অমনা কোক কুপ-শিন্নরকই অহুবু গুলাপিসি, কয়া কয়া থম্লুদে। মা থুবা পামই সনা লোইদবা মীনা লৌবা লাক্লদনা থয়া লৈহোরি। অহুদা নবেদো মাগী মুপীহু হোসপিতালদা মুপীগী অনাবা লাযেংফমহুদা চংতুনা য়েংলুনবা ওসিগী মুমিংসিদা মাঙবগী মাঙবা মপুং ফানা মাঙথোক্লগে খনম্ববনি মা পুহুনা অমুক চংকদৌরিবনি।

মথন্তা মপুক্লিংদা খোয়জাওমম্বক্ট, ময়াম্না নিপা পোক্কে পোক্কে হায়না তায়রিবা করি কায়নবনো। গ্যাস লৌরমদাইবদি মুপীতনা কায়রে, গুলাপিস্থ মুপী অমত্তং লোয়নজবরক্রমবদি ওসাইনা গ্যাস কংহুনা য়ুম য়ৌরগদবনি। মুপীগী মপাসি ইহাও হাঙহনা তাহুনা লৈরি অদুগা মুপী অনি অহুমথক্কা মীগী ককপিতুনা অককমন লৌবদা ফনা য়াম্না কংজরনি।

ময়াম লাওনররকপা অমা তারদা গুলাপিস্থ রাখল অমা কায়রম্ই। লাইনদা লেপ্পবা অয়াম্বা লোইনা য়েংনরকই ময়াম অমনা য়ারোই য়ারোই নিশান্না মুপীগী লাইন্দা চওহুনা লৌম্না য়ারোই এথোরমু ওসাই নোং ওান্নানবী লেপ্পকপনি।

গুলাপিনা উরম্ই, মুপীগী থোঙনাও মপাদা নিপা অমনা গ্যাস কার্ড পায়হুনা সিলিণ্ডর অথমবা লৌনবা টিকেট কক্লদবগী হোংনরি অহুগা মবাওথংবা নিপাজী লাইনদা লেপ্পা কাংবুহনা য়াদে হায়হুনা কক-হনকনবা জৌরি।

গ্যাস চে কক্লদবগী চঙলক্রিবা মীহুনা লাওরি, হৈ ঐ মুপীনি মসি মুপীগী মপা নত্রা কৈদৌনা য়াম্নোইদৌরিবনো।

মুপীনি হায়রিবা মীওইহু তশেংনা মুপী মাময়া ফিভম অমুদি শত্তুম অমত্তা য়াওদে। মাবু য়েংবদা মুপীনি হায়না কনাম্থ হায়রোই। জিনগী খেলজাও অমা শেংলি, আদিদাসকি স্পোর্ট সু অমা কোংই টি

সাঁর্ট অমা লৈংলি মশমন্থ লুখম তকখৎতুনা লংনা ককপা সলামি শময়ককনি নাক্সম অকোয়বত্থু থুয়না ফান্দোক্তুনা কোয়না লংহল্লি মঙক্তা মনাদা সনামচেং অমত্তা পক্কে শাঙং শাবান্দা খোঙ্‌জাও শেং-চয়বস্থু মুপী মানবা মচেং অমত্তা যাওদে।

মুংশামবক্তা কুইনা লেপ্লকপদা ঙাইবদা য়াববা নিপা অমনা লাওরকই, মুপী ওইরবদি ফৈনে, অদুদা শময়কক্তুগী ফিজোলগী ফিজমদগী নিপানি হায়না উৎচরতুনা চোংথোয়রক্লবা মানা গ্যাস লৌরম্মদাইদনা মুপী অমুক ওইগে হায়বা সিবু য়াত্রা হায়বা।

মুপীনি হায়জরিবা মী অদুনা শাওরতুনা লাও খোংলতুনা হায়রকই, মখোয় উশীংত্তবা জাংলা, ফাওখংনসিয়া চোংথোরকউ।

ময়াম ঙাইবা য়ায়বা কাংবুদুগী মুংঙাইয়বা কুম্মে অমদি ওইহল্লে। অতোপ্পা নিপা অমনা অমুক হায়রকই, হৈ নংবু তেরাগী মোম্বীসনা চেল্লে হায়তুনা নহান ফাদোক্লবত্থু নত্রা? মুপী চেনবা ঙম্বা নঙদি মিপানি, নিপাগী লাইন্দা আ চুংদা লেপ্লচোনে, কৰি মীনো মুপী চেল্লমদাইদনা নিপা হেক ওন্থোরকপা গ্যাস লৌরমদাই লাইন্দা লেপ্ল-দনা মুপী অমুক ওনগে হায়বা কিবু কিজেনে।

নিপাশাবীহুস্‌মচানি অদুম থুমই, হৈ এনা মুপী চেল্লগা কৈদোঙে হায়বগে চেম্নিংলগা চেনগনি।

অতুঙদি নিপা অমনা অমুক খুরকই, মুপী চেনবা ঙম্বা নঙদি মুপীদি নত্রেদনা অদুনা নিপাগী লাইন্দা লেপ্লচো।

খংনয়কপত্তনা কনশিল্লকপতুদদি গ্যাস এজেন্তকি মীওইশিং থোয়রক্লে। নিপা ময়াম্মা নিপাশাবীহু মুপীগী লাইন্দা চঙলগা গ্যাস লৌবা য়ারোইদি মহায়রে। অমমী অমুক হায়রি মুপীনি হায়বা ডাক্তর অমনা য়েংলগা সার্টিফিকেট অমা পুয়ক্তবদি য়ারোই।

গুলাপিনা রা অমা থংনীং নীংশিংলক্লে নিপাশাবীহু নোংমা মাগীদা জাক্কো কৌবী মুপী অমা পুরহুনা সনা শাবা লাকখি। মশাগী মমিং রেনুকা কৌরম্বদগী কুমাজিং হায়নমু ওনথবনি কোংপান্দগী জাক্কো হায়বী অসিগা লৈমিন্নরহুনা মথোয় অঙাং অমা মথোয় অনিগী মচা শক্লুনা য়োক্লুনা তশেংনা নিপা অমনি হায়না চোংথোকচরবা অশেংবদি মুপীনি। গ্যাস লৌবা মতাংসি য়ৌরব্রবদি মুপী অমুক ওইনিংলকইবনি। মাগী অন্নাবহু কনবিরগে থন্দুনা গুলাপিনা চোংথোরকই, ঐ খঙজে ঐ খঙজে মা মুপীনি, নিপা শাজরবমু মুপীনি অহুনা মুপীগী লাইন্দা লেপ্লুনা গ্যাস লৌবদা থিংকম থোক্কে।

ওসাইমথৈ নিপা ময়াম অমনা মাগী মায়োক্তা ভাক্তা ভাঙবিবহু হন্দক্তি মাগী মীচঙ নিপা অমা চোংথোরকপহুন্দদি ময়ামমু পঙাঙ ভাঙনরক্কে। মুপীহুমু গুলাপি উবদা মশক খঙলে। মুপীহুগী মীচঙ চঙলুবা ফনবু কান্নে মানা চে ককপিরমহুনা গুলাপি থুনা গ্যাস লৌবা ফংলে।

গ্যাস সিলিণ্ডরহু মমান্নবগী হুকান অমদা থমজিল্লগা ডাক্তরখানাগী মায়কৈ পাংনা অমুক চৎপা তারি। রেনুকা কৌরম্বদগী কুমাজিং কৌথ্রবী নিপাশাবীহু গুলাপিদা তৌবিমল খঙবা উৎলকই। গুলাপিনা মাবু ডাক্তর ফাওবদং চৎমিন্নহুনা অনাবা য়েংবগী টিকেৎ অমত্তা লৌ-খিরম্মথা হায়রম্মই মাস্তু য়ারমই। ডাক্তরগী অনাবা য়েংফম টিকেৎ লৌফমসিস্তু মীয়াম্না লেংহুনা লৈগল্লি।

থনবগ্গা তৌরগা মীনা শাংনা লেংলমই। গুলাপিবু ফানশাং অমদা ফমহনহুনা খোঙ্গাওশেংগী নিপাশাবীহুনা ভঙাইফদনা মতুং ইথং থংনা লেপ্লুনা লৈরমই। টিকেৎ অমা ককপসি হৌজিক হোয়েন ওইগদবা মান্নে। তাজাহুদা নিশাশাবী রেনুকাদা মুপী অমনা তাক্লকই, ইবুঙো মসিদি নিপাগীস্তু লাইন অমা লৈবনি অহুনা মাওদা কাথংলগা লৌ-রুচো য়ানিরে।

নিপাশাবী রেনুকানা তপ্পা কাখৎতুনা খোঙচিন্দুদা পল্লেং লেপ্লিবা নুপী মকোক্তুগী মনাক্তা লেপশিল্লমই। মতাংসিদদি নিপা ওইবগী কাম্নরকই রেনুকা টিকেৎ অমা ওন্তানা ককপা ওয়রে। মপুক্লিংদা মৎস্তা শোল্লকই, গ্যাস লৌবগীসু ক্যু, ড্রাক্তরদা অনাবা য়েংগে হায়রবসু ক্যু, গাড়ী থাও হানগে হায়রবসু ক্যু ওসি ক্যুনা সুংশিৎমুক কুণ্ডলবসিদা নুপী ওইবনা কাম্নবা মতাং ফনা য়াম্না লৈরম্বহু ওসিদা খণ্ডই নিপা ওইবগী কাম্নবা মতাংসু লাকই। মতাংহুদি নুপীগী লায়েংকমগী টিকেৎ কককমসিনি। মসিদদি নিপাগীসু লাইন অমা লৈ মতুদা মী কয়া য়ায়দে। নিপাশাবী রেনুকাগীদি ইকাস্তা কাম্নরে।

# চহীগা শাংনবা

থম্বালঙৌ হন্দক মরক লাংতক্লবদা পংহেন হেল্লকই। পাখং মচা কয়ানা তান্নরম্বা লাইতোঙ্গমগী কমলাচু পাখং কয়া মায়থীবা ফংহন্দুনা মাগা লুহোংবা পংকুই কুইত্রি। লুহোংবচুদি উচিন নাচিন্না পাঙথোকপ্রে চাক্লোবা চাওনা কৌগ্রে, মতুং তাবসিনি থাঙতমদ্রিবস।

থম্বালঙৌ অহুল ওইরে মুপী অঙাং লৈবনি মচা লৈশাবী ফা-রবনি থওনা থওনা কমলানা থম্বালঙৌদা লুহোংলকপনি অচুগা নহাক্তা নিংঙাই তৌবা হৌরকই মকোক পোক হৌই লবাক লেম্ফ্‌ তাঙই হায়দুনা। লৈমিন্নদ্রিঙৈদদি ঙাইহাক উনবা ঙাক্তনিনা অহাপ্পা শম অমা তৌশিল্লগা উংনা রাইনা য়েন্দুনা থম্বা য়ারম্বচু ঙসিদি মতৌ মনাও ওইনা লৈমিন্নবা হৌরকপদদি অচৌং অকোম পুম্বা লোইনা থওনরক্কুনা মুপীচু শোবা হৌরকপনি।

নহাক্তা লুহোংবদা উল্লকপা হকচাং চনবা ড্রেসিং টেবলচুদা কয়চুনা মথক্তা য়েংজবদা থম্বালঙৌ স্বায় লাওই। মশম খরক্তা ওই-রবসু চয়া চয়া হৌজরম্বচু ঙসিদি প্রমতাও তাওলে। মাগী মুপীদি থওবু থওত্রি তুম্মবু হৌগংত্রি হৌগংলক্লগনা কয়দোবা। নহান অহাপ্পা শমচু লৌথোক্লগা পোক হৌবচু উক্লবদগী অনৌবী কন্যাচু ফুম্বংন-খিচুনা চাক ফাওবা চাও হায়বা মাক্রবনি ঙসি প্রমতাও তাওলম্বসি উপ্রবদি কয়দোবা।

নিংশিংলকই থম্বালঙৌ নহান লমজাওতোংগী থোইবা মাইবনা শেম্বা হিদাক অমা তুম্নদাইদা কোক্তা তৈচুনা কহল্লগা তুমপ্রবদি হাপ্তা অমগী মমুংদা অমুবা শম চোংগনি হায়চুনা পৈশাকা য়াম্না পীচুনা লৈরকপনি ওয়াং তুম্নদাইদা আশা চাওনা হিদাক্কু তৈরগা খুদৈ

অমনা কোয়েং য়েংতুনা তুমখিবনি ঙসি ঙয়ুক থুদৈ হাংদোক্লুবদা পুমতাঙ তাঙছুনা লৈরম্লে।

থম্বালঙৌ তম্না লমজ্জাওতোঙ পাংলগই থোইবা মাইবক্তু টনদবা য়াদে। হাৎনিংবত্তম ফাওরকই। মৌ অনৌবী তুমহৌরি। থম্বালঙৌ কঙাওনবা রাখল অমগা লোয়ননা লমজ্জাও শোরোক য়েংরকই।

ঙসি ছুম্লিগী মমাঙদা মশমত্তু মচু শঙলুবতা ঙাযরি। হজ্জামত্ত কাওবা কুইনা তিন্নত্তুনা খঙনরবনি। নিংশিংলকই কোক্তা হাইগৎলক্লিবা অরাংবা পোক ময়ামত্থবু শীংনরক্তুনা হজ্জামগী শম ককফম ছুকান্দা চঙতুনা অমুবা মচুনা শঙলত্তুনা মুনা লংবা শম্লাংছুদা য়েংজরক্তুনা থম্বালঙৌনা থগ্গরকই, ঐবু কনানা অহল ওইরে হায়রিবা। হৌজিক কানগী বি-জ্ঞানগী সি য়ৌনা চাওখৎলক্লবা মতমসিদা শম অঙৌবা মুহম্লবা মচুনা অস্থক য়াম্না লৈরবা খ্বাঙ নাবগী হিদাক সুক ফবা লৈরবা মতমসিদ মীবু কন্নিগী অহল পংওই ওইশিল্লুগদগে।

চহী কুইনা শকখঙমরকপা ভৈরবনাথ ময়াং ভাম্লু হাযনা তানবদা লমদমসি থাদোক্কনা চৎলুরবনি। মতমত্তু থম্বালঙৌ ফনা য়াম্না রাখি। লমদমসিগী মচা মনাও ওইরবস্তু মীরমগী মীনা চৎপ্রবদা মখোয়না ককপিবা শম অমদি মচু শঙবিবনা থম্বালঙৌ ইপেন পেঞ্জখিদে। ঙসিদি ভৈরব-নাথ অমুক হল্লক্লে শম অককমন লুপা অনিদি কেনগৎলে মচু শঙবগীদি লুপা মঙাবু কেনগৎলবনি অত্তবু, খুৎ খঙনবা হায়বসে থম্বালঙৌস্থ নহান্তা ভৈববনাথকিদা চৎলুই। ইকোয় কোয়না মিংশেলনা খজিনবা পোলি-ইর কি অমনা ঙক্তগী য়েংশিন্দুনা হকচাং শীনবা থুংনা কোয়শিল্লহুনা থীংলবা য়ং অমুবা অত্তুনা শমদা শত্তু অমোনবা অমনা নাম্থ নাম্থত্তুনা শঙবা হৌরকপদা লাংতক্লমন্না থম্বালঙৌগী থমোই খজিক পোত্থাবগুম তৌখি। মহাক অহল ওইশিনবা পামদে, নহা ওইনীংই।

থম্বালঙৌ নহান্তা অমুক লুহোংকাল কম্লবতা ঙায়রি। অঙকপনি মীনা হীয়াংথাং বরত্তু ঙায়প্রে, পংয়েংদা য়েংনৈ মুপীছু মচামুপী অতোম্বীত্তুগা

লেপ্পানি অহুবু মপাগুহ্নসিদা ওল্পাক্লা পাম্নবু লাকখি কনানা হাযদৈ শেলগী মযাইননি কনাগী নুপীতুগী মমা মপা মবী মতা লৌইনা শেলমা লৈরবনি। কনানা হাযনৈ, হো নিপা অমা পোক্লবা য়াদে হায়তুনা লুহোংলিবনি হায়য়ে।

থম্বাল্ঙৌ মতু মচা লৈবনি শেপ্পাও পাযবনি মচা নুপী মযাম মরক্তা নিপা অমত্তং তাওনা যাওত্নতুনা ওল্পাক্লা কেথোক মোথোক্লা যোকচরকপনি। অদুবু, ইনাক খুনবগী মচা মশ শিংনা য ম্না তৌগনবা হিদাক কাপ্পা হায়বদু তৌবকপনি। ইনাকখুনবা মপানা মনীং ত্তম্না অরাংপা লৈহন্দনা পৈতুনা থম্বীবগা কাপতনখিবনি। ম্না অহুম মচংখি কদায়দগী য়াগবনো, ঈশিংনা হৈরবদা লৈবাক্লা পেংতবা হেনব্রা।

মরোল খোইরপ তৌবা লৈরবনাথন থম্বালঙৌগী অঙৌবা শম ময়ামতু শঙনা শঙনা হংলকই, বাবু হন্দক মেমসাহেব তমা ল্যাবপতু অমুত্তং উননীংই, মশকক্লা য়াম্না ফজরনগদবা মাল্লিকা।

মতক্তু লেঙবা যাদবা থম্বালঙৌনা মপুক্লিংদা হবাওজবকই। বুহং অমা হংনীলকখি, ঐসিবু কয়াম অহল ওইনা উববগ মাঙদা তুংদা নাক্তা য়েংতা শকহেনবী শকাহনবা মযামগী লাই ঙাক্তনি লৈংলিবা। দলান মথোন কযাদগী তাদুনা শিখিব, সিনেমা যাওবী অমগী শক্তম অমা থেংলিবতুদা থম্বালঙৌগী মীংফম তাক্লই, থল্লকই ফজেনহৈ, পা- মুইদকো। মুম্না য়েংশিল্লুরগদি মানা নহাক্তা লুহোংতুনা লৌরুরী কমলাগা ওম্বোক্লা মান্নবগুম তৌরকই। অমুকসু থন্নক্লই, অম্রক অঙাং ওইরিবী ফিলম ষ্টারসিসু দেবানন্দ হায়বা মপুবোক ওইবা যাবতুগা সিনেম্মা কুম্মিন্নতুনা য়াওরি, দেবানন্দনা হেম্না নহা ওইনা উই চহীনগা চংন- পোং নত্তেদা।

চীং লাওবা অমা ফাওরক্তুনা থম্বালঙৌ খংপ্রেক, থম্বিখি, মাগী রাখল, কাযখি, মচীলসু অসঃ হায়বা অমা হাল্লরোক্লুই। অকৈ নুরে

ভৈরবনাথনা ব্রস পায়হুনা মাগী মশাম শঙ্গদুদা ব্রস অহনা মংকাক্লা লৈবা অনাবা অমদা চেংবদগী নামনখিদুনা উওবা অাংনি।

ভৈরবনাথনা পাখংনা হংলকখি বাবু কোক্লা অশোকপা অমা লৈবসিদি কৈদোরে হিগাক্লা অমত্তা হাপত্রবরা য়াম্না থীনা শোকইনে

অশোকবা পাওখুং থম্বালঙৌ থওই। মমা নহান কমলা চেম্লক-পদুদা মচানুপী অতোম্বীদুনা শাওংনা চৈনা কন্থরকপদা কোক্লা পান্দুনা কায়খিবনি। নহান নুংঙাংবা নুমিৎতমু কোয়েৎ য়েংপদা ওন্থরক্লা ব্রানা য়েংখিবনি। অদুবু, থম্বালঙৌনা খুমই নহান নহা অমগা খুং থোক্লবদগী তৌরিবনিনে মাগী মখুংতা নোংমৈ অতেনবীকা পুথোরকইবনি মদু মুন্নবা হোৎনবদা নম্নকুবদগী কোক্লা শোকখিবনিনে।

ভৈরবনাথনা থাগৎ থাগৎনা হায়রকই, হৌজিক কানগী অঙাংনবু ব,বুগা পাবা য়াগদ্রা নহাতুদি বেসোন শারম্মনিদো।

থম্বালঙৌনা হায়জিল্লি, মখুৎ য়েং অদু থুদক্লম্মবনি।

শম মচু শঙবা লোইরে মিংশেলদা য়েংদুনা থম্বালঙৌনা খঙ্গে, শক্তমদা নহা মালহনবা হাযবসিদি শেল পায়রগা অদুম ময়াবনি। থা অমদা অনিরুক্ত শঙলগা অদুম মুশিন মুতনা লৈজপোংনি। খল্লকই, দেবানন্দদি চহীনা অহল ওইশিনহনবা ঙমদে মাদি অহল কৈদৌনা ওই-শিনগদৌইনো।

থম্বালঙৌগী রাখল কায়রমই মমা চংলিবদো মাইবা থোইবনী মযুম য়ৌশিল্লক্লে। ভৌবগীদি ফি শেম্নবা য়ারবনি, অদুবু তপথবা ফৈকো খন্দুনা রাখল ফাথরমই।

কোম্থোঙদুদা মী ফনা য়াম্না লৈরি। গাড়ী কার ময়াম অমসু থারি, ময়াম পংলাঙদা লাঙনৈ, অমনা হায়বা অমনা তানদে। হাং-কনি তুপকনি হায়দুনা ময়ামদুদগী কয়া অমনা ফাথবা ঙমদবা মত্তৌ ওইরি। থম্বালঙৌসু ময়ামদুগী মরক্তা য়াওশিল্লমই। নহা অমদি মখুৎ

শীঙহুনা লৈ মচীন্দা লাওরি, হেরা মাইবনি কাইনা, ইচল অমত্তং লৈবসি মশমকা শাংনা য়োকচরিবনি। শমজাবী তৌরকই হায়রুনা মাবু লায়েংহনবনি শেলস্থু কোকথোং অমা লৌখ্রে. অতুগা মাগী হিদাক্তু তৈরুবদগী প্যমত্তাও ভাওথ্রে ইচলহু মথত্তা শিজরনি হায়রুনা তৌবদগী কানহুনা ময়ায়া থেম্নহৌরি। অহুগা মানা কদায়দা চংগ্রবা, মা সুং ভাইনিদনা।

ময়ামস্থু য়ৌ য়ৌ তৌশিল্লকই, ঐথোয়গীস্থু মতুমক্লিনে। ময়াম লাওরকই. হৈ! থোইবা থোরকউনহৈ হুরাপ্পা।

ভসাইমথৈ শম্রাও মতোন্দা লেপ্লুনা অহল অমা ময়াম্না তৌনরিবহু কুম্মৈ য়েংলি। ময়াম্না ভাওবা য়াবমথৈ ভাওনহুনা থদাও চোক্তুনা তপথনরকপা মতমহুদা মানা তপ্পা খুল্লকই, থোইবহু ইচানুপানি।

ময়াম্না মাগী রা মথাত্তাবা ভাইরকই। নিপাহুদা শোর অমত্তং হোন্দোক্লগা খুল্লকই, মাদি মশানা শেমজবা হিদাক অমা চাংয়েং তৌহুনা থক্লবদা ভরাং নোংয়ায়দা লৈথিদ্রে, ঐনা গীরা থাংই কনাস্থু লৈতে।

# অতিথী নত্তে ইমৌনি

মুমিংনা তং তরং থোরকপা মতমদা অমোনবা ফি অমা পায়-রক্তুনা লৈখিদ্রবা অথৌবা ময়ামগী মিং হৈরিবা শেঙ্গেংগী কোম্পাক ময়ামদু তক্তুনা রাইফুল রাইফুল কন্থোক্তুনা নোংমগী মথৌ পাঙথোকপা হৌরকই প্রনয় চৌধুরি। রাহং অমা হংতুনতা লাকই, ঙসিসু হংলি, মীওইবা থুদিংমক্না পোক্লকইবসি মসিগী ময়ম অমা লৈবরা? নত্রগা মীওই কয়া অমদি বরিমত্তা কাম্লদনা অরেম্বদা মাঙনবা পৃথ্বী লুম্বা পোক্লকপরা? মহাক লান য়াওরুরে বাংলাদেশকি নীংতম্বা লান্দা মুক্তিবাহিনী ওইনা। লান লোইখ্রে। লান্দা শিহৌবা কয়াদু ঙসি ফাওবা শহিদ ওইনা ইকাই খুম্নরি অদুবু, মাদি শিহৌদ্রে। হিংহৌবা কয়া অমা ঙসি মন্ত্রি ওইনখ্রে, কারবাররালা ওইনখ্রে তঙ তানা পুন্সি হিংনখ্রে। বালেগু ঘোষসু গৃহমন্ত্রি অমা ওইরি অদুবু, নীংতম লান্মী প্রনয় চৌধুরি লান্দা শহিদ ওইখিবা অথৌবশিংগী সিমিত্রিদা লৈকোল শঙবা অমা ওইনা থবক অমা কংতুনা মনিপুরদা লৈরি। মাগী মথৌ হায়ববু লৈ চারা ময়ামসি ইশিং চাইবা, তীন কাঙ ভাদনবা হিদাক কাপথোকপা, চোমখৎলকপা নাপী ময়াম ফান্দোকপা মী পোং লাকপা চঙকনবা, ভিক্টিটর বৃক্তা সোই ভোইনবা অমদি মপোয় রাহৈ অমা অনিসু ইশিনবিনবা হায়জবা অসিনচিংবনি। মাগী তেংবাংবা মালি ওইনা থবলী লৈ। মাদি ময়মনিনা মমুমদা অতুম লৈ, নিতৌগী থবক কারকই।

ঙসি অঙনবা অমুকসিদা পাথং অমা লৈশাবী অমগা হৌনছুনা লাক্লি। মতমসু ইচা চাদে স্কুল কলেজগী মতমসু নত্তে নৌনা য়ুম পাম্লকপা কাংবু ওইদৌরিব্রা প্রনয় চৌধুরি থোইনবু খল্লুদে ময়মদি মসিদি থোক্তুনতা লৈরপোংনি লাকপা চংখিবা লেপ্পা লৈতে। কনানা

ফজনা থাগৎতুনা হায়রমই, কন্না চৌকিদার শ্নিংদে হায়তুনা চৈং শিল্লমই, কনানা ফুগাইনা শাৎলিবা আত্তোরগুলাব অমা থৎতুনা শম্বজিদা থেৎতুনা থোরকপস্থ য়াওই।

থবক শ্বম্বদগী প্রনয়গী মীৎক্ষম মাগী শঙ মন্নুংদগী থোরকপা নহা অছুদা তাখি। নিংশিংলকই, নহা অছু ভরাং অহিং মাগী অতি-থীনি মশাদা মরুয়াওবী নোংমৈ অতেনবী য়েল্লহুনা। মহাক মমা লৈবাক নীংতম্নবা লালহৌবগী শক্তম লৌভ্রবা কথোকচরবা নহা অমনি হায়না শক্তাকই। মহাক য়াহৌবমাংদ চৎননবা থোরকই। সুম থো-রকপদা প্রনয়গী মনাক য়ৌশিল্লকপদা শহিদশিংগী মিং ইবা কোম্পাক-শিংতু কপ্তোকপা উরুরগা হায়রকই, তৈয়াগী থবকসি ময়াং লান্মী ময়ামসিগী মমিংশিংসি তকথোকপরা ?

শম্না খুম্নকই, হোয় মানি।

নহাতুম্ন তোক্তে মথা অমুক তারকই, কৈকাম্নদবদা কতন মাল্লিদা। প্রনয়না খুমই, লান্মী অমনা লান্মী অমদা ইন্দ্রুৎ তৌগদবনি ঐস্ন ফৌজ অমা ওইরমই বাংলাদেশকি মুক্তি বাহিনী ফ্রীডম ফাইটরনিনে। ঐ লান্দদি শিহৌদ্রে অতুনা হিংহৌবা ঐথোয়না শহিদ ওইশ্রবা মথোয়গী মিংচৎ ভাক্তবদি কনানা ভাক্কনি।

অঙাংতু চপ লেপ্তুনা লৈ। মতু উরুবদা থবক তৌবতু লেপ্তুনা মনাক্তা চঙশিল্লগা হংই, ঙসিনা করি ইশ্নাং চাশি হায়বা, ঙরাংদি ভল অকংবগা আলু অফুৎপগা চারগা তোক্লেদো, ঙসিদি কৈথেল কারুখিগে ঙা অমা থোংতুনা চামিল্লখিসিদনা।

অঙাংতুনা খুম্নকই, চাক চাররোই চৎপ্রগে মফমসি মী য়াম্না লাকই অতোপ্পা মকম অমা অমুক য়েংলুরগে।

অঙাংতুনা অমুক হংলকই, তৈয়া নখোয়গী লমদা ফ্রীডম ফাইটর-শিং থবক পীত্রা সিদা করম হায়না লাকপনো ?

প্রেময়না খুধই, লান্মা ইমুং মন্নুং পুম্বা লোইনা শিগ্রে, ঐম্নু শহিদ ওইহৌব। ডমখিগ্রে অতুনা মফমসিদা লাক্তুনা থবকসি কংবদগী তৌবনি।

নহাক্তুনা হুংলকই, লাম্মী অমা ওইবগী পোকপগী মহৈ য়ানবসি শহিদ অমা ওইবা থক্রা?

নত্তে, লান্মী অমগী মথৌদি সেবা তৌবনি। সেবা হায়বসি তৌবা য়াবা য়াম্না লৈব্রে হৈ-লৈ নাপী-শিংবী যোকখৎপা, কনা লৈ-জদবশিংগী মপাং ওইবিবা, অন্না অনাগী সেবা তৌবিবা, মৈতৌ-লাং পোক ইচাও থোকপা কয়াদা অন্নাবা তায়বা কয়াবু তেংবাংবিবা কয়া অমনি।

প্রেময়না ওাওজিবা ময়ামচু তানিংত্রেমালে নহাক্ত হৌগংলক্লে চৎপা হৌখে মায়থোক্ত মকা লাম্মা হরাও তয়াম্না হৈ লৈ য়েংবা লাক্লিব-শিংভুগী মরক ফাওরকুনা গেটলোমদা থোকখি মকশিল্লবা মায়থোক্ত অমা পুরক্তুনা। ওসি অহিংনা মা কনাগীদা লেকউপদৌরিবা নত্রগা ফাখিগদৌরিব্রা শিকম নাকম চাদমা শিখিদৌরিব্রা পুক্লিংদদি নীংই হে লাম্মী নও মীওইবগী সেবা ঘংবা ওমবা ঈশ্বরনা অচুম্বা রাখল খলহল্লকপা ওইয়ু।

থন্না অমা চংখি থন্না অন্না থোকখি প্রেময়গীদি লোইশিন খন্নজিনবা য়েংশিনবতনা মথৌনি ময়াম্না চাইবিরঘনি মানা শেংজিনবতনি। অমুক্লী চাক থোংবা মতম য়োরে, প্রেময়না মাগী চৌকিদার শওভুগী মন্নুংদা লাক্তুনা চাক থোংনবা শেম শাবা হৌরমই। তাক্লাক্তুদা পাখং অমগা লৈশাবী অমগা কা মন্নুংহুদা চঙলকই, ওসাই ইহান হান্না লাকখিবা অনিক্তুনি।

নিপাক্তুনা চায়বা হৌরকই, বাবা ঐখোয় নওগীসিদা থন্না লোৎকে, ঐখোয় চেল্লক্রবনি, ঐখোয়বু থন্না চওজফম পীয়ু, মচি অমদা হেক্তা লৈজগে য়ানি।

রাহৈ ময়ামসি ব্রঙ ব্রঙ ভাঙথরক্লগা মখোয় অনিহু ইমুংদা চঙ-লক্লুনা ফমুংদা ফমথক্লে।

মুপী নিপা হৌনহুনা লাকপসি প্রনয় কয়া চঙহল্লিংদে। মুপী নিপা কয়া শঙ মনুংসিদা ভুনফম ওইহল্লি হায়হুনা হৌখিবা চৌকিদার অহু থবক লৌথোকপিখিবনি। মঙোন্দসু মহুগী দযাহু তাহৈদে হায়বা লৈতে। অহুবু, লাকইবা মতৌসিদি হায়রগা ইমান মায়দে। প্রনয় তৌফম খঙদহুনা থোঙজাওহু থরা ভাশিল্লি। মপান্দা কনাগুম্বা উহৌবা য়াওরম্লবদি শোয়দনা হায়রনি, হন্দক্কি চৌকিদার অনৌবসিবু হৌরে হায়হুনা। প্রনয় তৌফম খঙদে।

মুপীহুনা অমুক হায়রকই, বাবা ঐ মঙোন্দা লৈগে হায়হুনা ইশানা য়ানা চেল্লক্লবনি ঐখোয়বু ইহোকপিগমু নংবু ইপানি থন্দুনা ঐখোয় অনি থন্নরগা নঙোন্দা চঙজরক্লবনি হয়েং নোংঙানবগা অমুক মফম অমদা চৎচখিগে।

মীরমগী মচাসু ওইরিবা কনাসু লৈজদবা মঙোন্দা চঙলক্লিবনা করিগীনো খনফম খঙদে অহুবু চঙজরকপা মীনিকো থল্লুবদা মুংঙাইবা অমসু ফাওই, অঙাওবা চহীবু নৌনা উই মসিদা ময়ুম মকৈ পাল্লগবু করিনো মখোয়না তৌগদবা।

মুপীহুনা ইকাইবা থাদোক্লুনা মথা অমুক তারকই, ঐগা মাগা পীশক পীক্লিডৈদগী মুংশিনরকপনি অহুগা ঐখোয় ইনেনা অতোপ্পা নিপা অমদা ঐবু পীনি হায়না তৌরিনিনে, নিপাহুদা মুকলৈ লৈবা ওম্মোই ঐ শিখিবনা হেল্লা কৈ।

করাদা মুংশিরবা, ভাওপ্রবা, লমহেনপ্রবা মতৌনো প্রনয় ভাইহাক মখোয়গী মতৌ য়েংলুরগা থম্বরকই, থোংনবা ইঙ্গাংবু অমত্তা লৈতে। মথত্তা ওইরবদি আলু থরা ফুৎচিল্লগা য়ারবনি অহুবু অতিথীশিংসু পীজবা তাই, প্রনয় সোয়োক মপানগী পোকম ফম্বীহুদগী করিনো থরা লৈরবা তারি। মখোয় অনি কাহুদা লৈহৌরে।

চৎনা চৎনা প্রনয়না রাক্ষম অমা নিংশিংই। ঙসি থোক্লিবসি খঙনরক্লবজি মাদি থবক তোকপা তাবা নত্রা। মখোয়সিবু লৈহনবা চুম্লা। নিংশিংলকই, বালেঙ্গু ঘোযকি মচন মুপী সুমন মাগা অঙাং ওইরিঙৈদগী তিন্নরকপনি। মাস্থু নোংমদি মখোয় অনি পুন্সিগী মতৌ মনাও ওইনা লৈমিন্নরকপা য়াই হায়না খল্লুবনি। লাম্না কনখৎলকপা মতমদা মুপীশিংসি শেন্নবা রাবদগী মখোয়গী দায়ী লৌগে হায়না চোং-থোরকপা নিপা অমদা হেক্তা পীনরমই। প্রনয়স্থু সুমনবু মঙোন্দা শিন্নবিরমউ হায়না হায়জরুগে হায়না লাকখিবনি অদুবু, খিৎতং থীনখি। অতোপ্পা নিপা অমদা মবুং বালেঙ্গু ঘোযনা শিন্নথোক্লস্থনা হাল্লম্লে। মখোয় অনি থুংনখিদ্রে। সুমন অতোপ্পা নিপা অমগী মুপী ওইননবা চৎখিরম্লে। অদুদগী প্রনয় মুক্তি বাহিনীদা য়াওখিবনি। মা শহিদ অমা ওইনীংখিবনি অদুবু ওইবা ফংখিদ্রে। লান লোইরবদা মাগী কনা অমত্তস্থু হিংহৌদ্রে অদুদদি মা খুল হোংনিংবা ফাওরকখি। মা ফ্রিডম ফাইটর অমা ওইরমই হায়বা রাক্ষম খন্নদুনা লমদমসিদা সিমি-ত্রিগী চৌকিদার ওইনা থবক ফংখিবনি। প্রনয়গী পুক্লিংদা শীংনবা অমা ফাওরকই, শোয়দনা মখোয় অনিসিগী নীংবা থুংহল্লগে।

পোকফম কম্বীদগী কোবী হরাইথরাক খরা লৈরগা থুনা য়ুমদা হল্লিল্লকই। থোঙ হেক হাংদোকউবদা প্রনয় হায়কম খঙদবা অঙকপা অমা পুক্লিংদা ফাওরকই। কনা লৈতবা মাগী ইচাই চাইবা মিরাং থাংবা কাদু শীং নাল্লম্লে। মুপী মচাদুনা চাক থোংদুনা চাক য়াই-রম্লে। মানা লৈরকপা ইস্থাং নাপীশিংদু চাকথুমদা হেক থম্বগা নিপাদুনা হায়রকই, বাবা নমৌম্নুপীগী মখুং য়েংলসি পোথাবিরো ঐখোয় তোজরগে।

মপান্দা লৈকোন্দা মী অতৎ অথম লৈতনা লাক্লি চৎখি। প্রনয়না অদুঙৈগা ঙসিগগী খেন্নবদু ফাওরকই। নহানমখৈ চৌকিদারগী শঙবু পাওথোকপিরম্বশিংদুনা অমনি। ঙসিগীসিদি মচাগা মমৌগা মপাগী নাক্তা মপামদা কোয়জরকপনি।

প্রনয় কুইনা শেংখিদ্রবা ট্রিক মমুংদা য়াওরিবা সেনগুপ্ত ফৈজোমছু পুখোয়রকই মহুগা কোয়বা লশিং মফোনমুক ঙৌরবা মোজাফুরিংসু য়াওরি। তম্না ফীজোন্দু হোংহনা ফৈজোম মোজাফুরিং শেংকহলি লেংদা লেহয়ান ফি অঙৌবহু হাইপংলি মিংশেন্দা য়েংলে। নোংমতবু থল্লুদে শমদি পোক্লা পুম্নঙৌ ঙৌরে চীন্বান্দা মোমোন নোকচরকই থল্লকই করিগীনো অসুক য়াম্না মুংঙাইবা অমা পুক্লিংদা ফাওরক্লিবসে।

চাকথুমদা থাও ঙৌবগী মখোল অমা তাবকই মালী ওইবা ধবলিদো থোঙজাওবোমদা চঙলকই মা লৈ মখোঙ শোম্নবা থাঙজো লৌবা চঙলকপনি। ফীঙৌ হোংহুনা তরু তনাম্না প্রনয়না ফক্তা খোঙ্গাই চন্দুনা ফমহুদা লৈবা উবদা ওক্তুনা লৈ। চাকখুমদা চাক থোংলিবী মুপী অমদি ইঙ্গাং শেম্লিবা নিপাহুদা অমুক য়েংহুনা লৈ।

পুনয়না ফুক তৌগৎলগা ট্রিক মন্নুংদা য়াওবা হিদাকফুছু লোথোরক্তুনা মহী হাপ্লমই অহুদগী ঙাম্ককা হিদাক হাপ্লহুনা তিকি মচেং অমা মৈ চুহুনা চাকহল্লগা হিদাকফুদুদা পানখৎলকই। কুইনা শিজিন্নদ্রবনি বেরী ওইনা থক্লবনি। ঙসিদি খোঙ্গাই চন্না ফক্তা ফমথরহুনা হিদাকফুদুদা প্রচক প্রচক লাওনা চিংলগা মৈখু কামথোক্তুনা অফা অপুন লৈতবা খোম্থোক অমদা হায়রকই, ধবলি, ঙসিদি ইচাগা ইমোগা কোয়রকইহে নত্ত মপান্দা খরা লৈরু ময়াম খরা য়েংশিন্নু, ঐ সিদা লৈগেকো।

# থাবল্লৈ

চীংয়াদা পাংখ্যাদা লৈ শাংপা থিকরগা লাউশঙ মনাক নক্কা লৈ য়োন্দুনা মতুনা শিনকম ওইনা লেপ্লিবা মাইমুনি। অঙাংনস্থু অহলনস্থু মাইমু ঙায়রবা অতুম মকোৌবী। কাং, দুর্গা পুজা, হীয়াংথাং থৈ, য়াসুংবা, য়াফুকপা করাদা লাইনীংবা চংলিবা কয়াদা মমল ফোঙনা লৈ ফংহন্দুনা মীশী সেবা তৌজরিবা মাইমুনি। ঙসি কাংলেন স্থমিং-সিদা কোন্নুং কাং য়েংবা লাকপশিংনা লৈননবা, লৈ ময়াম্মা নম্বো পোরহুনা মাইমু লৈ য়োম্লি ময়াম্মা লৈননবা।

লৈহাও লৈরেন্দগীনা খয়ো অশংবা, অপ্রাজীতা, তংখল্লৈ, থঙ্গাল চাম্মানিপান, স্থমিংলৈ কবিরৈনচিংবনি। ইঙেল থাগী নোং কম্না চুখা মঙম্লি অতুবু, ঙসিদি থম্না হাংবঙুম ঙৌই। শারবা য়াক্লবা শুংশাহু খল্লহুনা ছাটিন তুপ্পুনা লৈ য়োল্লি মাইমু মীয়াম্মা লৈননবা।

লৈ লৈবা নত্রবস্থ অহলস্থ অঙাংস্থ মতম লেনবা ওইনা মাইমুবু অঙাওবা ওইনা মীয়াম্মা লোয়নবী। মমায়দা চন্দোন লংনা থিঙ্গহুনা ঙস্তানা লৈ য়োনবা লাকচবহু অহানবা উবা অমনা হেক্তা লক্লবা হৌই, মাইমু নঙদি ইরুজদনা চন্দোন থিল্লেনা।

মাদি ইশাও শাওদে ইহা হাদনা খুম্লকই, হৈ ইরুজরেহৈ, ইরুজদনবু চন্দোন থিনব্রা?

ঙসিদি লৈদি য়াম্না শিংলি, অয়াম্বনা থবাল চাম্মা মিপান ওইনা তাগৈ। কনাগুম্বনা কবিগৈ থিরবস্থ য়াওই মাইমুনা য়োল্লম্বা উবদা পাক লাক্তনা জৌখি। লৈ লৈরিবীহুনা শোল্লকই, ইবুঙো কবিরৈ-হায়বসে জগবোন্ধুগী মনাই অচানবা ইন্দ্রহুম্নগী অককপা মখুৎতগী

থোরকপা ঈনা ওনখিবনি হায়য়ে অতুনা কবিরৈ কংপসি মহৈ য়াম্না চাওই হায়।

মাইমু ঈগী রা পল্লকপদা তনবা ফাওই মহাক ঈ উবা হৈনদে অথোংপা লৈশিংতনা মখল মখেল ওইনা শন্দোকপা লুকমায় মচি অমদা কমতুনা অঙাংবা অশংবা সনামচু লৈ ময়াম উরগা মুংঙাইজে লৈনা মাগী থরায়নি। মমা মপানা থম্নীরম্বা ইংখোল থুংনা মেরাগী মতমদা সনারৈ অথোনবতনা থম্না শাংসকপা মতমতুদা মুংদাংরাইরমগী কান্না সনামচু অমনা শন্দোক্রবা মঙলৈবাক মাল্লবা মাগী ইংখোলদা মাগী পুন্সি হৌজরকপনি।

মাইমুগী রাখল কায়বমই।

ময়াম গাড়ী থেঙ্গায়নরে গাড়ী থেঙ্গায়নরে হায়না লাওনৈ কল্লা থেঙ্গায়নবা মখোল অমা তাখি ময়াম হুপচিনৈ। মাইমুসু চঙশিন্দুনা য়েংলুরে য়াম্না খিনা শোক্লরে। শোক্লিবীতু পুঙৌ ফনেক শেংপী মুপীনি নত্থা মোটোর সাইকল থোবা অমনা থেংবনি। অশোকপা মুপীতু গাড়ী হাপকৎতুনা ময়াম্না ডাক্তরদা পুথৎনখ্রে।

পুঙৌ ফনেক শেংপীতুগী মমায়দা ঈ য়াম্না থোক্লে। মাবু উরুবদা মাইমু থাবল্লৈগী রাফম নিংশিংলকই।

থাবল্লৈ মাগা হৌমিল্লরকপা লৈকাই মচানি ময়ায় ওইরপ মুংঙাই য়াইফবা মচানি। মখোয় অনি হৌনতুনা লাইব্রিক তম্বা কামিল্লরকখি অদুবু, মাইমুদি লাইব্রিক মথা তমখিদ্রে অতুদগী উন্নখিদ্রবনি। মরক মরক্তা থাবল্লৈ মুংদাংরাইরমগী মতমদা মাইমুখোয়গী পুন্সিদগী ঈশিং হোনবদি লাকখি। মরুপ অমা ওইরম্নবসু মানা লৈশাবী ফারকপদগী ইকোই কোইনতুনা কোনখিদ্রে। মাগী লুহোংবতু য়াম্না চাওনা পাঙ-থোকখি। চৎনরুবা ময়াম্না হায়নৈ মাগী নিপা ময়ুমতু ইম্ফালদা য়াম্না মুংঙাই য়ায়ফবা ইমুংনি। লুহোংখিবা অমুক কুইরবদিদা মাইমু নোং-মতসু মাবু উখিদ্রে।

নোংমা হীয়াংথাং বব লাইথুরুপ্পা ফুমিং অমদা লৈকাইগী ময়াম অমা অহিং হৌদুনা লাইথুরুপ্পা চংনৈ. পুডৌ ফনেক শেংলদুনা খাবৈল্লেম্ন য়াঙই। খাবৈল্লে ফুমিং অদুদা গাড়ীনা পেংদুনা শোকখি। মা ইম্ফালগী ডাক্তরদা পুখংখি। খাবৈল্লেনা শোকপদু মখোয়গী মমা মপানা মাইমুদা তাইনখি। মাইমুদি খাবৈল্লে শোকপদা য়াম্না ফুংঙাইখিদবনি ফুমিং অদু চাক্না অমত্তা চাখিদে। অদুবু মঙোন্দা চৈথিবদা মত্তুনা খাবৈল্লে-খোয়গী ইমুংনা মাগী ইমুং মনুং পুম্না চাইখায়বিদুনা ক্যাং খোং চাই-হনখি। ডাক্তরদগী পুথরক্লবদা মাইমুনা অনাবা হংবা চঙগে হায়বা ক্যাওবা চঙহনখিদে।

ঙসিগী থৌদোকসিম্ন মাইমুগী পুক্লিং শোকহনখি। পুডৌ ফনেক শেংগী ফুপীদো মাগী অশোকপা মকমদুদগী ঈ য়াম্না থোকখি। ময়াম ইকায় কায়নখ্রে, মাইমুম্ন লৈ য়োনবা তোক্লগে হায়না লেপ্লে। মীম্ন লৈ লৈগে হায়না কয়া লাকখ্রে। লৈ ময়ামদু য়োমশিনগে হায়দুনা লুকমায় ওইরিবা ফিদু হুগংকে তৌরুবদা মাইমু পোৎ অমা উরুবদা খায় লাওই।

সনা য়াল্লিবা তংলবা মীগী মনা অমা ঈ অমদি উফুল চৈরদুনা তাদুনা লৈরি! মাইমু খংনীং নীংশিংলকই, হৌজিক্তা গাড়ী থেজায়নবদা শোকখিবীদু ফুপীনিন্না। কেল্লবা না অদু খুনগংলগা রুমালনা য়োম-শিল্লগা মাগী লৈগী ময়োমদু সাইকল কেরিয়ারদা চপশিল্লগা মাইমুনা ঙল্লবী থাদুনা ডাক্তরগী মায়ৈগে পানা সাইকল থোরকই।

কমজাও সোয়োক অয়াম্বা কম্না কম্না থৌবা ইঞ্জিন পানবা গাড়ী ময়াম্না চৌক্না চায়না ঙম্লদে। কাংস্থ চিংথোক্লরক্লে ময়ম অদুমক্তা লবীদু য়াম্না চিলহল্লি। মাইমুনা মীয়ক ক্যাওদুনা কম্না থোরকই। ডাক্তরখানা য়ৌখিবদু খঙহৌদে, মহাক পাইয়ক পাইখুগী অনাবা লায়েংকমলোয়দা চেনশিল্লমই।

অনাবা অনি অহুম্ গুরি কাহুদা অহুগা মচি অমদা চৈনানা নাহেরহুনা পুঙৌ ফনেক শেৎপী মুপী অমা হীপ্‌দা ফর ফর ওন্দুনা লৈরি। মাইমুনা মুপীহু মশক উহৌরবস্ম পুঙৌ ফনেক শেৎপীহুনি হায়না খঙখি। মুপীহু ফিঙৌ শেৎপা ডাক্তর নর্স কয়ানা পাকথরহুনা অশোকপা মমায়হু চামথোকপা নপথোকপা ভৌহুনা লৈরি। মাইমুনা কাহুদা চঙশিল্লকপা উবদা মমুংদা লৈরম্বা পুম্নমক মচীন্দা হৈ হৈ হায়হুনা লাওরহুনা কৈদৌবা চঙলকইবনো হায়না চৈশিল্লকই। অমনা হায়, লৈয়োনবা অঙাওবহু নত্রনে মসিবো, চৎলুনহৈ।

মাইমুনা মুপীহু লায়েংলিবা ডাক্তরহুদা রুমাল ময়োমহু হাংদোক্লনা কেল্লবা সনা য়াল্লিবা নাহু পুথোক্লনা হায়, ডাক্তর গাড়ী থেল্লাই-নফমদা তারম্বনি হীপ্লিবী মুপীসিগীনি।

ময়াম পুম্নমক ঙকই।

হীপ্লিবী মুপীহু মাইমুদা য়েংলকই।

ডাক্তর অচৌবহুনা তাপ লৌরগা মুন্না য়েংই মুপীহুদস্ম অমুক য়েংই অহুগা নাহু চামথোক্লনা ফোৎচিন্নবা হোৎনবা হৌখি।

অতোপ্পা ডাক্তর অমনা নৌক্লনা হায়রকই, মসিদি এরার্ড পীবা য়াবা থবক্নিা।

মুপীহুগী ইমুং মমুং ময়াম অমস্ম লৈরি, মথোয় লোইনা ঙক্না মাইমুদা য়েংহুনা লৈ।

অঙাওবা মাইমু। মাবু উবদা মুঙনা থাবিবদো মৌগী লক্লফমতা ওইবদো ঙসিদি কনাস্ম লক্লত্রে। অনাবী মুপীহুনা মাইমুদা য়েংলহুনা মপি তারকই। ঙসিদি মাইমু হায়নিংবা পুন্না হায়বদা পম্বত্রে। মুপীহুদা মানা হায়রমই, য়াম্না নাব্রো, ফরনিদা।

ডাক্তরনা হায়রকই, নঙগী নমিং মথা থরা লৌগে নঙ মপান্দা ডাক্তরমথো চৎখিরু নঙনা পুরকপা মনাসি নপশিন্নবা ওপরেসন অমা তৌদবা য়াত্রে, নঙ মপান্দা লৈরু।

মাইমু মশা মথন্তা পোঙজররবই, ইসঃ অমুক মুংঙাইবা, মা হিংবগী মহৈ য়াল্লে খল্লকই ।

মাইমুনা হায়রকই, ডাক্তর ঈ দরকার লৈরবদি ঐগী ঈ ওনি ঐঙোন্দগী ওরুবা লৌবিয়ু ।

ডাক্তরনা খুম্নকই, ভেরি গুড ।

ডাক্তরনা অমুক হংলকই, অতৈ করি হায়গদবা লৈবি?

মাইমুনা খুম্নকই, ফোৎপদা নাহনবিমুকো ।

ডাক্তরনা নোক্তুনা খুম্নকই, সিয়োর সিয়োর ।

মপান্দা থোররুবা কান্দা মাইমুনা নিংশিংলকই সাইকল কেরিয়ারদা চপশিল্লুবা ফিনা যোমশিল্লবা লৈ ময়োমদো । ময়োম অমু লৌ-থোক্লমই । কেরিয়ারদা চপশিল্লুবদগী নৈথেক্তুনা ইথুই খুইরবা লৈ ময়ামমু মাইমুনা ভপ্পা ফাক্তোক্তুনা নাম্থোকপিরমই ।

লোনশিল্লবা ডাক্তরগী থোঙমুগী মপান্দা মাইমু ঙাইরি মথন্তা থোঙ অমু হাংদোরকপা ।

# নহানা মাইবা শারা

ফাইরেঙ্গাও বস তোংদুনা চংলি গৌহাটি তম্না চীংমান্ন মথং মথং লাংথোক্লুনা। তোম্থরকইবা চুবাগী মগনদুদা নম্ল নাল্লদুনা মানা খস্থরকই, শমসিদা কক্লবদি হেক ব্রাই শংলনি। খল্লকই গৌহাটি য়ৌগদবা পংলাপ লাপত্রেদনা, হেক য়ৌবগা শম হাম্না কত্তবা য়াদে। বসতা ফম্না ফম্না ফাইরেঙ্গাওনা খনবা হৌরকই পোং অমগী মমলসি লৈত্রবা কান্দতা খঙলকই।

বাজারদা হাংদুনা লৈরিনা শম ককফম তুকানশিংসি লোইনা থোঙ লোম্নরক্লবকান্দতা খঙলকই শম ককফমগী মগুন।

লমদমসিদা নিপাশিংনা খ্বাইদগী পাম্নবসি শম ককপা ওইবা তাই। খন্না ফবা মুমিং নিংথৌকাবা, য়ুমশকৈশা অমদি ইরাই মুমিংশিংসিদদি শম ককফম অমত্তা ভাইহাক্ত ফাওবা হাঙবা নত্তে। অমগী মথং অমা ভাইনরিবনি। ময়ামদুগী মথক্তা মশা মশাগী খুংফাম্ন লৈনরিবনি, অথম্বনা মঙোন্দতা লাক্লুনা কক্লগদৌরিবনি। মুমিং অফ ফত্তা খন্দনা খরনা লৈপাকপোকপা, শগোলশেল, থাংজ অমদি নোংমাইজিং মুমিংতা মীনা কয়া তাম্নদবা মুমিংতা কক্লনবা চংনৈ অদুবু, অদুগুম্বা মুমিং খন্দুনা লাক্লবা মীশু মশিং য়ামনথদুনা অত্তুম মইম্নে ইহাও হেক হাঙদে। খন্না মথৌ চিঞ্জবা অহল কয়াদি ভাও ভাওদুনা চংনখিবা য়াওই, ইসঃ শম ককফমসিদি ইম্নথবজাংনিদনা, সৈত্য শমকৌবদা ককথরোইদা, লম্নাই কাত্তি পায়নরগা ককপদু হৌনবনা ফরে।

ওম্থোকপা হায়বদুনি মশানা ইম্নদুনা অত্তুম লৈরবসিমত্তদা শম ককপগী অককমন হেনগংলি হায়দুনা মমল হেনগংপা য়ারোই হায়না মুক্লরুবদগী শম ককপা কাংবুগী এসোসিয়েসন্না চপ মাম্নো তুকান থোঙ লোনখিবদগী মীয়াম পুম্না হা হা কার লাওনরে।

মশানা মশাবু থবক পীক্তগদৌরিবনি হায়রকা কয়া অমা চোংথোক্রকই মীয়ামগী সেবা তৌজগে হায়রতুনা। মর্থোয়না হেনগংতবা মমন্দা মী অমদা লুপা মঙা মঙাদা অহুম কক্কনি হায়তুনা চোংথোক্রকই। লৈকাই লৈকাইদা কৈথেল শঙদা করিদা ৱাফক্কা খার খারতুনা শম ককপা তুকান কয়া অমা হাংদোক্লরকই।

মী কয়া অমা শঙ্ শঙ্ লৈকাই অমদগী অমদা থরা কোম্বা অহাঙবা য়েংতুনা শম ককপ লাক্লরি মা মাগী মপা য়ৌবা ঙাইনরি। ঙাইনরিবা ময়ামতুগী মনুংদা ফাইরেঙ্গাওসু অমনি।

ফাইরেঙ্গাও শম শাংবা হৈনজ দ।

শম ককফমদা ষ্টাইল মথল মখন্দা বক্লরিবা চুবা খাকপী, লুখম চোম্বী, সলামি, লীচৈ মরু, ইংলিস, ফ্রেঞ্চ মংং অমত্তদা মাপ্পী অপাম্বা লৈতে মহাক সলামি মকস্তু নত্তবা লীচৈ মরুমকস্তু য়োদবা মরক ওইবা মওং অমদা হেক হেক ককই, অমুক ককপদা থা অনিতুম চংলি। নোংমাইজিং ছুটি ওইজরবস্তু মাগী মপোক মুমিৎ ওইবনা ফাইরেঙ্গাও অমুক্তা নোংমাইজিংদা কাক্তে। অতুগা অতোপ্পা ছুটি লৈবা তুমিৎতা শম করুবা চংলুবদা নোংমতসু হাংলম্বা থেংনথিদে। পুং অনিমুক ঙাইনবা য়াওনখ্রে।

ওরাং মুমিৎ চুপ্পা অমা কোয়না চৎপদা শম ককফম তুকান অমত্তা থোক্ত হাংনত্রবদা, ফাইরেঙ্গাও থুরায় লম্নোঙ বাজারদা রাফক্কা খারবা শম ককফম অমদা লাকখি। অয়ুক ফনা ওমা লাকপতুনা মুমিং মুংগদৌ ফাওবা ইকোম কোমদে হাম্না ঙাইনরিবগী মথক্তা মনম মনম থুংলরি। লোইনমক শম ককপা লাক্লরিবনি। মুমিৎ মুংবা মতুং য়োম্রবসিদদি ফাইরেঙ্গাও থম্লাং লৈরক মচীন্দা লৈ হায়রবা অহল অমগী শম ককফম তুকান অমা হাংদোকই হায়নম্রিবা মফমতুদা অমুক লাকই। অহুন্দু শম ফজনা ককই হায়। লম্নোঙ বাজারদা শম ককনি হায়না

ঙাইরম্বা মীয়ায় চন্নবা অহল অমস্থু ফাইরেঙ্গাওনা থম্লাং লৈরক্তা চৎপন্থু য়াওগনি হায়দুনা সাইকল থৌমিল্লদুনা লাকফিরম্মই।

পাড়ীষু থৌনা থৌনা অহল অদুনা হায়রকই, ইবুঙো শম ককপসি থয়া মশক থঙনবা মীদা ককপনা চুবনিকো।

ফাইরেঙ্গাওনা খুমই, তোয় চুমই তাদা, অদুবু শম ককফম পুম্বা থোঙ লোনগ্রবসিদদি তঙাইফদনা অমদা হেক্তা ককপা তারকপনি।

অহন্দুনা খুম্লকই, ইবুঙো ময়াংশিংনা পংহৈদা হৈবা অদুম হায়নদি ঐখোয় কাংবুসি হৈতবনিকো, ঙরাং ঐখোয়গী অঙাং থরা ককরাদা কক্লবদু অমুক্তোইবা লুধমকাদু সিড়ি থাক্তু ভায়মথৈ ককপিরক্তুনা থবক চৎপদা টুপী উপ্লে, ইচিন্নাওখোয়স্থু টুপী উপ্তনবা মফম থঙনা কক্লসিকো।

থম্লাং লৈরক য়ৌশিল্লক্লে।

শম ককফমদু মীনা মতৌ অমা তৌবমথৈ ভিন্দুনা হীয়াংথাং বন্নদু হেক ভায়। মুংঙাইবা সিনেমা অমা লাকপদা ময়াম টিকেট ইন্নবদু মঙায়। কক্লিবা কাংবুদুস্থু অঙাং ভাক্তনি। নকশিল্লুরগদি থৎননা অমদুম তারকই। হৎনবনা চুবা থাকদবা খুৎকক্তা ককউ হায়নরগা চুবা কান্দথলুবদগী হৌনরকইবা ইরাংনি। অহল অমনা নহাশিংদু থেমই, ইচাশা ইনাওশা শম ককপা মী শাওহল্লবদি হোরেন শম কক্লকপদা মীমাঙদা থোকপা য়াদদুনা তোক্লরনি।

মরাঙ মক্লাঙ তৌবদুদা ফাইরেঙ্গাও লম্লোঙদগী লাকমিন্নবা অহন্দুংগম্থু কায়নরে। মথংগী চুমিৎতা মরূপ অমনা অনাবা অমা পুবা গৌহাটিদা চৎমিন্নসি হায়দুনা হৌরকপদুদদি ফাইরেঙ্গাওনা গৌহাটিদা ওইনা কক্লবনা চুবা অাই হায়না শম কক্তনা গৌহাটিদা লাকপ্রবনি। গৌহাটিদদি শম ককপা কাংবু হুকান থোঙ লোন্নে।

বন অমুদা ঙাইহাক অমুক উই অমুক মীকপ থোক তৌদুনা লাকপনা গৌহাটী য়ৌশিল্লক্লে। নোংঙাময়নাইগী মতম্রি ক্লাক থোংনরে।

ঐখোয়গী লমদমদদি ক্লাক কা অমত্তা খোংত্রবনি, অদুবু মীরম সিদদি ক্লাক খোংই।

নোং ঙাম্থোরকপা ঙাইবা ওইনা ময়াম হৈগৎতুনা কোয়না চংনৈ। ক্লাইরেঙ্গাওদি থল্লবই, অহানবা তুকান হেক হাংবদা অতৈ তৌদনা শম হান্না কক্লবা তৌদবা য়াদে। মানা পুরকপবা পোৎয়োমছু নাকন্দা চপশিন্দুনা ক্লাইরেঙ্গাও বস থাফমগী অকোয়বদা মথং মথং হাংদে রক্লিবা তুকান পয়েংছু মথং মথং লাম্থোক্লুনা লাবপনা মীনা ঙাক্লকপা শম ককফম সেলুন অম্যা তম্মা খি থিতুনা লাকই, কাইনথওদা থেংনরে শম ককফম অমা। তক্ল তনাম্মা মিংশেলনা ইকোয় কোয়না চনশিল্লবা য়েংবদা চাউথৎলবা মওংদা মৈঙাম্মা মনুংছু লৈত্তেং তৌরতুনা ফজওবা তুকাম্নি। মশাদা অশংবা মচুগী শিঙ্ককি ফিনা য়োমশিল্লতুনা মী তরামুক শম কক্লরি। মী মরি মঙা অমম্মু কক্লদবগী হাংলকপা ঙাইনরি। ক্লাই-রেঙ্গাওস্মু ঙাইহাক্তি চঙশিন্দুনা ঙাইরিবা ময়ামতুগী ফম্ফমদুদা ফমতুনা ঙাইরিবা ময়ামতুগী মরক্তা অমা ওইরে।

ফম্না ফম্না ক্লাইরেঙ্গাও শাওনিংবা অমতুম য়াওরকই, থল্লকই, নিপা-শিংসিনা শম ককপা সিয়োনা পাম্নরিবসি কম্রিগীনো, ইম্ফালদস্মু নোংমত্তা টম্নদবা অমত্তা য়াওদে সিনস্মু অতুম মইম্নরমই। মহাক অত্তোপ্পা তুকান অমা থিবনা চুম্বা তাই থল্লতুনা অমুক থোরক্লে। থোঙ লম্বীদা ঙাই-হাক চৎলবা মতুংদা কমানো অমনা কৌবা তারকই। ক্লাইরেঙ্গাওনা য়েংথোক্লবদা থওলে মখোয়গী লৈকাই মচা অরাংথঙ চাওবা হায়না কৌবা নিপাছু ওইরম্লে। মীরমতুদা থেংনবতুদা সুংঙাইবা অমা পোক্লতুনা মখোয় অনি গৌহাটিদা লাকপগী মরম হংনরমই।

রারী শানা শানা ক্লাইরেঙ্গাওনা অরাংথঙ চাওবগী মমায়দা য়েংই। মহাক মকোক মশম য়াওদে রুমাল অমনা য়েংশিল্লি। মত্তৌছুদা ক্লাই-রেঙ্গাওনা হংলুই, তাদা কোক শম অমত্তা য়াওদববু কনা লৈত্তবকা য়াওবরা ?

অরাংথঙ চাওবনা মকোক্তা কুপ্লপ্পা রুমালত্তু লৌথোক্লগা মখুৎনা শম য়াওদ্রবা মকোক্তুদা নাল্লত্তুনা হায়রকই. ওন্থোকপা হায়বত্তুনি, ঐখোয়গী অা সাবন লৈকাইগী নহাশিংনা লিংখংপা শম ককফম অমদা নহাক্নো শম কক্লুবনি। অত্তবু, মখোয়না শম ককপিরকপা মতুংদা ইরুজথোক্কে হায়না য়ুমদা হল্লিনবদা নতৈমনা মাগী নিপানি হায়নিংঙ্রে ইচাশিংনস্থু মপানি হায়নিংঙ্রে অমুক্তোইবা ঐগী হুইত্তুনফাওবা মাগী মপুনি খঙদত্তুনা য়ুমদা হল্লিল্লকপদা খোংত্তুনা চঙহল্রে, মিংশেন্দা চঙ-শিন্দুনা য়েংবদা ইশানা ফাওবা ঐনি হায়বা থাজদ্রে, ইমাম্নবগী ময়ুমদা চঙলুবফাওবা লৈতে হায়য়ু হায়ত্তুনা উম্নহল্লক্কে।

অরাংথঙ চাওবনা মখা তারকই. ইবুঙো তাঞ্জাত্তুম চারে মগী মতা অমগী অনাবা পুনি হায়ত্তুনা গৌহাটি চৎপদা য়াওরক্লবনি।

ফাইরেঙ্গাও জ্ঞান থংতা তারকই, শম ককপা হৈত্রিবা নহাশিংদা শম কক্লুবগী দষানি, অত্তবু মাদি মশম অমত্তা য়াওদ্রিবসিনা কমদোবা

অরাংথঙ চাওবনা মখায় চাক্লা হায়রকই, পুম্নমক ইশানা থোক-হল্লবনি, মীগী মীৎয়েংফম ওইবিবা মাযগী মাযফম. শকফম ওলহল্না ঙমইবা শম্থু থবক ফংদবা নহাশিংগী শম ককপা তমহন্নবা ওইহল্লুরিবা ঐনা লাম্রাও।

ফাইরেঙ্গাওনা হায়রমই, চুমই তাদা, অত্তুদা তাদনা লু কোকপসিনা কমদোননো ?

অা নেহরু ষ্টডিযম চঙফমদা মোরা থাত্তুনা ফল্লিবা হজাম ময়াম লৈরি, মত্তুদা চঙত্তুনা কোকথোক্লুরবনি, সিনা হেক রাই শংই।

অরাংথঙ চাওবনা মথা তারকই, ইবুঙো ঐখোয়গীত্তুদা লুপা মঙাদগী তরা লৌরনি হায়বদা শম অককমন য়াম্মল্লি হায়বত্তু সিদদি অককমন লুপা কুনমঙানি, অা নেহরু ষ্টডিযমগী থোঙ্গান্দা লৈরিবা হজামশিংত্তুদা ককহৌকো লুপা মঙা মঙাতা লৌবনি ফজনস্থু ককপনি নত্রবদি ঐখোয়-গীত্তুদা কক্লবদি ইয়াম্বগী দষাসি তানিকো।

ফাইরেঙ্গাও অরাংথঙ চাওবগা কায়নরে। মপুক্লিংদা কাওদনবা চিনফা পুশিল্লি. নেহরু ষ্টডিয়মগী থোঙ্গান।

# অশিথেন্দগী মীরম্লেনলোমদা

নোং ঙানখিবতা যঙানিরি।

থোঙজিন্দ তারিবা খবর অদু লৌখংদুনা হেক য়েংবদা মমাঙদা হাপ্লকহৌবা পাওদা কুঞ্জবীনা মীংয়েং তারুই, "চহী ১২ চুপ্পা থংনহনা কেশ তৌনরকপা মচৈ মনাও অমা ঙরাং কোক অদালতনা হন্জিন্ন-হনগ্রে"।

পাওদু মখেক্ন ইবতা নত্তনা ফোটো স্থু হাপ্লি। ফোটোদু উবদা থঙই ফোটোদু তরুবীগীনি! তরুবীবু মুন্না থঙই মরমদি কুঞ্জবী মাগী কেশ পায়বা উকিল অমনি। নোংমা মা মাগী কেশ তৌবিমু হায়দুনা লাকখি। মাগী নিপা কাওবগী মথক্কনি। মা মপামদা হল্লক্কনা লৈরবী নিংঙোল হল্লকপী অমনি।

তরুবী নোংমা মাগী নিপা কাওবগা মুংশিনদুনা চেল্লগা লুহোং-লকপনি অদুবু মচা অমত্তসু লৈত্রিঁঙদা থাইনদুনা তোঙাম্না লৈনরকই।

তরুবীনা থারিবা কেশতি আইনগী মতুং ইন্না থাইনবা অদুগা নিপাদুনা মাবু থাক্নবা থা থাগী মেন্তেনেন্স পীযু হায়বসিনি। ফেমিলি কোর্ট লিংজিন্দ্রৈঙ্গী মাংনি ডিষ্ট্রিক্ট কোর্টতা তৌনরকপনি। শম্না হাযরবদা মখোয় অনিগী মাথোক চৈরাপ গাম্নোং য়ৌনরবনি। চহীনা নৌবদু উবদা জজনসু হন্জিনহনখিবনা কৈ হায়দুনা কেশ অদু অয়াম্বা মতমদা য়েথোক্নতা লৈরকপনি। ফেমিলি কোর্ট লিংগ্রে। অদুদৈঙ্গা লৈবাক্কী মায়েনশঙ অচৌবদা তৌরম্বা লুহোংবগা মরি লৈনবা কেশ পুম্বা ফেমিলি কোর্টতা থাদরকগ্রে। তরুবীগী কেশসু ফেমিলি কোর্টতা য়ৌরকখ্রবনি।

তরুবীনা হন্না হন্না হাযখি, উকিলবাবু ঐখোয় নিপাদুদি য়াম্না লেম্বা মীনি অদুবু, মাগী মমাদুনা পুন্নমক থোকহল্লিবনি মহাগী হিংচাবীনি ঐখোয় অনিগী পুন্সিদা থাবৈ থন্না শান্নিবনি।

মানা হায়খি, ঐস্মু খাঙগে হাযদুনা খাঙবনি, ঐখোয় অনিগী কাদা মানা মাগী ফমুং খাঙ্জিল্লকই। ঐখোয় অনি উনদুনা ৱারী শান্নহনদে ইমুংতুদা লৈবা থবক পুরা ঐঙোন্দা তৌহল্লি মতু ফাওবদি ঐস্মু খাঙলম্বনি অদুবু মানা চাদা লৌ চিদাক যানশিন্দুনা ঐবু হাংননবা হোংনরকপদগী ঐস্মু অসোনবা মীশিংদি শিনিংদে শিরবস্মু চিংচাবীসি হাংলম্রগা শিরবস্মু শিগে হায়দুনা ইশামদা হল্লক্তুনা কেশ তৌরিবসিনি।

মানা মথা অমুক তায়কখি, ঐ ইশানা থাকচনা ঙমদবী নত্তে, তৌগে হাযদুনা তৌরিবা কেশনি ঐ আইন্না পীরিবা অখিকার তানগনি কোর্টতা চংদুনা থেংগনি ঐগী অধিকার।

কেশ মুমিং খুদিংগী নিপাদু অমুক্তা কারক্তে মনেৱোক্তুনা ঙইনা কারকই। অহানবদা খরা থরায় য়াওনরম্বদগী মখৈদদি পংথৈদা রৈথোক্লদুনা কেশ অদু ইচঙ চঙশিন্নরে।

মসিদা নত্তনা ইংখোলগী কেশস্মু লৈনখ্রি। তরুবীনা লুহোংলক্তিংঙদা মাগী নিপাগা মনেমবোক্তনা লৈরিব, ইংখোলদু বদ্ধান থমখিবদগী হন্দোকপা ঙমদদুনা লৈরম্মদু উবদা তরুবীনা মাগী লীকোন য়োন্দুনা হন্দোকখিবনি অদুনা মাগী নিপা অমদি মনেম্বোক্লা ইংখোন্দুদগী তাম্বোক্লবা অত্তোপ্প কোর্ট অমদা কেশস্মু লৈনরি। তশেংনা য়েংলবদি মাগী কেশসি মনেম্বোক্না তৌনবনি মাগী নিপাগা নত্তে। কনাস্মু থেমজিনবিনবা লৈতবনি। মনেম্বোক্লুস্মু লুম্বাবীনি মকুবোক্তুদং লৈরম্লবদি থরা থাম্বীনবস্মু লৈরমগদবনি। মাগী নিপাসিদি মমানা ফম্মু হায়রগা ফম্বা চংলু হায়রগা চংপা মরম ওকপা অঙাং অমা ওইদুনা অদুম লৈরি। কেশস্মু লোইবা থম্বা লৈত্তে।

ঙসি থবরগী ৱারিসি পাকবদা কুপ্পবী হেন্না ঙকখ্রে। তরুবী মাগী নিপাগা হজিন্নখ্রে। অদুতা নত্তনা লোক অদালত ফম্লিবা জজ অমদি মেম্বরশিং য়াওনা মতৈ মনাওদু নিপা মমুমদা খিনবীদুদা তশেংনা হজিন্নহনখ্রে হায়বসিনি।

কুঞ্জবীনা হংই, নংনা লাক্লিবসি কদায়দগীনো ?

ঙংলিবা য়াহংদুগী পাওখুমদি খুমদে অদুগা মানা হায়রকই, লোক অদালত ফম্বা কাংবুদুনা খংনদবা ঐগা ঐখোয় নিপাগদা পংথেমদা থেমই ঐখোয় ইনেম্বোক্কী তনথীবা মতৌদুদি ইখন খন্নবীদে। ঐখোয় নিপানম্ব মবুক ইফদা ফদোকপদুদা য়াগত্রা হায়দুনা হঞ্জিন্নরক্লে।

কুঞ্জবীনা হায়রম্বই, অদো হঞ্জিন্নরে ফরে কৈনো।

মানা খুম্রকই, ঙরাং লোক অদালতকি কাংবুনা থিনবিরম্লগা চংখিবদগী ঐখোয় ইনেম্বোক্না ওংপা য়াবমখৈ ওংলগা অহিং চুপ্পা তুমহন্দনা লেলহল্লগা নোং ঙাল্লমদাইদা চেংস্থাবক্তনা খোঙনা লাক-চরিবসিনি। ঐ কেশ মথা তাবা পামই, ঐগী অধিকার তাম্লিংই, আইনগী মতেং লৌনিংই।

কুঞ্জবীনা খুমই, কেশ তৌবগী য়াদি করিমত্তা চিংনগদুনে ঐনা করিমত্তা য়াংহল্লোইনে।

মুপী অদু টেবলদা ঙাথনা ফয়ম্বদগী শোর অমুক্তং হোন্দোক্লগা মনঙন্দু চৌক্রিদা ঙাথরকই। মা খরা শোর হোন্দোকপা উই। মা খাম্বীনবা লৈত্তবা মফমদুদা মীগী অরা অনা মনুং হঞ্জিন্না উবিদবা ময়ামদুনা আইন্না ঙমদবা থবক অমা মখোয়না ঙমগে হায়বগী মিংচংতু ফংজনবগীদমক্তা মীচঙ লৈজব্রবী অমবু মখোঙ মথুং পুনশিনবিরগা নমশিন্দুনা হিংচাবীগী চাকথাক ওইননবা লংশিনবীরম্বদগী অহিংদুমা হিংচাবীগী মীওং মীনৈ খাঙবা হৌনবমখৈ খাঙলগা থরাই খুবাক্তা হাপ্তনা চেম্থোয়রক্লে যমলৈবাক্তদগী অনৌবা মপোক অমগী অশাদা চেনশিল্লক্লে মাগী উকিলগী মশাইকোন্দা আইন্না পীবা অধিকার তাম্লনবা।

অদুবু, টেবল মথক্তা তারিবা ঙসিগী খবরগী লামায় মমাঙদদি ইরি "চহী ১২ কেশ তৌনরকপা মতৈ মনাও অমা লোক অদালতনা হঞ্জিমহনখে"।

# ঙসি চৈরাওবা নুমিৎসিদা

চৈরাওবা নুমিৎনি।

নুমিৎ অসি হন্না হন্না লাকই!

অহলশু নহাশু পুক্নিংদা নুংঙাইবা ফাওনৈ অরি অনৌ শিন্নফম থোঙ্গান্দা লেপ্লহুনা হোৎখিবা চহীগী অবা অনা কয়া কাওথোক্লে অনৌবা চহীনা য়াইফবা অমদি নুংঙাইবা কয়া পুরক্কদবগুম থন্নে।

শজিবু থাগী উপাল রাপাল য়েনীং হুনবা কান মনম নুংশিবা লৈ কয়াশু শাৎপা কান, উচেক রায়াশিংশু হুই খোংহুনা ঈশৈ শকপা কান বলদেব য়াহৌ ঙন্না হৌহুনা থবক কন্না চিল্লি শীৎপা শেংবা কয়া তৌরবা মতুংদা চৈরাওবা নুমিৎকি চাক থোংবগী মথৌ মাতনা তৌহুনা লাকই। থোংগদবা পোৎ চৈদ্রু ঙা চাক য়াওদবা মনামশিং পুন্নমক লাইনীংথৌ সনামহীদা সিধা থিল্লবা মতুংদা মহুনা লুক হোৎহুনা মথেল কয়া অমা থোংবা থাকপা লোইরগা লাইরুক চন্দুনা থোঙ্গান্দা শেংদোক্তুনা শেল্লবা চাক থাদোকফমহুদা লৈখিল্লবা আত্মা মম্মামহু নিংশিংহুনা চাক থাদোক্লবা মতুংদা পুন্না চাক চামিন্নগদৌরিবনি ইমুং- হুদা লৈবা নুপী অঙাং মচা মশা পুন্নমক্না লোয়ননা।

থবক্না য়াম্নখিবনা চাক ঙন্না হৌবা ঙমহৌদহুনা ফনবু থেঙলবনি বলদেব কন্না লুক হৌবা হোৎনরি। কোম্মোংলোমদা ঙাঙ ঙাঙহুনা নুপী অমা চঙলকপা মখোল তায়। অঙাংশিংশু চেনশিনখিবা তায় লাক্লিবীহুবু ওকপা ওইনা। বলদেব মখোল অহুদা লাক্লিবীহু কনানো হায়না থঙবদা রানা খোক্তে মানা হাম্না য়াম্না থঙবা মীনি। কনাশু নত্তে মাগী মচে য়াইমা চন্দ্রকলানি।

মচেগী মখোলদু ভাবদা বলদেব পুক্লিংদা নুংঙাইবা অমা থংফাও ফাওরকই চেংশ্বাক্সন্না, ওক্লিংবনি অদুবু, চাকথোংমতু পুং থাদোকপা য়াদবদগী চাকশঙদা থোং থাকপদা কন্না মায় ওনশিল্লি।

বলদেবগী পুক্লিং কন্নিগীসু নুংঙাইরোই চৈরাওবনিদনা অদুতা নত্তনা চৈরাওবা নুমিৎতা মচে মচন্না লাকপবু করিগী ওইগদগে চৈরাওবগী খুদোলপোং খুদৈ, মোজাফুরিং নত্রগা ফৈজোমগা লুকুনগা দক্ষিনা হাপ্তুনা পীরমদোরিবনি খুরুমনগদোরিবনি মচিন মৌপাগী অঙাং ওই-রিবৈগী পুন্সি নিংশিংনগদোরিবনি।

বলদেব চাক থোংনা থোংনা নিংশিংলকই অঙাং ওইরিবৈদা মচে চন্দ্রকলাগা চৈবাওচীং কামিন্নবা চংমিন্নবদো চীংয়ারদা লাংপা মহাদেবগী মুর্তিদা পৈশা মরিচন্দী অমা কংলত্তুনা সিন্দুর অঙাওবা লাইবক্তা অম্নগা খুংশন্নত্তুনা চীং মতোন লোন্না কামিন্নখিবদো! মতম কুইনা হৌরবদা ঙসিদি মশাগী মযুম অমমম লেপ্লত্তুনা অতল হাইফেং ওইশিল্লক্লে অদুবু চৈরাওবদি লাকপা লেপ্পা লৈতে।

বলদেব য়াম্না নাইতোম ভাবগী রাখন্দা মীভোন্দদি হাযদোক্তা পুক্লিংদা নুংঙাইতনা লৈরম্বনি। নুংঙাইতবগী মরমদি মমা মপানা হিং-লিবৈদদি তোয়না চঙলক্তুনা অরা অনা কোওদোক্লত্তুনা লৈত লায়র য়েংনত্তুনা অমনা অমদা শোগংনত্তনা লৈনরম্বা মচে মচল পুম্বা কনাসু লাকখিদরে। নিংতোল চাক্লোবগী বার্তোন লৌখিদরে। চৈরাওবা করাদা মবুংগীনি মৌপাগীনি হায়ত্তুনা ফি অমা ফুরিং অমা পীরকপা পুম্বা লোইনা লেপখিল্লা কুইরকনি মচীনা মৌপাগী মুংশিনবগী শাক্তম পুম্বা ইকায় কায়নাওরকনি। অদুবু চহি মরিগী মতুংদিদা ঙসি বলদেব মচে য়াইমগী মখোল চৈরাওবা নুমিৎকিদা ভাবসিদা বলদেব হায়রম থওদমা নুংঙাইবা অমা ফাওই। চৈরাওবা নুমিৎতা মচেনা লাকপা হায়বগী অর্থ করিনো চৈরাওবগী খুদোলপোংনিদবা

খুদোলপোৎ পীবা ওাক্তা নত্তে খুদৈ মম্না মোজাফুরিং অমা মমক ওইনা থেংনুরবদি লুপা চামমুক্তি পোৎনি। অদুবু অদুত্তা লত্তে মচে অমনা মৌপা অমদা পীগদৌরিবা খুদোলপোৎ অম্না মতুগী মমল পৈশানা ওনবা যারোই। অদুগী মথক্তা মচে থাইমা চন্দ্রকলাসিদি কান্জা লৈপ্লবী মুপীনি গ্যালিয়ব স্টুটিংগী পেট পিস খোঙ্গাও ফি নত্রগা মুয়রে হেনরীগী সার্ট হেক্তা পুরকই। বলদেবনা হৌখিবা চহী কয়াদা মচে চন্দ্রকলানা পুরকপা খুদোলপোৎনা মমল য়াগা ওইবত্তুদা পুক্লিংদা মুং-ওাইরক্তবা ফাওবা য়াওখি অরেম্বদা মোজাফুরিং অমা পীরবসু য়াবত্তুদা শেল কোকথোং অমা ভিংজল্লমালে হায়দুনা।

চন্দ্রকলা পম্বদনা চওলক্তুনা চাকশঙ য়ৌশিল্লক্লে।
বলদেবনা মায়-লৈথোকপা য়াদমখৈ থাও ঙৌরা হোৎনরি।
চন্দ্রকলানা হায়রকই, হায়মা নঙদি চাক কয়া থোংইপেৎলিনা?
বলদেবনা খুমই, চৈরাওবসিদি এনা থোংত্তুনত্তা লাকইনা।
মানা ডাইনীং টেবলগী চৌক্রি অমদা ওেক ফমথরকই।

অদুভৈদদি চহী মরিগী মথাঙদদি ফমথক্লিভৈদা রেগওগী চে ময়োমদু ফং শংলগা শে শে নঙগী খোঙ্গাও ফি অমা চৈরাওবগী পীগে লাকপনি পাম্বা য়েংউসে শোয়দনা হায়রক্তনি। অদুদগী বলদেবনা হাংদোক্তুনা য়েংলগা অসঃ অমুক মমল য়াম্বদি কয়িগী পুরকইবা মোজাফুরিং অম্না হেক পুরক্লগা লোইরসিদা হায়দুনা মচেগী মখোঙ শোক্তুনা হেক খুরুম্বদা মচেনা কোনখৎতুনা মচীন-মৌপা কোনৈ। ওাঙ্গাদুদা মচে অহলসু মচলদুসু হেক হেক লাক্লল্লি বলদেব চৈরাওবগী খুদোলপোৎত্তনা পৈবদা নত্তনা মচীন মোপাগী মুংশিনবগী ঈপোম অমসু হৌগৎ-লকপনি মীৎওগী পি ওানবা মুমিৎসু য়াওনখি। মমা হন্নবীদুনা মন্থ উরগা মচান্নুপীশিনদুদা অমুক হায়রক্লিবনি, হৈ হৈ নবুং অভৈগীসু শরুক ভমগদোক্লিবা নত্রা ফমথক্লিভৈদা হায়া পীহৌরুরো ওাইহাক লৈরবদি চৎখোকখিদুনা উনহৌরম্নোই।

মচে চন্দ্রকলাদি খরা চাগন থকল্লি অতুনা মাদি অতুম হায়গল্লি, লাইগী থারবা নত্রা চাক ইঙ্গাংত্থ খরা মহাও য়েংগোসে পুখম মপান্দা খরা খরা হাপ্লকই। অতুদগী মতু মহাও য়েংলগা শোল্লি হাওইনাই, থোং থাকপকাদি বামোল্লা কৈদৌনি।

ঙসিদি চন্দ্রকলা চৌত্রিদা ঙেক ফমথখিবদগী ইরেঙ লেঙদে। মাগী বেগ অতু মবুক ইহাপ হাপই করিমত্তা য়াওবা মান্দে। মকোকসু ইফা ফাই মফি মরোলসু ইরাও রাওই করিমত্তা কেবগী মমি তাদে চৈরাওবগী রাখল মঙোন্দা চঙদে মা য়াম্না লাংতক্লনা উই। অতবু কুইনা চৎবিরক্কবা নিঙোল ময়ামগী মরক্তা মচে অমফাওবদি চঙবিরকপসিদা বলদেব মুংঙাইবা অমা ফাওরম্বদগী রারোবত্থম ফাওই পুক্লিংদা অস্থুক কুইবনা করিগী চঙলক্কবা অতুগা হন্দক্কি চৈরাওবসিদনা করম হায়না নিংশিংবিরকইবা।

বলদেবনা হায়কই, লাই চাক থাদোকউখিগে, ইঙ্গাং মহাও য়েংখো মানা লাংতক্লনা হাররকই, হুমঃ ঐ ফমতুনা লৈবা যাদে যাম থেঙঙে, ঙসি মকপ হুনগদবা অমা লৈ অতুদা শৈশা অমত্তা মতাং চাদ্রে নও শেল লুপা লিশিং অমত্তং থংদবা য়াদ্রে ঐ থুনা শিংলক্কে।

ঙাইহাক লেপ্লগা চন্দ্রকলানা মচীন্দা মুরুম মুরুম শোল্লি, ঐ মীগী মরল খরা তোল্লিনে মতু শিংদোক্লবা লাক্ক অমা তাবা মরুপ অমা য়াওরি। ঙসি হলহৌদ্রবদি ফাইন অমুক তানরনি। ঐ ঙসাই নোংঙানবদগী মী ফনা য়াম্না হংলুরবনি অতবু অমত্তা লৈ হায়দে অতুদা নও নিংশিংলক্কনা লাকইবনি।

বলদেবনা পুক্লিংদা খল্লি, অস্থুক কুইবসি নোংমতসু লাক্লবদা ঙসি লাক্লিবসি সিননিদনা। অতবু, চৈরাওবা মুমিৎসিদা অন্নাবা রাগ্নী ময়াম তাদবনা করে থন্দুনা অতৈ রাকম অমত্তা হংদ্রে। তৌবগীদি চহী মরি হায়বসি ফনা শাংলবা মতম অমনি।

ইমুংদা চঙহুনা বলদেবনা উপুদগী লুপা চাম্বঙা চংপী অনিথক লৌখোক্ত্‌না টেবল মথক্তা থাদরমই। মতু হেক উবদা মচে চন্দ্রকলাহ্‌ মায়খেঙ লাংশিল্লমহ্‌ খরা থীং হন্দোকপগুম ভৌগ অহুদগী মহু ইহাপ হাপ্পা বেগ অহুদ। হাপচিল্লগা চংলগে হায়রম্লগা মপান্নোমদা চংপা হৌখিরমই।

লৈখিত্রবা অহল লমনশিংগী ফোটো মাঙান্দা পুথোক্ত্‌না ধুপ থাহুনা লৈ কংহুনা লৈতেংহুনা লৈরিবী বলদেবগী মুপীনা চন্দ্রকলানা খোরকপহ্‌ উবদা হায়রুই, ইনম্বেম্মা ঙসিদি ইঙ্গাং মহাও য়েংলয়োইত্রা ?

চন্দ্রকলাগী মচীন্দগী খেক্লকই খেংহোক অমত্তং, হুম: অহুদগী চন্দ্রকলা চুমত্রিং খোকাখ কোম্বোং তম্না। অহুঙৈদদি চৈরাওবা মুমিং খুদিংগী অহল লমনশিংগী ফোটোদা থুকখা হেক হেক লাক্লমহ্‌ ঙসিদি মাঙোন্দগী ফোটোশিংহুদা হন্না কাওবা য়েংলমদে।

তাঙ্গাহুদা মুম্নোম্নবগী মৌ থোয়ানীশাবী পুথম অমদা ইঙ্গাং মথেল তেংকোং মঙা তরুক হাপ্লহুনা ইঙ্গাং লানবা লাকই। চন্দ্রকলাগা উম্নহুনা কোম্বেং মপান্দা কৌনৈ অহুদগী চুমত্রিং চঙলক্ত্‌না চাকশঙদা ইঙ্গাং মখেনাশিংহু টেবল মথক্তা থাংখ থাংখনা বলদেবদা হাইরকই, তাম্নো ইচে চন্দ্রকলা লাক্লমইবসি চৈরাওবী পোং থিনবা লাকপা ওইরিনি।

বলদেবনা তেন্না থুমই, মানি ইবেমা, ইচল ইচে অমত্তমু নিং শিংবিরক্ত্‌বা কানসিদা মাদদি য়োপনাবু নিংশিংলিয়ে ঙসি চৈরাওবা মুমিংসিদা

# শিদহিদাক্কী খোঙ্গুল লীরুবা

থামম্বা অহিং অত্থু শূক শূনা মমই !

উমংত্থু মঙাল হায়বত্থু মচেং অমত্তা উদে। সহর মনাক নক্বা লৈজরবস্থু উমং হায়বসিদি ইশূক্তা শূকই। তুম্পাক তুম্পাক লেপ্লিবা উজাও ময়ামত্থু অথেঙবা অহিংত্থুদা অমগা অমগা জুরু জুরু য়ারী শান্নবগুম তৌরি। সহরগী য়ুম্নক্কুদি তাখিত্রবা মকু খোংবা উমুং-সিদদি ত্তারি কূ! কূ! উমংত্থু খেংনা চেল্লিবা ইস্কাল তুরেন্দু অমম্বদা গুংলি। উ-রা মরক্কুদা নাহেবা মানবা মখোল অমস্তু তারকই। উমংগী য়াংমদগী উরেং কোম্হৌনা খেক্কুনা খোংবা মখোল অমস্তু য়াওরি। পংলাপ লাপ্তুনা ক্রুইনা লাক্লা লাক্লা খোংলি। থামম্বা অহিংসি শুক্রবা শক্তম লৌরি। অসিগুম্বা মতমসিদা অমুতোম্বী খঞ্জাননা নিংজিং মাঙজিংননা উমংত্থুগী অকোয়বদা কোয়না চংননবা খোঙ থাংবা হৌরকই।

অমুতোম্বী মাইবনি।

তশেংনম্তু থবক্লগা ফংদবা মতমসিংদি হিংবা ঙম্নবা থবক অমদি পাম্নবা তারকপসিদা অমুতোম্বী মাইবগী শিনফমদা চঙলকপনি। মা অতৈ খোইদোকপা শিনফমস্তু হৈহৌদে লাইরিক্তস্তু শোথহৌরে অত্থুদদি কিথুম পুবা ওঝা সনাবৈ খন্দুনা কন্না মাইবা শাগৎলকই।

বিজ্ঞানগী মঙালনা শন্দোরক্লুনা লৈবাকসি লায়েং কাঙলোন্দা ইশোৎ শোৎথত্রবনি অত্থবু, অসিগুম্বা মতমসিদস্তু ডাক্তর য়েংহল্লিংদে মাইবনা হেন্না পামজৈ হায়বা মীস্তু পংরাৎ রাংতে হায়বসি অমুতোম্বীনা খঙই। অত্থমক্লনি মহাক্লা মাইবগী শিনফমদা চঙলুরিবসে মানা খল্লকথি লায়েং কাঙলোন্দা অমুক্তং মমিং লৈবা মাইবা অমা ওইরবদি গীনিস

ৱাল্ড´ ৱেকোর্ড´ হায়বা লাইব্রিক্তা মাগী মিং সনাগী কাপ্লিনা ইশিন-খিগদৌরি মহুত্তনি মাগী অশা। মী কয়া অমদি পদ্মশ্রী কাওবা ফং-নৱে ম,না মহুগী আশা তৌরুবা য়ারে,ই চুপ্পা শমজাবী, লমহুন কুংশিং চুংশং মায়হৌং কাবা কনাগী মুপীগী লয়নাদা করিদা অমুৎতোম্বী অহুক খং থাকবগী বাদনি মাগী হাক্তা সঙ্গ পঙ্গ পংলৈ কৈজবা নৱে! চহী খরগী মমাংদা অমুৎতোম্বী আয়ুরবেদিক্কী ডাক্তর হৈনগী লায়েংশঙদা থবক মচা অমা ফংলমই। হিদাক লৈবা লাকপা মীদা হিদাক তম্বা, পোৎ লাম্থোক লানশিন তৌবা, মী লায়েংবা মতমদা ডাক্তরনা থৌদানবা মী ওইবা অমুম্মা থবক তৌরকপদগী ৱাখল অমা লাক্নুনা ডাক্তর হৈনগী লায়েংশঙদগী তোকথোক্নুনা লল্লাই লায়েংফম লিংজরবা মী অমা ওইরকখি।

অমুতোম্বীনা কল্লা ফিৱাল মমায় চুমখৎলকখিবসি পুক্নুংদা লৈবা মুঙ তাহনবা ওম্বদগীনি। মাগী হিদাক থকপদগী মুঙ তারে হায়না মীনা কল্লা ওাঙনবা হৌরকই। করিগীসু ওাঙনরোই মাদি অয়ুরবেদিক হায়বা পৃথিবীনা শক খঙলবা লায়েংহু কুইনা উরক্লবনি। অয়ুরবেদিক্কী মুঙ তাননবা শাৱকপা হিদাক পুম্বা লৈশিন্দুনা থম্লগা মানা শেম্বা হিদাক শাহুনা লীক্লিদা থাই খাইহুনা য়োনবসিনা শোয়বা কৌবা লৈত্রে। হয়েং মীনা কনাদগী তম্মকপনো হংনৱকপদা ওবা গুরু খল্লক্তবা মীনি হায়খি-ম্রিকো হায়হুনা অমুতোম্বী কিথুম পুবা সনারৈ খল্লিবনি। ওঝাসিনা শাখিরিবসিসু মন্ত্র কাসি পাক্লকা তাকপিপোৎ নৱে। চহী অমা লেপ্পুনা খনবদা মুপীগী লমহুন মুংশিং নেমথংম্বা লল্লাইদা থোম্বা খাও অহিং-বদা শোম্বা ময়োম্মু খক্তং উচিন নাচিম্মা ৱানা ফংই। ওসি এইড্স কেন্সরনচিংবা পৃথিবীসিদা কদায়দসু লায়েংবা ওম্বদবসিদা মসিদং লায়েংবা ওম্বা হিদাক অমত্তং পুথোকপা ওম্ববদি অমুৎতোম্বী হৌরে হায়না খনখি। অনাবা কয়া কয়া বোঁৱে য়ৌরুরে হায় ডাক্তরনা খুৎ থাৱবনি অহুবু অমুক্তোম্বীগীদা পুহুনা লাকপসু য়াওরে। "মহুগুম্বা অমজ্জংকা লায়েংবা

ওয়্রবদি অমুংতোম্বীগী খোঙদগী তোন কাওবা সবানা য়োম্‌গে হায়-রিপোথনিবে।

অহিং অসি চীকই। অমুংতোম্বী ইহৈ হৈনদে। অত্তুগী মথক্তা অমম্বা অহিংতুম্বা উমংতুগী মচি অমদা লৈগ্রুনা সুম্ব লৈবদা লিন কাঙদি লায়রি কাকখৈ মপ্পকক্তা খনবদা কাওবা মশাহ্ন শৌবিং শৌবিং লাওই। মহানতা কমলাপ্রসাদ বিষ্টারি হায়বা অমা মুংশংঙেংবিবু লাক্লমই। মানা হায়রম্বা রাহ্ন অমুংতোম্বা ওাইচাক্তকাওবা কাওদে। মানা হায়খি, মনিপুর হায়বা লৈবাকসিদি সঞ্জিবনি তৌবা মনীগী লৈবাকনি. চক্‌মম্না তুয়বদা মাবু হিংহন্নবা হন্নুমান্না সঞ্জিবনি খিবা লাকখিবন্থ মনিপুরদনি।

মানা মথা তানা হায়রকখি, গন্ধমাদন চীং হায়বা সঞ্জিবনি হৌই হায়রিবা চীংহু মনিপুরদা লৈ হায়না বিহারদা লৈরিঙৈদা ঐ-খোয়না তারকখি। সঞ্জিবনি পাম্বীহুবু মশক খঙলবদি কেন্সরকাসি ইরায় লায়না লায়েংবা ওম্নি।

অহানবদা রা ওইনা তাকদবনি অদুবু অমুংতোম্বী খন্থবা হৌরকই, সঞ্জিবনি হায়বসি কনাদা হংলগা খঙবা য়াগনি। ক্‌বনা কদাইদা ফংলমগদগে। কংবু ফংলবদি অমুংতাম্বী হৌরে। ইনাক খুনগ্রবা ইমুং কয়া মচা কেন্সরনা এইডসনা নাবন্থ মাগী মখোঙদা তুররগদবনি। কোম্মুং ওন্নগদবনি মাগী ময়ুম। মীনাই মীশন্না সেবা তৌহুনা অরাং অপা অমত্তা লৈয়রোইদবনি। নিংশিংলকই মাগী মুপীহু, লৈশাংখোংগী চম্প্রাবতী কৌবীহুনি শক ফজবদা মশম শাংবদা মশ্নিং চংপীনি, মাগী শমজাবী তোরকপন্থ লায়েংবিবদগী অহুম্ন লৌশিন্দুনা মাগী মুপী ওই-হন্নবনি খুম পুম্ব। ইরাং হৌনখিবনি ওসিদি অমুংতোম্বীদা ওঙবদগী মকোকী মশমন্থ পুমশিন হৌহুনা অঙাওবী মান্নবীদো মচায়ানী ওই-হনবা ওন্ননি। অমুংতোম্বী সঞ্জিবনি পামই সঞ্জিবনি! সঞ্জিবনিতনা মাবু জয়পত্র ক্‌হন্দুবা হিংবগী মহাও পীবা ওমগনি, শিগদোরবা কয়াগী

থরায় হাপ্পা ভমগনি। সঞ্জিবনি মরিক অমথক মচুনি শিদয়াই নাদয়াই মীপোক মীহিং ওবা য়াই অচু! থেঙলবা অহিংসিদা চৎজিবনি অমুত্তোম্বী অচুঙবা শিদয়াই নাদয়াইচুগী খোঙ্‌চুল লীবা।

মমল তাঙবা পোৎতি লায়না ফংউ য়াদে। ওবা সনারৈ কাওবা পাক তাকই য়াদে। হাপ্পা অমা চঙশ্রবনি অচুবু মমৈথংদা তাক্লক খিবনি। ওবা সনারৈনা হায়রকখি!

অচুথৈদা সতিখোংনাংগী রায়ীদা সতিনা মাগী নারবা মপুরোইবা কয়বগীদমক্তা অহিং নোংয়ায়দা হৈবোকচীংগী উমুংদা হেকপা লাকখিবা নোংনাং কোয়ী মনা হায়বচুনিনে সঞ্জিবনি হায়বসে।

হোয়নহৈ! অমুত্তোম্বী চময়বা রাথলদা পাখোঙ ওইনা লৈরম্বা রাকম অমা থংকোঙ কোঙবগুম জ্ঞান তারমই, করি নোংনাং কোয়ী! সঞ্জিবনি হায়রিবসে নোংনাং কোয়ীনি হায়বা।

ওবা সনারৈনা মথা তানা তাক্লকই, নোংনাং কোয়ীবু শকথঙগে হায়রবদি অহিং নোংয়ায় মতম্মা চপ চাবা কান্দা উনাচু মনীমুক্তাদোনা ইরুং লংনা মঙান থোকই অচুগা ঙাইহাক্তং ঙাক্লমগা অমুক মঙান্দু মাঙখি, ঙাম্লিংঙৈচুদা উনাচু হেকহৌগদবনি, চঙচুনা পং থংপা য়াদে খুক্লমচুনা নিজগদবনি। উচুবু ঙাকশেনবা লুপাগী মচি পানবা লাইরেন অনি লৈরিবনি। থয়োম লাক্কুনা মখোয়গী ময়াদা অমমম ইনবিচুনা পেলহনগদবনি।

ওবা সনারৈনা মথা তাক্লমই, নোংনাং কোয়ী হৌজিক্তি মোংবা হনবা উমংদা হৌখিচুনা হনুমানগী মনাই য়োং ময়াম্মা ঙাকশেন্দুনা লৈ। মখোয়চু লাম্থোক্লগা চঙবত্তা নত্তনা নোংয়ায়গী মতমদা উমংচু তরেৎলক কোয়বা ওয়বা মতমদতা নোংনাং কোয়ী উবা ফংই, মতমচুদা হেকহৌগদবনি। মচুবু ফংলবসি ওমদবা অমত্তা লৈত্রে। অচুবু, মী ফনা য়াম্না লাইবক য়েংনরুরবনি অমত্তা মায় পাকখিত্রবনি।

অমুতোম্বী খোঙলবা অতিংসিদা পুক্নিংগী নুংবা চাংঙেং অমুক [illegible] খোরুবা [illegible] নাক্লি মেংবা হনবা উমংদা নোংনাং কোয়রী শিং-বনি। মাখন্দা শক্তি হনুমানা নক্লিবনি খিবা [illegible] অহিংগী মতম্মি, মাস্থ চমঙখি। অদু ওইরবদি উমংসি তরেৎলক কোয়বা ওয়ে হায়নস্থ খল্লসি অদুবু হনুমান ফাওবনা মশক শঙবা ঙমদবচ মাদি ক্রম হায়না খঙনি। হনুমান্দি চীংদু ফুক্কনা পুরক্লগা মাইবশুগী মাঙদা থাং লকখি মাদি মহুস্থ ঙঞোই। অদুক্ত, পুক্নিংদা ইষ্টদেবব চেংনা কোন্দুনা কনা উদ্রবা অহিং নোংয়ায়দুদা নোংনাং কোয়রী থিবগী খোঙচত্তা পরিক্রমা হৌগে অমুতোম্বী ওইরোমদগী উমং কোয়বা হৌরক্কনা উমংগী মাইগে অমা য়েংরকপদা মৈঙাল অমা উরকই। উমংগী মচি অমদা লৈরিবা মংচুদা মী অমা পোৎলোইবশুম তৌই। অমুতোম্বী নকশিনুই।

পোৎলোইবা য়াওবা মী [illegible] থক্লি। [illegible] য়াওদে প্লাসটিক মখোম মচা মচাছুদা ঙক থাঙৎসছুনা চিংলি। অমু-তোম্বী মংতুগী ননাক নক্লা থোরক্কবা য়াদছুনা থোরকপদা নহা অনিনা কম্না পায়থৎলিবছু উরুই। নহা অমনা হৌবু হৌরকই, পাবুং খিংঙং পায়বিগদ্রা? অমুতোম্বী মচীন্দা হমঃ হায়না খুমদোকই। স্থম রাহৈ অমত্তং হায়ত্রবদি ফজদ্রে হায়তুনা হায়রকই, লৈত্রিরাসিদি কয়াম নহা অহলনো কয়ম হায়না লৈখিদবনো?

নহা অমনা খুমকই, অঙাংনি ডাইরিয়া তৌরম্বদগী [illegible] [illegible] মপাদু [illegible] হায়দুনা [illegible] ওম-পোৎ নত্তেদা।

অমুতোম্বী নিংশিংলকই মাগী মচা অতোম্বদু ডাইরিয়ানা নাহোবনি মায়া কম্না মচা নিংশিংলকই। অমুতোম্বী [illegible] থাংবা হৌই [illegible] লোমদা অদুবু উমং কোয়বা [illegible] লোমদনি।

চৎনা চৎনা থল্লি, অমুত্তোম্বীনা সতি খোংনাংগী ব্রারীদম্বু সতিনা নোংনাং কোরৌ মনা হেক্তুনা পুরক পুরক্লা মাগী নিপাগী থরাই কনবদি হমখিদে য়ুমলোমদা লাকই অমুত্তোম্বী। মংদা নহা অনিনা হায়হৌবত্তু নিংশিংলকই পোক্লবদি নোংমা শিবা তাবনি ডাক্তরনি হায়দুনা মীগী থরাইবু হেক্তা কনবা য়াব্রাও।





শ্রীচোংথাম নরেন্দ্র সিংহ তাং ১৪-২-১৯৫৩ দা কৈশামথোং তোপ লৈরক, ইম্ফালদা পোকই । অপোকপগী মিং বেনুধর সিংহ অমসুং অপোকপীনা রাজকুমারী সনাতোম্বী দেবী কৌই । লোইনবীগী মিংনা চোংথাম ওংবী সুবদনী দেবী অমসুং শ্রী সিংহ অঙাং ৫গী মপানি ।

ঙল্লিভৈদগী শ্রী সিংহ প্রবন্ধ, ৱারীনচিংবা কয়া ইদুনা মেগাজিন কয়াদা ফোঙলকই । খোংখোঙ কৈথেলনা মাগী অহানবা ৱারীমচাগী লাইরিক ওইনা ১৯৮৪দা ফোঙই । মতুং তারকপদা মথং মথং ওইনা ৱারীমচাগী লাইরিক ৩ অমসুং উপন্যাস অমগা ফোঙখ্রে । মানোহর মালগোকঁরনা ইংলিশতা ইবা লাইরিক ডি মেন হু কিল্ড গান্ধী মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা ১৯৯১দা ফোঙখি ।

শ্রী নরেন্দ্র সিংহগী শিনফমনা উকিলনি । লো তম্বীবা ওঝাসু ওই । ২০০৪ দা গৌহাটি য়ুনিভরসিতিনা লোদা ডোক্টরেট ডিগ্রি পীদুনা ইকাই খুম্নখি ।

শ্রী নরেন্দ্র কলাবিদ্যা পামজবা মীসু ওই । ভাতখন্দে সঙ্গিত বিদ্যাপিঠতগী পাখাৱাজ পুংদা বিশারদ অমনি, এ: আই: আর: অমদি ডি: ডি: কে: ইম্ফালগী ক্লাসিকেল পাখাৱাজ পুংগী এপ্রুভ আর্টিস্ট ওইনা থৌরম লাম্নোক্লিবা মীনি ।

মশামক মণিপুর য়ুনিভরসিটিগী সেনেট মেম্বরনি, ইম্ফাল ৱেস্ট ডিস্ট্রিক লিগেল সার্ভিস ওথোরিটিগী মেম্বর অমসুনি অমসুং থৌবাল অমদি চান্দেল জিলাগী ডিষ্ট্রিক কঞ্জুমর ফোরমগী প্রসিদেন্ট (১৯৯৬-২০০১) ওইখি ।

- পব্লিসর-